# মমী তমলম্বা য়েমীং

( উপন্যাস )

[illegible]ংথাম ম্মাহচন্দ্রো



নোহাখোল পাব্লিকেশন্স



৺দেবেন মুতুম্বদা

ইরমদম ইজাতিগী রাজনিতি দল এম, পি, পি, দা য়াওদুনা চহি ১০ চুপ্পা ইরৈবাক্কী সেবা তৌজরম্বা, ঐখোয় খ্বাইগী লমজিংবা ওইরম্বা, নহাক্কী অকি-তুজুংনিঙাই ওইরবা পুন্সিগী অরোইবা তানফমদুদা উন-লোয়নজহৌরবা নশেল ঐনা নিংঙমদ মিৎলু পীরাং ঈহৌন—থম্মোই পুঙমদ মৈরি লাঙ্গোইনা—অহিক্ল ন্নুং খোঞ্জেল ঈরোয়ন— তাইবংদগী থুপগ্রবা ঈবাইবুংঙোগী নফমদা—কচ্চরি, হৈত হৈত লোল শুদ ইজবা—ঐগী খুৎমা উপন্যাস—'মমী তমলম্বা য়েন্নীং।'

২/১/৯৬ ইং
সগোলতোংবা

—নশেল—
চোংথাম মুহিন্দ্রো

# নোহাখোলগী মায়কৈদগী

মপুঙদা মিংথোলগা য়ান্নমক চুনবা উপন্যাসনি—"মমী তমলম্বা য়েন্নীং"। মসি অইবা চোংথাম মুহিন্দ্রোগী অহানবা মখলসিগী খুদোলনি ইরমদম সাহিত্য লৈকোন্দা। অপাবদা য়েন্নীংদি হুল্লমলগা মপুং মরৈ ফাখিদ্রিবা অাংলা মনাশিংদো? কমদৌনা?—করিগী?—হংনিংই।

অইবনা চিত্রকার প্রিতম অমদি ওঝা সরোজা নুংশি লম্বীদা চং-মিন্নহল্লি। চিত্রকার প্রিতম নাম্ম শোয়রা মীওইনি। ওঝা সরোজা নুংশি-ববু নাথৈদুনা, প্রিতমবু লংথোক্লুনা মমানা মেৎতুনা শেমখিবা পাউদম্বা নিপাগী রাক্ষমদা থাজহনা অহুগা মমানা প্রিতমগী মায়োক্ত ঙাংবা রাঙাংগী লান্দ শুখিদুনা থনম্বা ঙমখি। অইবনা অসিগুম্বা মিংয়েং অসি থম্মোই শোক্ম নুংঙাইজদে। করিনা চিত্রকারসু মীনি। পাউদম্বা মীনা মী চান্নহল্লি, শাউনহল্লি, য়েংথিনহল্লি, মী মরী লৈনহল্লি হায়বা রাক্ষমসি উৎলি অইবনা।

উপন্যাসসিগী অফ-ফত্ত গুণ কয়া লৈফম থোকই। মতু পুন্নমক ভুংওইনবিরগা উপন্যাসসি অমুক্তংদি মহাও তংবীতুনা অইববু তুংদ হেন্না নিংথিবা মপুং ফাবা লাইরিক পুথোকপা ঙম্নবা পুক্নিংগী থৌনা পীবীদুনা ইরমদম সাহিত্য সেবা তৌবা ঙমহনবীয়ু।

মথংদা নোহাখোল হায়বা সাহিত্যগী লুপ অসিনা মীয়ামদ থমজরিবা পান্দম খরদি 'অচুম্বা, অফবা অমদি ফজবদা যুমফম ওইরগা মমিং লৈরবা অইবশিং, কবিনচিংবা পুথোক্লুনা ইরৈবাক্তী সাহিত্য সেবা তৌজবনি।

হৌজিক ফাউবদা লুপ অসিনা ফোংজরবা লাইরিক নিপাল শুরে। অইবা অসিগী উপন্যাস অসিনা লুপ অসিনা ফোংজবা নিপাল শুবা লাইরিক্নি।

অরোইবদা তাইনং মপুনা লুপ অসিনা পুন্সি নুংশাংনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙমহনবিসনু।

গৌরো থোঙামচা

৩০/১২/৯৫ ইং

প্রেসিডেন্ট,

নোংচুপ হারম খোর্জেই লুপ, য়ুরেম্বম।

## ৱাহৈ খরদং

পুন্সিগী অহানবা খুংমাবা উপন্যাসনি ঐগী— মমী তমলম্বা য়েন্নীং। চহি ৪/৫ ফোঙজবা ঙমদনা খুংই ওইনা বইদা লৈরক্লবা তুং ঙসিদি নোহাখোলনা মপুং ওইবা দায়িত্ব লৌবিহুনা, মসিগী মথক্তা ককচিং লাইরিক ফোঙবা তেংবাঙ মক্লপনা শেলগী তেংবাঙ খরা অমগা পীবীহুনা লাইরিক ওইনা শায়োঙ্গবা ঙমলে ঐগী মতমতুগী মরাইবক থিরবা উপন্যাসশে।

উপন্যাস ইবা অরাইবা থবক নত্তে, অত্তবু ইবা পামজবা মীশক ওইরুবনা উপন্যাসকাব অমা ওইনীংবগী মঙলান্দা ইশানা শাগৎচবা ৱারী পরীং অমদা চরিত্র খরা শেমলগা ইজখিবনি ঐগী—মমী তমলম্বা য়েন্নীং। সমাজসিগী মীওই অমত্তগা মান্নবা চরিত্র শেমলুবদি লৈজদে। হায়জ-নীংবা অমনা, লাইরিক অসিগী মনুংদা বনাণ শোয়বা ৱাহৈ ৫/১০ য়াওখিবা অইবনা বনাণ কোমনা ইরুবা অমস্থং চেকশিনবা ৱাৎপননি, প্রেসকী মরাল নত্তে।

অরোইবদা থৌজাল হৈবা প্রেসকী মপু তাদা জিলা লোয়ননা প্রেসসিগী ৱার্কিং ষ্টাফ পুম্নমকপু খ্বাইনা পীবিখিবা মমল নাইদ্রবা মতেংগীদমক হুন্ন হুন্ন থাগচ্চরি।

ঈশ্বরনা পুম্নমকপু চাউখৎপা পীনবীরসন্থ।

তাং ১০/১/৯৬ ইং
সগোলতোংবা

—চোংথাম মুহিন্দ্রো—

# ১

শজিবু থাগী থামৈরাইনি। কোরোনা নোংমগী শিন্থাগী চীথে চীংশাং মরুমদগী মথি ফোঙলকপা মতমনি। শংবানবা অতিযাদা মহুমদগী চেক্লানা মচাগী চবা খিরুনবা পাইরি। মন্দিরশিংদা ঈশ্বরগী পুজাগী কাংশি তান নাইনা মুংশিনা খিংলি। মনা পুংলবা উপালদা তোংলদুনা কোকিলনা খোংলি। হেক উরি-তারিবা খুদিংনা অহিংগী লীক্লানা লৈরাং-লৈকা চামথোক্তুনা তগৎ-তগৎ তেকহনগুম মীওইবগী পুক্লিংবু শেংদোকপীদুনা লুহল্লি।

জিরিবাম সব-ডিভিজনগী হেড কার্টর বাবুপড়াগা চন্দ্রপুড় খুলগা তাইনবা মফমনি। স্বাইদা হন্দক্তা ইম্ফালদগী লাকপা চিত্রকার অমনা লগী মনাক্তা আর্ট ষ্টুডিও অমা হাংই। চিত্রকার অসি লাইয়েকপদা নত্তুনা ঈশৈ শকপসু হৈ। মহাক জিরিবামদদি মীনৌনি। লমদমসিগী মীওই কনানসু মমাঙদা মাবু উখিদ্রি। মসিনা চিত্রকারবু উবদা মীপুম খুদিংনা মঙোন্দা মুন্ন-মুন্ন য়েংই। অহুম ওইনমক মহাক্তি মীগী মিৎয়েং থাঙগম-জদে। মশাসু মখোঙ নাম্মা শোইনাইবনি। চিত্রকার, মাগী আর্ট

ষ্টুডিওদা মথন্ত মরৈ। অত্তুমকপু জিরিবাম সব-ডিভিজন অসিদা ঈশ্বরগী লম খোঙ্গা লাক্লিবা মনিপুর প্রেসবিটরিয়ানগী মিশনরী এভাঞ্জেলিষ্ট বিমল অমসুং মাগী লোয়নবী নন্দিনি চিত্রকারগী মবাই অমদি মচেনি। মখোয় অনী মখোয়গী পিক্লিবা মচান্নুপী অমগা বাবুপড়াদা অঙ্কবা ঙা-পাও শন্দোকফম য়ুম অমা ভারাদা হাংদোক্লুনা লৈ। মখোয়না হায়বদগী মহাক্তমু জিরিসিদ আর্ট ষ্টুডিও হাংলবনি।

চিত্রকার, মাগী আর্ট ষ্টুডিও মনুংদা নুমিৎ চুপ্পা অমা কনাগুম্বনা য়েকশিন্নু হায়বা লাই, নত্রগা মশাগী পুক্লিং ঈথিলদগী মহৌশাগী ফজবা শক্তম কয়া অমা য়েক্লুনা লেপ্লি। অহুবু শঙলেনসি জাতিগী লম্বেল মনাক নকপনা চেপ্লিবা গাড়ীশিং অমদি লম্বী চৎপশিংগী অরাংবা খোঞ্জেলশিংনা মাগী পুক্লিংবু মরক মরক্তা হেক হেক খোইশাওনহল্লি। অমরোমদনা, মাগী অয়েকপা লাইশিংদ লম্বী চৎলিবশিংগী অৱা পোত্থাজফমনি। কনাগুম্বা মীওই অমতা মাগী ষ্টুডিও মপা য়ৌরকপদা ঙাইহাক্তংদ ওইরবসু পম্রমদবা য়াওদে। স্কুল তম্লিবা ছাত্র ছাত্রিশিংনা লাই য়েংনবা চাং নাইনা স্কুল কানৈ। করিগুম্বা নোং-ঙ্কাদোক থোঙ লোনবা নুমিত্তদি মখোয়গী থম্মোইদা ইপেন পেন্দবা অমমম, পোক্লরমই। ঙসিগী অয়ুক্তসু চিত্রকার মহৌশাগুম বাইবলগী শরুক খরা পারবা তুংদা সনা শাবা তুকান অমগী পোষ্টর অমথক ৩/২ সাইজগী ময়াম্ন গুইরুপ পাক-চাওরবা টিন প্লেট অমদা স্কেটচ লৌতুনা য়েরুবা কম্না হোৎনরি। মতমসিদা মাগী অনৌবা মরুপ 'তিকেন কলা শঙ মসুংদা তুমিন্ন চঙলকই। মসি চিত্রকারগী মফমদা অপনবা পীদনবনি। তিকেন পুক্লিং অমদি মিৎয়েং অনীমক চোইথোক্তনা স্কেটচ লৌরিবা চিত্রকারগী মনাক্তা লৈবা স্টুল অমদা ফমথে। মিৎরুপ খরগী মকুংদা চিত্রকারনা মায়খোং মোমোন নোক্লগা ফম্লিবা মরুপ্তা কৌরকই—

"মরুপ…।"

শকখঙনবা মীওই অমবু উবদা মোমোন মীনোক্কা লোইনননা কৌবা মহাক্কী শাগোমন্ন লীচংনি। মাগী মীনোক্ত খরাই ঙাম্লনা লাক্লবা মহাক্কু মমতুনা নোক্লকই; অত্তুগা মহাক্কা কৌবা-ডাওবদা হরাওবা

খুমই—অঁাই। লৈপাং তম্বা লৈরাংগী নাক্তা খোইমু পাইরকপগুম মহাক্কী মিনোক্তা শুন্নাত্তনা মাগী মরুপশিংস্থ মনাক্তা তোইনা ল্লাকই। অতুনা ঙসিহু লাক্লি তিকেন মহাক্কী মনাক্তা।

তিকেন্না লৌখিবা স্কেট্‌চবুদা য়েংলগা হংলকই,

—নুপীরা...?

—"উন, মনা শাম্বা দুকান অমগী—" মহাক খুত্তি লেপ্তুনা খুমলক্লই।

—হৌজিক লোইনবা য়েকদোরিবিনিনে ?

—য়েকতোরিবিনি..., পুং ২ দা লোইবা লাকে হায়রমই।

—অদুদি লেপ্তুনা য়েকুবা ঐ চা থাগৎপীরগে—।

—"হোই, ঐস্থ য়েকুবা তৌরগে.." মখুত্তা পায়রিবা তুরিহু থমলগা চিত্রকারনা হরাওনা খুমলকই।

তিকেন কাচিন্দগী ষ্টোভ থাংদোক্লুনা মৈ থাগৎপা হোৎনরে। মহাকস্থ থাগদবা রংগী মচু শেম্মি।

—"ইহে। চানবা" মচু শেন্ন শেন্ন ফি'না হায়রকই।

অদুবু মরুপ্পা লোং হাদনা, ষ্টোভ মৈ থাগৎ থাগৎনা খুমকই,

—ঐ লৈরুবগে—ঈশিং মৈ থাগৎনম্নগা.....। নহাক্কীদুদা থবক চাউশিন্নবা তৌজো।

—"অস। ঐনা নংবু অতুক য়াম্না ৱাহনগদবা.." হায়দুনা চিত্রকার চৎলুনবা হৌগৎলকই। অদুবু তিকেন্না মাবু মহাক্কী মফমদা অতুম ফমথহল্লে।

—ঐ চংলুবগে, পুন্নমক ঐনা তৌবা য়াবা ঙাক্তনি।

উপাই লৈত্রদুনা মরুপ্তা য়েংলগা মথয়াই তানা নোক্লদুনা চিত্রকারনা হাযবকই—"ঈশ্বর! ঐবু মকম অসিদা ঐগী ফরবা অনৌবা মরুপ অমা ফংজনবা নহাক্না লমজিংবিবক্লি—।"

—"কবিস্থ লৈতবা থবক খরা নতেং পাংবগীদমক—ঐবু অতুক ৱাংনা থাঙ্গৎপীরি। অতুগা মথা তারকই—"মতম মাংহল্লসু, লোইন-বতুম য়েকচৌ; হোরেলদি ঐ লাক্তনা লাই য়েকপদা অপনবা পী হায়দুনা অমুক ৱারৌবিনি, ঐ চৎগ্র কাম্না—।"

মণী তমজমা মেক্সীং—৪

—হুম, হুম..., সনাগুম তাংলবা নংনা ঐগীদমক খনবীদুনা হেক হেক লাকপিবা মতমগী খয়া তোইনা ফংজগে।

—"ওকলে, ওকলে, থাগৎমল্লে। কদাই, শেল পীরক্লো চৎলুরগে।" ষ্টোভতা ঈশিং কেটলি থাঙ্গৎলম্লগা তিকেন মনাক্তা লাক্লে।

চিত্রকার ওইগী খুক-উদা ওইগী খুবাক্তা নমলহুনা মনীং কাংলপ শেক শেক চত্তুনা আলমারি শো হাংদোকখ্রে। মনি বেগতগী লুপা তরা চৎপী নোট অমা শত্তোক্লুনা মরুপ্তা পীগ্নরে।

—শে, নেভি কট মচৈ অনীদংস্থ য়াওবীরকউ।

মরুপ্পা চুকান চৎখ্রে। মহাক মমোন নুংঙাইনা হাগ্নগী ফমফমদা ফম মচু শেম্বা অমুক হোৌখ্রে।

# ২

চিত্রকারনা অহানবা মচু থাবা লোইবগা স্বরূপ অনী য়েক্লিবা লাইতুগী মনাক্তে ফম্মিন্নতুনা চা থকমিন্নরে। তিকেননা হংলকই—"য়ুম্নলোমদা থোকখিরোইব্র—?"

—থোকখিরোই ; ইচেগা ঈবাইগস্থ থোকত্রে।

মচে-মবাইগী রাফম চিত্রকারনা পল্লকপদ তিকেম্না রাফম অমা হৌদোরকই—"মথোয়গী থাগী চেফোঙ 'থাউমৈ' দু পাবা য়াম্না মুংঙাই। ঐস্থ চেফোঙতুগী মমাঙগী ইশু খরা পারে। মতুদগী বাইবল অমুক্তুং মমুং তানা পাগে খনগ্রবনি। প্রিতম, নহাক নথোয় ঈবাইদা ঐগীস্থ বাইবল কপি অমত্তা লৌবা য়ানবা হায়নবিয়ুনা।"

—"য়ানিং লৌবিরক্কে।" মতুং মিংকুপ খরদ চা থকপদু লোই-শিল্লগা প্রিতম স্বর ফুইনা হোস্থরগা তপ্না হায়রকই— "ঙসিগী তাইবংপান অসিদ ঈশ্বরবু থিবা অমস্থং ধর্ম্মগী লাইরিক নৈনবা পাবা মীদি মশিং ইয়াম য়ামলক্কে, মরূপ। মী অয়াম্বা মেতিরিয়ালিষ্ট রার্লডতবু খোইদানত্রে।" মহাক মোমোন তৌনা মথা অমুক তাররকই—"মরূপ, নহাক অফবা মীনি—। থাগৎপা নত্তেকো ঐগীসে—।"

—"হোই, হোই—" স্তুল মথক্তা থমলিবা প্লেট্টা হাপ্লিবা ব্রেড স্লাইস, অমা লৌরগা চিক চিক চারতুনা তিকেম্না নোকমি নোকমি খুমলকই।

—"মরমদি ধর্ম্মগী লাইরিক্তি অফবা মীওইশিংতনা পানীংই। মথোয়না থরাইদি শিনাইদে খঙবদগী থরাইগী মপু ঈশ্বরবু মশক খঙবা পামই, মসিনা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাস্নং মতুদগী মথোয় অফবা মগুণ

লৈবা মী ওইরকই।" ফনা কুইনা ঙাঙলবা তুংদ নীংবা কায়বগী স্বর অমতং ফুইনা হোন্দোক্লগা চিত্রকারনা অসুম্না লোইশিল্লকই— "ঐ···হুবচাংদদি শোইনাইবা হায়বতু ওইরে, অদুবু ঐগী থবাইদি শোইনাইহন্নীংদ্রে—।"

—"প্রিতম··· ···" হায়বা শোম্বাংনবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা তিকেন মরুপকী মায়থোংদা য়েংলক্লই।

মহাক্না য়েংলিবা মরুপকী মায়থোংতু ঙাইহাক্তি অরাবগী মমি অমনা লাংশিনহল্লমই, অদুবু গ্রহন লোইখিদুনা মশেক মঙাল যুদোংলক্লবা থানিল থবক্রম মিংকুপ খরগী-নকুন্দ মায়থোংদু অমুক ঙাম্ব্রোরকই। মসিগা ঈক্লাইনা মচ্চৌশাঙ্গম মোমোন লোকলকই। থংলবা মিংকুপ খরা ইনরপদি মহাক মনা পুংলবা উপালদা তোংদুনা খোংনিংনা কোকিলগী খোঞ্জেলদা মপুক্লিং লুপখ্রে। অসুম্না ঙাইহাক চিক্না লেম্লুরু তুংদা চিত্রকার রা ঙাঙবা অমুক হৌরকই,

—কোকিলগী খোঞ্জেলশে ওন্থোক্না মুংশিন্দ্রেদা! ইস্বরন অসুম লৈরম্বদি মহাক্কী মুংশিন্নবা খোঞ্জেলশে মপোককিসিনগী তারা ফংলমদ্রোই।

তিকেন মহাক্কী মায়থোংবু ঐরাইরক্লগা রাখল অমা থলুন্নিমাক্লে, তপ্না হায়রকই: "—নহাক্কী খোঙদুনা থাঙঙ্থক্ত গাড়ী এক্সিডেন্ট অদুগী শোইনাইখিবা মতমদুদা নহাক কয়াদা রাত্রমগদরা, মীংবা কায়রমগদবা—।"

—"ঐ থবাই য়াম্না রাখি— ঈশ্বরবু নিন্দা তৌখি— ঐগী ফিভম কায়রবা খোঙবু য়েংলগা ইথন্ত লোন-লোন তেংথাজখি—ঐগী পুন্সি তুমদনা নঙ্জারকখি।" মহাক ঙাঙবা চপ লেপখ্রে। অদুবু কুইনে অচিকপা মফমদু খোইথুম্বা খোঞ্জেলনা থলহল্লকই— "অখিরবা থৌদোক অদুগী মমাঙদ ঐনা আশাগী মচু কয়া কয়ানা মচু ৭কী চুমথাংগুম্বা পুন্সি অমথক্কী শক্তম য়েকচরমঈ। অদুবু···পুন্সিগী শক্তমদি ইথুংনা তুরি পায়দুনা পামজবা মচু খন্দুনা য়েকপা য়াবা লাইমক্তি নংলমদ্রে·। মপু মাগী শকতোদবা শুকনা রেকপি থাবিরিবা মচু অদুকনা পুন্সিগী শক্তম অমচু ওইরমদে।" প্রিতম রা ঙাঙবা লোইশিন্নরগদ মখোল

নিকলকই। ঈরোইন গিংকুপ খরগী তুংদদি মহাক মথরাই পান্দবা পোৎ অমগুম লৈগ্রে।

তিকেন মরুপকী অরা শকফমত্তুনা চীন খদাংচেৎ লাকখ্রে। অনীমক অচিকপদা রাখলনা লাকহৎন তুমিন তুমিন লৈনৈ। কায়নথংদদি প্রিতমনা রারী শাবা হৌরকই,

—"মরুপ, বাইবল অমদি গিতানা ঐগী পুন্সিবু হৌজিক্তি অনৌবা আশাগী য়েন্নীং চোংহল্লে। ঐগী পুন্সি অশে অরাবা, নীংবা কায়বা রাখলনা লুমথত্তুনা থোদোক অতুগী মতুং চৎহি অমরোমদি য়াম্না তল্লু-রবনি। ওসিদি ঐনা ঐগী পুন্সিবু য়াম্না নুংশিজে, তাইবংপানসিবু অসুকী মতিক খোইদাজে। লাইয়েকপা অমা ওইন ঐগী পুন্সিবু য়োক-থাকপিরিবা মালেমগী লমনবু ইশ্বরবু অসুক্কী মতিক ঐনা নীংজবগী মপাননা মহোশাগী ফজরবু খুত্তা পায়রিবা তুরিনা য়েক্কুনা শীংজনীংই।"

—"Oh! I appreciate you, friend......" প্রিতমগী খুৎপু হরাওনা শোল্লত্তুনা খওহৌদনা খোংলকপা অমত্ত লাঈজ তুংইনবা ওলাংথা মতুংগী নোঙখোংগুম তিকেন মরুপকী থৌনাবু থাগৎলকই। "করে, নহাক্কীচু লোইশিল্লবা হোৎনরো; চাক্কু ঐ খোংবীরগে।" মহাক্না মখা তারকই।

—চাক্কচু অমুক খোংবীগদৌরিবা!

—উম; নখোচু লৈত্তানা লোইশিল্লগা হোৎনরো।

প্রিতম মরুপ, কয়ারক হন্না থাগৎলম্লগা মচুংথারা হৌনরা ক্যেনভাস, মমাঙদা ফমথখ্রে।

# ৩

স্কুলগী মতম ওইরক্লে। লম্বীদা চৎলিবা ছাত্র মুপামচা মুপীমচা খন্না ষ্টুডিওরোমদা চেনশিল্লক্তুনা প্রিতম্না য়েক্লিবত্থ য়েংলরি। য়েংলিবা অঙাং ময়াম মরক্তগী মুপামচা অমনা মমান্নবশিংদা হায়রকই,

—মুপীসি ফজনা য়েকত্র ?

—"সনা কজবকা য়াল্লহল্লিনে মাগীসে।" মুপীমচা অমনস্থ হায়।

অতোপ্পা মুপীমচা অমদি নোক্ল-নোক্ল হংলকই—"নংনা য়েক্লিবত্থ কনাগী শক্তমনো ?"

—"মাগী মুপীগী" অহানবা মুপীমচাত্থনা খুমলকই। মহাক্লা ঙাঙবা লোইকাত্রিঙৈ অঙাং ময়াম হোৌনা নোকলকই।

কাত্থগী মনীং কাচিনরাইদা চাক থোংলিবা তিকেল্লা অঙাংশিংবু লাউহৎলকই—"হায়! স্কুলদা চৎলো। মী লাই য়েকপা য়াররোই।"

"উম! উম!" হায়ত্থনা মুপীমচা থরদি তিকেন্দ ওনশিন্দুনত্থম লক্লশিল্লক্লে—"নংগীস্থ য়েকহল্লো. ......"

"হায়! হায়! কলি অঙাং মরুমদা আঃ য়োৌরেত্থ তৌইদা—।" মহাক নোকথোরক্লে।

প্রিতমদি ঙাঙন-শক্লরিবত্থ য়াওদে, নোকমি-নোকমি মথো লোই-শিন্নবা হোংনরি।

অঙাংশিংগা বারী শান্নরিঙৈ কদোমদগী করম্বা মতমদা লাকঁথিবনো খঙহোৌদে, য়েংবগী পেন্নাইন্নরোইদ্রবী নিংথিরবী মুজা অমনা অঙাংশিংগী তুংদা থবানমিচাক ময়ামগী লক্তা থানিল থাজনা ঙানবগুম মোমোন

নোক্ক মাগী অয়েক্কপা লাইবু য়েংহুনা তুমিন লেপলমই। চিত্রকারনা খঙহৌদনা য়েংখোরক্কপদা মিৎয়েং অনী চানক্ক' অঙাওবা মাগী তথকপী মিৎস্নানা মহাক্কী থম্মোইবু ফাখ্রে। লিপষ্টিক ঙাংলপ শংলিবা অতর-গুলাপকী লৈনাগুম্বী চিনবান্দুনা য়াতোন উনা হাইফেৎ কাংলপ মাবু কৌরকপগুমখি। চিত্রকার নিংথিরবী মুজাসিগী মায়থোং উরুবদা পুমঙাও ঙাওখ্রে। চাক থোংলিবা তিকেন মরুপকী ফিভম হায়না খঙখ্রে। মাসু অনীগী মতৌ য়েংবদা চাক থোংলি কাউখ্রে। ফনা কুইনা মবানী মিৎচানৈ। কায়নথংদদি মুজাহু ঈকাইরমাল্লে ওইগী খুৎনা আনোক হাইফেৎ ইনথৎলগা মরু লুকথখ্রে।

তাপ্পাসিদা তিকেন্না হায়শিনবীরুই—"ইচেম্মু লাই য়েংবা য়াউ-রম্লেদনা ।"

ঈকাইনা লুরুক্কা খাংজরিবী মঙোন্দা তিকেনগী বাসিনা অমুক অথোমনবীরে। "আউ" হায়না তপ্পা খুমলম্নগা মহাক লম্বীরোমদা থোকখ্রে। মহাক চৎখিবদা অঙাংশিংসু লাইরেল মতুং ঙা ইনবগুম ইন্নখ্রে। প্রিতমদি তুমিন্না ফম মাবু য়েংহৌরি। কুচু লমঙানবী মাগী নিম মচুমক্কা মান্নবা নঙ্গল কোথোকপী ফুরিত্তা লেংজুমদা তুবৎন ককপ্রবা অমুবা শমলাং মপৈগী খাদা উরিবা পানথৎলকপা থাজগী তথাই শক্তমগা মান্নবা লেংপাক্কী শরুক্কুদা মাগী মিৎয়েংফম ওইহৌরি। ঙসাইমথৈ মরুপকী মতৌ য়েংলম্বা তিকেন মরুপকী লেংজুমদা অনী ঙস্থুমলক খুৎনা পোপ পোপ ফুরকই। চিত্রকার থংপ্রেক থংনা মরুপলোমদা মায় লৈশিল্লকই।

তিকেন চিত্রকারগী মায়থোংদা য়েংলহুনা নোকখি নোকখি হায-রকই: "—চৎখ্রিবা অঙাংশিংহুগী স্কুলগী মিসনি। মমিং খঙনীংব্রা .. ?" মহাক্না মরুপকী পুক্লিংবু লাংতক্কহল্লকই।

—"খঙনীংইনে ।" প্রিতমসু খুদোংচাবহু মাংহনখিদ।

—"সরোজা। কাউররোইকো ?" লরুবা মুংঙাইনবা নেৎ-শিল্লকখি অকোনবগী বাহৈসি।

প্রিতম নোকলকই।

—"হুম! চাক চায়সি, খেংরেনি। য়েকপন্থ লোইরেদনা..?"
তিকেন্না মরুপকী অয়েকপা পোম্বিরম্ন য়েংলদুনা হায়রকই।

—"লোইরে। খুং—শা হামখিগে।" হায়দুনা মহাক লোইশিনবা য়াবা পোং-চৈ-থক্কা চানা চানা লোইশিন-থমজিল্লি।

* * * *

তিকেন্না চান-থক্লবা পুম্নমক শেম-শাবা লোইরগা মরুপ অনী চাকচা-ফান অমমমদা ফমদুনা পুথম অমত্তদা চাক চামিন্নরে। চাক চারিউদুনা তিকেন্না মিসকী বারী শকরকই,

—মরুপ, ইচে সরোজাশে মশক্তি লাইরেম্বাগী মচানি। মহেস্ন শ্রেতু-ওটনি। মপান্না জিরিবাম পি, ডব্লিউ, ডি, এক্সিকিউটিভ ইঞ্জিন্যারগী ওফিস্তা এস, ও, ওইনা থবক পুরি।

চাক চাবদা ভাইহাক পুক্নিং থিংজিন্নবা মতুংদ তিকেন মখা অমুক হায়রকই—"মচিন-মনাও অহুম—মহাক্না অহল—মখাদা মনাওনুপী অমা—মৌপবা অমা—। মনাওনুপীচুনা ইম্ফালদা কলেজ তম্লি—।" অদুম্না তিকেন্না মিসকী 'মরমদা বারী পংশাদ শাই। অমনা তাদ মতাই।

চাবা থকপা লোইরবা মতুংদ তিকেন হনগ্রে। মহাকপুদি বাখলগী ঈপাক্ত লংথরগা নাইতোম থন্নীরমলে।

৪

মুমিদাংবাইরম প্রিতম মহাক্কী গাড়ী মচা য়ামাহাদু তোংদুনা মুমিদাংগী য়েঙ্খাং-নাপী লৈবা চৎলুই। ভিরি বজারগী য়েঙ্খাং-নাপী য়োনফম কৈথেল্লোমদগী মনা-মশিং খরা লৈরগা গাড়ী থোদোরকপদা মিস মহাকপু য়েংলদুনা নোকমি নোকমি লম্বী মনাক্কী ফি য়োনফম দুকান মচিন্দা লেপ্লমই। প্রিতম মাবু থৌনা কনা কোকয়দি উমত্রে, থম্মোইদা মাগী কাউওমত্রবা মিনোক্তুবু মমি ওইনা পুদুনা হল্লক্লে।

মুমিদাংদি য়াচগুবদা কাবক কাবক থোংবা চাক-য়েঙ্খাং খরা চারগা তেবকদা অপাকপা লাইয়েক চে অমদা মহাক্কা উখিবা-মিসকী নোকমিবা নিংথিবা মায়থোংদু ক্কেটচ লৌদুনা য়েকপা হৌরক্লে। মচু থাবা পুমলোই লোইরকপদদি লোংমাই ঈচিক লানখ্রে। অদুবু দুম্বগী বাখলদি খণ্ড্রে। মশানা য়েকচবা মিসকী মায়থোংদুদা চিনবান থেন হম হম চুপচৈ। প্রেমজুবা মাইদনা থোকলকপা থম্মোইগী মুংশি ময়েক খাসু ওংলি। কৰিনো! খওছোদন। ঈশৈ ওংবা লেপথ্রে! মিংম্না অনীদসু পীগী ঈযুৎ! অংকপনি! বসন্ত ঋতুদা য়েন্নীংনা য়োমলবা হৈপাল লৈপাল পাম্বীদা আলাং ঈপোম লাং তলা উপালদ মকা লামজনা শাং-লম্বা শীগেল লৈরাংবু খওছোদনা হৌরকপা শাজিফুগী নোংলৈনা লৈরাং লৈনা লৈমাইদ চোইজ্জাইননা খিরুখ খিখিদুনা তেংথাজবগী পাম্লক্লি।

প্রিতম মদোম নিংগমদ শোম্বাংননা লোজনকই—"ও, মিস", মথক-মথা ওন্নরবা মীমামত্র ঐগী পুন্সিনি। ঐনা নঙোন্দ কয়মা মুংশি হায়বা ওম-গনি। নং ঐবু মুংশিবনু ওইরম্লোই, ঐবু লকবা ওইরমগনি।"

# ৫

লেপ্পুবা মতমদা য়াওলদা কালেন্থা লাক্লে। স্কুল পুন্নমক কালেন ছুতি থান্নখ্রে। মিসখোয়গী স্কুলসু থাখ্রে। মহৌশাগুম স্কুলগী অভাংশিং লাই য়েংবা লাকখিদ্রে। মিসসু মশক উথিদ্রে। প্রিতম হুন্দক্তি থবক পুন্নমক ইহৈ হৈনীংদে। মিসকী শক্তম উদবনরা খঙদ্রে। অমরোমদা মুংশা মৈশাসু কল্লক্লে। ইম্ফালদগীদি জিরিনা শাথসু য়াম্না হেল্লি। মুংথিলগী মতম অয়াম্বদি মহাক তুমদুনা লেল্লে।

ওসিদি মুংথিল শাংনা তুমলুরবা তুংদ প্রিতম মুংশা মৈশা নেম-থরকপা মতমদা হিজম গুণগী উপন্যাস 'অরোইবা পাউদম' তেবলদ পারি। মহাক্না উপন্যাসশিংগী ময়ায়গী পন্দুপ অমা থরাই য়াওনা পারিউদ্রা মহৌশাগুম তিকেন তুমিন্না মনাক্ত চঙলকই।

—"করি লাইরিকনো? থরাই অদুক য়াওনা পারিদুবো?" হায়না হংনা হংনা মরুপকী মনাক্ত লৈবা চৌক্রি অমদ ফমথরকই।

প্রিতম পারিবা লাইরিক্তু লৌথংলদুনা মরুপ্তা মথুম উংলি।

—ও! গুণগী লাইরিকনিদনা। মাগীদি ফজবনি। মদুদি ঐ পাদ্রিবনা খঙদ্রে।

—"সিসু ফজে। ঐ পাবা লোইরগা পারো। 'দুম চথোক-লকপা নদ্রো?" মহাক্না মরুপ্তা ওনশিল্লগা হংলকই।

—"উম, রারী শূবা লাক্লিবা ......" তিকেন্না নোক্ল নোক্ল থুমলকই।

—"চা থকসি; ঐ চা লোনগে।" প্রিতমনা হায়রকই।

মহাক চৌক্রিদ কমলম্বদগী হৌগৎখিত্লুনা চাগী স্টৌভ মৈ থাগৎলে। স্তোভ মথক্ত ঈশিং কেটলি থাঙ্গৎলম্লগা হাম্নগী কমফমদ কমত্নুনা মরুপকা বাৰী শাম্নরে।

— সরকারগী থবক অমতংদি পাম্লনবা হোৎনহৌদনা মরুপস্থু। থবক থিদ্রিববো মাষ্টর তমথবগী আশা লৈরিব্রা?

মহাক্না পারম্বা উপন্যাসতু য়েংলিবা মরুপনা খুম্লাকই—"কদাইদগী মাষ্টর তমনবা শেলনোদা মরুপ। ইমা-ইপানগা অহল ওইশিল্লরে, ইচিন-ইনাও ময়ামগী অহল হায়বত্বস্থু ঐনা ওইরে, শেল থোক্পা সরকারগী থবক্তো ঐস্থু পামলবনি। অত্তুবু অঙহ্বদা পীজনবা শেলস্থু লৈজদে, থবক হাপ্পীবা ঙম্বা মরী-মতা, শঙ্গস্থু লৈজদে। ঐখোয়গী লাইবক্না করিদৌরুনি। **Like father, like son**-ইপানা অযুক যেন্দা অঙনবদা লেংজুমদ লাঙ্গোল থোং, অর-তিতি লাউত্নুনা পুন্সি হিংনবা হোৎনরকখি; ঐগী শিনফমস্থু 'সি মঙাই।"

মখোয় অনীমক তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। অত্তুবু কেটলিদা ঈশিং শোবা মখোল তারত্নুনা চিনি, চাম্লনা থাকচল্লুনবা প্রিতম হৌগৎখ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদ মহাক চা লোনবা লোইরত্নুনা কপ অনীদ হৈদোক্লগা তেবলদ থমলরে। তিকেন তেবলদগী চা অমা লৌরগা মরুপ্ত কোই-রুনবা বা হৌদোরকই,

—খোঙনা চা থকপা লোইরগা অম্বাই ফাওবদং কোইথোকলুসি হাযববু নহাক য়াম্না বারগত্রা? নংগী শোল্লিবা খোঙত্নুস্থু খরমথৈ মপাঙ্গল কনখৎলকনি।

প্রিতম মরুপকী অনীংবা থুগাইদনা খুমলকই,

—হোই, কোইথোবলুসি।

চা থকপা লোইরবদা মহাক মফি-মরেল শেৎচিল্লে। মতুংদা কালাশঙ্কু থোঙ শ্লোনশিল্লগা মখোয়নি মখোঙনা নিউ কাছার লম্বীদ নোংপোক পাংনা লাক্লে। হুমিদাংবাইরমগী মতমস্থু ওইরে। তুংশা মৈশানা পখক্লরবা জীব-পানবা অমঙ্গি উ-ক্না খুদিংমক হুমিদাংবাই-রমগী লিরি, লিরি শিংপা মল্যানা মশা খিংহম্লক্লে। শংবান্নবা অতিক্লদ

মথিং তন্না তুমাং থানা লাইরিবা চেক্লাওম প্রিতমগী বাখলদু মনিং তম্লকই। মহাক্কী মমিংমা তারিবা লম্বাগী মফিলদা হৌরিবা উপাল-বাপালগী নিংথিবা দৃশ্যবু মপুক্কিং মকা লাম্না মিৎয়েং থোকহল্লে লৈহুনা য়েংলরি। মকুক লম্বাং, চীংমান মোইরাংনা উ-বা পুম্নমক্কী অশংবা শক্তমনা থম্মোইদ হুংলাইহনবা ঙৈহল হৌহনলি। অমুকসু কোকফিলগী থোই-দুনলকবা থোক্লে! ওইহাক লৈপ্তনা চংলকপদদি মহাক থোঙনা অবুনা শাংনা অমুক চংলক্তবদা অবাবা ফাওরক্লে। অমুক অথা তানা চংশা ওমথবদা তিকেন্দা হায়রকই—

—নবীগী মতাইদ নম্থুনা মফম থাইগী দৃশ্য ওইহাক য়েংথিসি।

—উম, লক্লসি।

মখোয় অনী অশাংবা তিংথৌ অথক্তা ফম্মরে। প্রিতম স্বর চাউনা অনী অহুমলক হোল্লকই। মরুপা মঙোন্দা য়েংলগা মিপাইনা হংলকই—

"য়ামনা ৱারব্রা?"

"ৱাদেদা।"

"অসুমনা মরক মরক্তসু থোঙনা চথোকসি।"

"উম, চৎসি। ইচেমসু ঐবু অসুম্না খরা খরা চথোক চংশিন তৌনবা তত্তনা হায়। অদুবু চংপদা খরা থুংলোইদবগা মীমাঙদ ঐগী ফিভমসি ঈকাইজবগা……।" প্রিতমনা খুমলকই।

—হুম! ঈকাইবা য়াদে। ঈকাই থিগনবা মীসি থৌনা ৱাংপনি। অদুগা মীগী অশোইবদা মরম চান্দনা নোক্করিবশিং মী নত্তে শানি।

প্রিতম মরুপকী মায়থোংদা অপেনবা মীনোক্কা লৌইন য়েংলদুনা মরুপকী ওইথংবা খুত্ত মহাক্কী য়েংকী খুংনা চেৎনা পায় হায়রকই—

"মরুপ শংশারসিগী মী অয়াম্বা নহাক্তুম্বা ওইরম্মবদি··।

—"হায়! নংগীদু হায়মল্লি··।" তিকেন্না ৱা ককলকই।

—"হায়মবা!— ঈমুত্ত, অশেংবনি।" মহাকসু মশাগী ৱাকমদু হেন্ন চেংশিনহল্লকই।

লাপলপ্না লমজাওদা লৈশাবী কাংবু অমা মথোক্লিনা কম্লিবা অদোমদা লখিপুড়রোজদগী নোক থেত্তুনা লাক্লি। মহৌশানা লৈশাবী

খরা পুল্লবদি লাংবা শোইদ্রে। লৈশাবী কাংবুত্থুনা নকশিল্লক্লবদা মখোয়নি মায় ওনশিন্দুনা মখোয়বু য়েংই। থাজদনা লৈশাবী কাওবুদো মিসহোয়গী ওইরম্মে।

—"কনা ঙাইরিব্বনো?" ঙসিদি মমান্নবী ময়াম মরক্তগী মিসনা ঈচং-থৌনা লৈনা কৌরকখি।

—"ঙাইনিংঙাই কনাস্থ লৈতেদা। অচিকপা মফমসিগী দৃশ্যনা থম্মোইবু ঈংহনবা ঙাইজরম্বনি।" প্রিতমনা খুমখি।

মহাক্কী পাউখুমত্থু তারগা মিস মকোক নোম্থত্থুনা তুমিন মমান্নবী-শিংগা চংখ্রে। খরা লাপথোকক্লবা মতমদা মমান্নবী অমনা মিসতা হংখি—"নিপাসি নংগবু খঙনব্রা?"

মিসনা করি খুমখিবা! তাবা ফংদ্রে।

"মিসকী অহানবা হাইং, "কনা ঙাইরিবনো" হায়বসি মহাক্কী মফমদ কাউঙমদবা হাইশিং ওইহৌরে। অমরোমদ মিসনা মাগী পাউখুমত্থুদা করি খল্লমগদগে খল্লুবদা থুংনাংলকই।

মখোয়নি "কুইনা অমুক ফমদ্রে।" "ইল্লসি" হায়নত্থুনা চুপিওরোমদা ইনমিল্লরক্লে। তিকেন অক্লপ্ন মাগী কালা শঙঙাওবা থিল্লমলগা ময়ুমদ হুনখ্রে।

—(0)—

# ৬

মিসকী 'কনা ডাইরিবনো' হায়বা ৱাহৈ অনীখকসি মহাক্কী মুংশিন্নবা খোঙ্গেলত্বগা শাগোন্ন প্রিতমগী থম্মোইদ মুমিৎ কয়ানি নিন্দুনা অত্বম্মক লৈরক্লে। অঙকপনি, ৱাহৈ অনীখকসিগী মগুন! ঈংনা চিক্ল মিৎকুপ অমা লৈতানা লৈহন্দে; কোইথৎ থৎলি, কোইহং হংই—"কনা ডাই-রিবনো !!!" অত্ববু ত্তোইনা হংবগী পুক্কিং লৈতাহন্দবা, শাউনীংবদি পোকহন্দে; মুংঙাইহল্লি খল্লু খল্লু, ম্যাবু নীংশিংলু—পুন্সিগী হিংবগী মহাও লৌহল্লি। মমল নাইত্র মত্রনি ৱাহৈ অনীসে মঙোন্দ।

প্রিতম ঙসি মুংথিলদি মহোশাগুম ত্বমদ্রে। ডাইরিদা ৱাহৈ মঙা তরাদং ইনীংলক্তুনা চৌক্রিদা ফমই, মাঙগী তেবলদ ডাইরি ফাক্কেক থমই; কলম পায়থৎলে ইগদবগী। ইরমদাইত্বদা ডাইরিগী চেনা মতোন্দা "June 15" হায়না থারিবত্ন উরকই। ইবা য়াদ্রে, কোক-চাউবী কাবনা হাল্লে। তারিখ ১০ গী মমাঙদা হেক হেক ষ্টুডিওগী অরাইমল থাগী ভাড়া পীবা য়ুম্বগা লেপ্নখিবনি। ঙসি তরুকনি হেল্লে। ফিংনা হৌগৎলে ফমলম্বদগী হেক নিংশিংবগা। মফি-মরোল হোংলে। গাড়ী ইন্থোকলে। ষ্টুডিও খোঙ লোনশিল্লমগা সড়ক অতিংবী খুনিংথেক্ত লৈবা য়ুম্বগী য়ুম তম্ন গাড়ী থোরক্লে।

*  *  *  *

য়ুমগী ভাড়া পীরম্নগা প্রিতম মাগী ষ্টুডিওরোমদ গাড়ী থোরকই। চন্দ্রপুড় য়োশিল্লকপদ লম্বী মপানগী থোঙ্গাল অমগী মনাক্ত মিস মথন্ত লেপ্লনা লৈবা প্রিতমনা উই। ঙাইহাক্তি কৌসিন্না কৌগুমসিরা

খঙ্গাগ্নে। খঙ্গানরিঙৈ গাড়ীদি মিসনা লেপলিবা থোঙ্গাল মপান্থ য়ৌরমলে। করি ৱাখল খল্লক্লবনো খঙদে, মহাক মিসকী মনক্তা গাড়ী থামলে। ঈকাইরগা কৌরুই —"মিস… "

– "কনানা ঐবু মিস কৌ হায়রকপগে ?" মিসনা মঙোন্দ নোকফেৎ তৌনা য়েংলগা হংলকই।

—তিকেন্না হায়বদগী ।

সরোজা মহাক্কী পাউথুম তারগা তুমিন্না মকোক নোম্থত্থনা লৈগ্রে। প্রিতমস্থ ৱা মথা তাবগী পাঙ্গল লৈত্রে।

তাংলবা মতমশে অরেম্বদ মাঙখিৱদি পাম্মুই। মসিমক্তনা চিত্রকার ৱাহুং অমদি উচিন নাচিন্না থৌনা য়াউদনা হংলে – "হৌজিকপু থোঙ্গালদ কনা ঙাইরমলিবনো ?"

মিস লককনা খুমলকই —"আঃ কনাস্থ ঙাইবা নত্তে । অত্থদগী মকোক হাইফেত্তং হঙ্গৎলগা মথা তারকইঃ– মাঙদা উরিবা লৌবুকশে ঐখোয়গীনি, ষণ শঙবা ওইনা ঙাইহাক লেপলম্লিবা ।" মথা অমুক তারক্লে, তুমিন লৈখ্রে।

মহাকস্থ গাড়ী মথক্ত তুমিন য়ুংত্থনা লৈরে। ইচিক চিক্করে। চিকচরবস্থ লেপফম লৈফমদি খঙনগ্রে, হুমাং কানরে। তাঙ্গাসিদা মিসহোয়গী থোঙ্গাল্লোমদা অঙাং অমা কন্না চেন্থোরক্লে। মিস অঙাংস্থ উবদা ইপা পাখৎনা হায়রকই—"নহাক চৎলো ! ঐখোয় ইবুংঙো লাক-এ।"

প্রিতম থুনা গাড়ী ষ্টার্ট তৌত্থনা মাগী কালা শঙ তন্না গাড়ী থৌরক্লে। মহাক মাগী কালাশঙ য়েৌবগা গাড়ী মনুংদা ইনশিল্লগা ফমুদা মফি-মরোল য়াওনা হিপলে। নুংশি ৱাখলনা মহাক উংলে।

"মীমান্নদবা মহাকনি, মিসপু নীংলুরিবসি চুমত্রা ?'– মসিনা ৱাহংনি। অত্থগা "জিরিদ লাকলমত্রবদি ফগদবনি—" মসিনা আশা লৈত্রবা পাউখুমত্থগী হঙ্গানর' ৱাখলনি।

# ৭

ওসি-ওয়াংসিদি প্রিতম মমাওগী রাখলগী খরা তোপ্ললে। থোই-দোক্কা অরা-অনংদগী নাংহোক্নবা লাইনীংবা অমগী মতৌনি। মহাক্কী মায়থোং নুংশি রাখলনা মকশিনবগী মহুৎ থুগাইনা শাথলবা লৈরাং খরালগুম অয়েংবা মীশি গী থম্মোইদ ঈংনকয়নি। মহাক ঈশ্বরগী নুংশিববু রাখল লৈতানা খনরা হোরে। নীংবা থুংজবা পূল্লিদি পুন্সি থৌরাং পাংনবা ঈশ্বরনা থৌরাংবিবনি খল্লক্লে।

নুমিদাংবাইরম মতমনি। নোঙ চুই। প্রিতম ক্লুংথিলদগী প্রভু জীশু খুষ্টনা পাপ চেল্লবা মীওইবা ঐখোয়গী উশিন ওইনা কালবারি ক্রোস্তা য়েক্লবা যিহুদিশিংগী খুত্তা থোনা কনা শিকিখিবদু থবাই তানা য়েকপা হোংলরি। নোঙ মরক্লুদা ছাত্তিন মচা অমা ভুপালক্লনা তিকেনসু মনাক্ত মখোঙনা লাক্লে।

মরূপনা য়েক্লিবদু মুন্না য়েংলগা হায়রক্কই—"নহাক্কী লাইশে ঈহুল নিংথিন্না লৈরে। হন্দক্তি অনৌবা রালেপ্পবা পারুবগা লাইশে উরগা থম্মোইশে নৌরকই। ও, প্রভু! পাপ চেল্লবা ঐখোয় ইগুংলাং নহাক্ক কয়া বারমগদবা— ।"

—"মরূপ ঐনা য়েক্লিবসি মপুং ইফা ফান্দ্রিমাল্লেদা। খুষ্টনা পাপ চেল্লবা ঐখোয়গীদমক রাবীখিবদো ঐগী তুরিনা মপুং ফানা ফোঙদোকপা ওমদ্রে-।" মহাক্কা য়েকপা লাইদা মুন্না য়েংলগা প্রিতম নিঙমদনা শোল্লকই।

— হুম! মপুং ফানা ফোঙদোক্লে। ঐগীসি চীরোন নত্তে। কালাগী বিচারদদি চীরোনগী মফমসু লৈতে। প্রভুগী অয়েকপা শক্লমশে য়েংবদা

অনুকম্পা পোকিই। মসিনা মঙ্গী অশেংবা মগুনদু শোক্লবনি। প্রিতম, মশে ঐগী কাদ থেংচরগে, ঐঙোন্দ পীরোনা—।

—"করেম, মরুপন্না খোইদাবিরবদি পুবিগ্রো।" মহাক্না চিংনবা লৈতনা পীদুনা উংলকই।

প্রিতম খোঙথাং অক্তম মরিদং তুংওইননা হন্দোক্লতুনা ভাইহাক তুমিন শক্তম অঙ্গবু মুন্না য়েংই। অরাংপা মফমশিংদু তুরি অমুক পায়খৎনা য়েকশিল্লি—নানশিল্লি। মহাক্না তৌরিবা মওং মতৌ তুমিন য়েংলদুনা তিকেন্না নোকখি নোকখি হায়রকই—"লাইয়েকপা হায়বা, উ-শূবা হায়বা মিংথেংদি বুক্না জাংনি; ঐখোয়নদি অরাংপা অশোইবশে খঙপোক্তেশে—।"

—"নংসিমা—" মহাক নোকলকই।

—"নুংঙাইরবা পাও অমা তম্বীগে।" তিকেন্না মঙোন্দ হায়রকই।

—"তমলোদনে, তারসি।" প্রিতমদু তানীংবদগী তকশিল্লকই। মহৈশানা কনাগুম্মা পাও অমা তম্বীগে হায়বসি তানীংবা, থগৎনীংবনা মী অয়াম্বদি লাংতক্লে।

—ইচে সরে'জাননে ঐঙোন্দ নংগী মরম য়াম্না হুংই। প্রিতম, মহাক নংগা মরী লৈননীংই।

—"মমদমসিদা ঐসে মীনৌ ওইবনা হুংবা ওইরিদ্রি। ভাব কল্লদু মরুপ। মীগী থাক অক্তক রাংলবী মুপীদুবু ঐগুম্না অমনা… কদাইদা-ই কদাইদা-ই "মহু রাদু তোকসি। চা থকসি, ঐ চা লোল্লুগে।" মহাক মরুপকী রাদু বকথংলম্নগা হোৎংগ্রে।

মহাক্না অম্মল্লা তৌরদদু তিকেন্দি হন্দ্রে,

—ইশে! য়াম্না লৈদ্রিবে—। মিসনা নহাকশে রাশি য়াম্না লৈ, বা ভাওবসু ভারা মুংঙ্গাইকা হায়রক-এ—।

প্রিতম মঙ্গী কমুল্লী মোল ময়াদা থমলিবা লেভিকট মচে অমা মরুপা পীররে, মচে অমনা অচিন্দা উনলগা মৈখেৎ থেৎলকই। মৈ চমথরবা মকুদা চুরুটদু নিংখিনা অমুক্কং চিংলগা চিত্রকারনা মোং-

হাদনা হায়রকই—"ৱারীছু তোক্লসি মরুপ—। ঐ মুপী-অঙাংগী ৱা খল্লরোই—।"

—উম! ইবুংঙো য়েংদশিন্ন মিংলাওরা, চাদশিন্ন চথোমজাও। ঐ থঙই, নরিল য়াওত্রগা খয়াইনা চেঞ্জন্নু; নিঙমজরোই— মতেং পাংবিগে—।

প্রিতম করিমত্তা খুন্বা, ঙাঙবা-শকপা তৌদনা চা লোনবা হোৎনরি।

চা থকপা মতমদসু ৱাকমদু তিকেন্না অমুক হৌদোরকই—"মরুপ, নহাক চিংনমু; মিসনা নহাকপু তশেংনা মুংশি। লৈশাবী অমনা লমলানবা মুপা অমগী মরম কুপনা হংবশে করিগীনি খল্লি—?"

ৱা ইঙাঙ ঙাঙদনা, ইখুম খুমদনা অন্তুমক লৈরবদি মরুপা ৱারোৗ-রনি খন্দুনা প্রিতম চা য়াউম অত্থুম মরি থক্লবা মতুংদা খুমলকই—"মরুপ, মত্থমক ওইরবসু ঐ মাগা য়েংল্লবদা মতিক চাদে।"

—"করিগী—?" লাংতক্লনা মাগী মায়থোংদা য়েং, তিকেন্না হংলকই।

—"ঐগী ফিভমসিদা—।"

—"ও! মত্থগীদমক—। মরুপ, নহাক ৱাখল য়াম্না পীকই—। হন্দক্তা চিনাগী মথোঙ অনীমক য়াউদবা দিস্এবল এথলেট কাও কিউ-য়ামমিংদি শকহেল্লবী মুজা অমগা মুংশি লৈপুন পরৈনব্রে। মথোঙ অনীমক য়াউদবা মহাক্তা মতৌ-মনাও চিনাগী খাইদগী ৱাংবা চীংদোল গোলদন পিক ফাওবা কাথোকস্রে।"

কুইনা ৱারী শান্নরবা মতুংদা তিকেন নোঙচুবা অন্নমবা অহিংতুদা মথোঙনা ময়ুমদা হনগ্রে। চাক চাশিন্নরদি, লেকপ্রসি য়াদে; মাগী ৱাবু থৌওইবীদে হায়তুনা ৱারৌখি। মরুপা শাউনা হনখিবত্থু মহাকসু হুংঙাইহৌদে। মাগী য়াইফনবতা থনবীরিবনি মহাক্তি। মহাক নুমি-দাংগী চাবা-থকপগী ৱাখল চঙগ্রে। ফমুংদা হিপ্পা চঙ্খ্রে। মিত্তি উইশিনবা য়াদে ৱাখল লীশাং থাবা হোৎনবদা। অঙানবা বিজলি মৈঙালদ

চুম মচা থরনা ফল্লাংদা তীল-শ্কাও ক্সায়গা চাগদবগী নপ নপ্পুনা লৈবত্নু উরি। অদোমদা মন্থাক পুক্লিং খিংজিন্নবা মতম লৈতে।

প্রিতম মিসপু অম্নুকী মতিক মুংশিজে। অত্নুম ওইনমক অচৌবা চীংজাওবু অকনবা নোঙলৈ মুংশিংনা মফম লেঙহনবা ঙমদবগুম মাগী থম্মোইদা ফুমলিবা মীমান্নদবগী অন্নাববু থম্মোইগী অনৌবা মুংশি শাফুনা লেঙহনবদি ঙমদে।

অহিং ঈচিন্নবফাওবা প্রিতম মিসকী মুংশি রাখলনা তুম্বা য়াদ্রে। অত্নুবু পলেমগী মুংশিরবা নাউগুম ঈশৈনা পিক্লিবা নাউরাবু তুমখুন তালহনবগুম, মুংশি রাখলদ অন্না পোৎলুম পুনবা চেকথরবা মাবু ঈংনা জিজ্জি চুরিনা নোঙজুগী মখোলনা তুম্বা থেমবীব্রে।

—(0)—

৮

কালেন ছুট্টিগী মতম লোইখিদ্রুনা স্কুল পুম্নমক হাম্নগুম লাইরিক তম্বা হৌনখ্রে। মিসখোয়গী স্কুলস্থ লাইরিক তম্বা হৌখ্রে। মিস মুমিং খুদিংগী মাগী ঈ মচুগী কিনেত্তিক হোন্দাত্থু হেক হেক তোংলদুনা স্কুল কারকই। মরক মরক্ত চিত্রকারগী কালাশঙদা লাই য়েংবা চঙ-লকই। রাদি ঙাংদে, মুন্দ্বংপা মিনোক্লা চিত্রকারগী থম্মোই লমবুদি অস্থম খোপচিল্লি। ম.গী মতৌসিদ প্রিতমস্থ মহাকপু নীংবীরমগত্র হায়বগী থাজবা মপুক্লিংদা মমী তমখ্রে।

নোংমগী অয়ুক্তি মিস মমান্নবী অমগা লোইননা মহাক্লা লাই য়েক্লিঔেদ লাক্লগা ইথা থাজদনা লক্লরকই—"মীগী থম্মোই হুবা লাই য়েকপ.গী ফাদক তাজ.নি!"

ম.খোয় মাবু তুং হুম্ন হুম্ন য়েং নোক্ল নোক্ল ময়ুমলোমদা চংখ্রে।

চিত্রকার মীমান্নবা, শোইনাইবা অমা ওইরমদ্রবদি থৌনা ফনা খুম্বা ঙম্মগনি "তান্নবস্থ নহাক্কী থম্মোই কৈস্থমশঙদা ওইরবদি পোক-পগী মহৈ য়াম্লে পুন্সি।" ঙমজদে অত্থবু খুম্বা! শোইনাইবা মী থৌনাদি ফুদোকপা ঙমদবোই!

প্রিতম মিসতা পীনবনি খন্ন চিঠি কয়া অহিং কয়া, অয়ুক মুংথিল কয়া চুপনা ই। অত্থবু চিঠিশিংত্থু থংনবা মিংকুপ্তদি মচেং মচেং তানা শীংকুপ শেগাইখিনি। ঙসিস্থ মুংথিল চুপ্পা অমা চাকচা মতুংদা কমলত্থুনা কজবা চিঠি অমা ইরি। পুংজা কয়া চঙনা চিঠিত্থু ইবা লোইরে। ইবা লোইরবদা অশোই অরান য়েংবা ওইনা অনী অত্থমলক

মুক্তা মপুক্কিং চঙনা পারে। শিন্দোকপা য়ারে হায়ত্নুনা তরু তরুবা অহাংবা চেবাং অমদা নিংথিনা শিনবা হোৱে। নিংথিনা শিন্দোকপা লোইরবদা অমুক পার্রি। তাঙ্গাম্বিদ কন্দোমদগীনো ইখঙ খঙহৌদনা তিকেন ফোং ফাওজিল্লকুম্না মনাক্ত লেপলক্লে। প্রিতম খংবোই-লাক-পোষ্ট চিঠি কনাইদনো লোংশিনগে হোংনৈ। অত্নুবু তিকেন্না "করি চেনো য়েংগেনে" হায়ত্নুনা মপুক্তগী চিঠিত্নু শংখ্রে। মহাক উপাই লৈত্রেঃ পারুত্নুসু হায়ঙমক্রে। চিত্রকার ঈকাইবনা উংলে। অমনদি চিঠিত্নু তক্তনা পাবা হৌখ্রে।

চিঠি পাবা লোইবগা তিকেন হরাওনা মরুপ্তু হায়রকই—"য়ারে, সিমঙাইদনা! মিস···শোয়ররোই নংগী রাখলদ ঙাওবা···।"

অমরোমদ প্রিতমনদি চিঠিত্নু মরুপকী খুত্তগী লৌনবা হোৎনরত্নুনা হায়রকই—"কদাই! মঙোন্দ পীনবা নত্তে—।"

মাগী রাঙাঙত্নুদা ঙরুবা মরুপনা খোন কল্লপ হংলকই—

—"চরোদা! মঙোন্দ পীনবা নত্রদি কৈদৌনবা ইন্নিবা—?"

—"থম্মোই ঈংনবা—" মহাক্না খুমলকই।

—"ওঃ নহাকসু নহা জাত্তা অমনিদনা!" রা ঙাঙবত্নু মিৎকুপ খরা লেপ্লগা তিকেন মখা শমলকইঃ—নংগীসিদি কালিনগরগী ঐগী মরুপ রামধনবু নিংশিংলক্লে—।

—"কদাই, পীরোনে—" হায়ত্নুনা অমনা মরুপকী রা খোই-জংদনা চিঠিত্নু ফংনবা হোৎনরি।

তিকেন মহাক্না চিঠিত্নু লৌনবা মখুৎ লামলকপদা চিঠিত্নু পায়রগা মরুপকী ফমুং তম্না চেনখ্রে। ফমুংদা ইরেম্ন ফম, চিঠিত্নু মরুপ্তা উৎ নোক্লত্নুনা হায়রকই—"মশে লোগে খল্লত্নু। ঐ রারী তমা লীগে, তুমিম্না তাও; চিঠি ফুংনবা তাম্নরকনু—।"

প্রিতম উপাই লৈত্রত্নুনা মাগী চৌক্রিত্নু মরুপলোমদ ওনশিল্লগা ফম নোক্লত্নুনা হায়রকই,

—তারগেনে, লীরো······;' চৎলমদাইদা পীদদি পীবীরমঙ।

—"হোইদা! রারীত্নুম তাখো—।" মহাক রারী লীবা হৌইঃ—

ঐগী মরুপ রামধনদো নহাকুদনি। অদুবু ঙসিদি মহাক রাম্না নিঙম-হৌদ্রে— ।

—"কন্নিগী—"। মহাক মরুপ্তা মিৎয়েং থম পাউথুম্না ঙাইরকই।

তিকেন বারীদু মথাক থমদনা লৌথরকই।

—"মখোয়গী খুঙ্গংগী নৈশাবী অমখক রামধননা খঙলমই। মহাক অদুনম্থু মাবু নীংলমই। অদুম ওইনমক রামধননা মুপীদুদা মুংশি হায়-খশে কোক্তলোকপা শুকঙম হেক ঙমখিদ্রে। মহাক্না নহাকী 'সিগুম ফজরবা চিঠি অমা ইরগা ফুরিৎখাওদা হাপ হাপ্লনা চহি কয়া চৎখি, পীবদি শুংপী পীখিদে। কায়নথংদদি মুপীদু অহলশিংনা মুপা অমদা থাজখ্রে। লুহোংলমদাই মতমদা মুপীদুনা নিঙমদনা মহাক্না রামধনবু নীংজরুবদু লৈকাইগী মমান্নবী লুনা তিন্নজবীদুদা মপুক তেংনা শারম্মে-এ-। মমান্নবীদুনা রামধনদা অমুক তমলকপা কান্দদি রামধনদো নিঙম-দনা তক্সি শোলহৌরে। ঐনস্থু কাম্নরোই খুনু অঙৌবা লোইরসি হায়না ফাগী তৌবিরবনি। অদুনা মমৈথংদদি নহাকস্থু খুনু অঙৌবা লোইবদা তা নিঙম্নহৌজরোই।" বারী লোইশিল্লকপদা তিকেন্না কোংলকখি।

প্রিতম—"হুম! চিঠিদু পীরকখো—" হায়না মকোক হাইরদুনা মকশকী মনাক্তা চিঠি লৌবা চঙশিল্লকই।

তিকেন মহাক্না চঙশিল্লকপগা চিঠি পায়না পায়না থোঙলোমদা চেম্থোকখ্রে। অদুগা মঙোন্দ ওনশিল্লগা হায়রকই,

—মিসতা পীবারমলগে; খুনু অঙৌবা লোইদনবা—

মহাক চিঠি পুরগা থোঙথাং থুনা থাংলদুনা চৎখ্রে। উপাই লৈত্রবা প্রিতম থোঙগী থোঙবাদা মখোঙ নাম্মা থাঙ্গৎলগা লেপ চৎখ্রিবা মরুপ্ন-য়েংহৌরি।

মায়ফাওবা অমুক ওনশিল্লমদনা চুমস্রিং তিকেন্দো অদুম চৎখ্রে—।

## ৯

চিঠি পুখিবা নুমিত্তগী মরিস্তুবা নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্ত তিকেন মিসকী পাউখুম চিঠি পুত্থনা প্রিতমগী শঙদা তহা তহা মখোঙনা চেল্লকলে। শঙ হেক য়োরকপগা ঙাইঙমদনা খোঙদা "কাক কাক" খিল্লগা লাউরক্লে—

"প্রিতম···প্রিতম···খোঙ হাংঙু।"

খংলাক খংজিন্না লাউরকপা মরুপকী খোঞ্জেল তাবদা তুমহুনা লৈরম্বা প্রিতম মঙ-ওই হা-ওই হৌগৎলহুনা খুমলকই—"তারে, তারে, হাংলগে ···।" ফমুংদগী কুমথরগা খোঙ পুনা শৎন্না শৎনা মহাক্না মরুপ্তা হংলকই—"করি তৌরবগে, অত্থক ফিংলিবত্থবো—?"

খোঙ হাংলবদা মকপনা মহাকপু লক্ল লক্ল মোং-হাদ চঙলকই।
—হন্দক্তি মিসকী মঙ তম তমদনা তুম্বদা ঐখোয়না কৌবা-কাইশে পাক তাদ্রে। মাই-এ-ক হোরোনদৌনা হৌনা লাউদ্রদি!

—ইস! তুমশিং ফাদ্রিঙৈ নোংঙাল্লমদাই খোংবা রাখেক-এ-বা উচেক্ত মঙাই নংনা লাক্ল কৌরক্লিবা!

মখোয় অনী ইমুংদা চৌক্রি অমমমদা ফমমিন্নে। হেক ফমথবগা তিকেন্না অমুকহু লকনরকই—"ঙল্লি, তুমখিগে হায়ত্র-ও? মিসকী মঙ অমগহু তম্বা য়াখিনি।"

—"নংহু অত্থ ফাউবদি—।" মহাক্কী মায়হু শুকচল্লকই।

—তুমহুরহু; মঙ মঙত্রবহু য়ারনি। ঐন্না মিসকী রিপ্লাই পুরক্লে।

—"অশেংত্রা, তিকেন···?" মহাক খোইরাংবনা থুক্কৎলবা মতৌদা মিং-না ওনখৎন্না হংল্লকই।

—"অস, থাজব্রগা য়েংউ, টু!" হায়তুনা তিকেন্না মহাক্কী ফুরিৎথাওদগী স্কোয়ার ওইনা পিকত্তকনা থুপ্পা চিঠি অমা চিংথোক্লুনা উৎলকই।

প্রিতম মিসকী পাউথুম চেন্থু উবদা মহাক্কী মায়থোং অয়ুক্কী মশেক মঙাল ফুদোংলবা মুমিংকুম নিক নিক লাউনা ঙাম্থোরকই।

মথা তাবদা তিকেন্না হায়রক্কী—"অতুবু চিঠিশে করিনো থন্না কোঙত্রিমখৈ পীররোই—।"

—"কোংলগে; পীরকুলো—।" মরুপ্পা ঙাইঙমদ চিঠিদু লৌনবা মখুৎ তীংথোরকই।

—হৌজিক, নত্রবদি—।

—"কোংলগে। ফকলাংগী পেগতা য়াল্লিবা ঐখোয় জেকেটশিদা মনি বেগ, গাড়ী শো লোইনা য়াউবনি; কয়ানো কোয়নবা লৌরগা চৎলীক্লো। ঐনু হৌজাক শেংদোক্লগে।" প্রিতমনা হায়জে।

মসি য়েৌনরবদদি তিকেন্না মঙোন্দ চিঠিদু শিন্নরে।

তিকেন জিরি বজারদ চৎলুনবা মরুপকী জেকেট ফুরিৎথ ও হুমদুনা গাড়ী শো অমদি মনি বেগ মনুংদগী লুপা তরা চৎপী অনী লৌথোক্লগা মরুপ্তা উৎলকই। শো হাংদুনা গাড়ী ইস্থোকলে। মপান্দা গাড়ী ষ্টার্ট কিক কাওদুনা হৌরগা লাউরকই—"চা মৈ থাগৎলমউকো-চিঠিদা ঙাওদনা লৈরমগন্নু—।"

মরুপ চৎখ্রবদা প্রিতম চিঠিদু পাগদরক্কী চৌক্রিদ ফমথরে। লাকএম-কাঙমত্রবা পুক্নিং, থম্মোইগী অঙাওবা মিহুন তান্থা মাথনবা হোৎনবদা নিকলবা খুৎনা তেবলদা। চিঠি চেখুপতু মাংদোক্নবা হোৎনে। চিঠি চেখুপতু হাংদোক চেবাং ওইনা পাক্না তেবলদা থমলে। বাহৈশিংনা পরেং পরেং অস্তিত্বাগী থবানমিতাকশিংগুম ঙাদিক তনিক লৈরমই। পাবা হৌরে ভুংঙাইবগী মনিলশা লোইনবা মখুম্বু মহাক্কী মায়থোং মিৎকুপ থক্লপী মতুংদ ইমক মকশিনরে। মিতনা করিবু ইরকলবা! মহাক তেবলদ মকোক ঙাশিল্লহুনা তুমিন লৈজে।

মিনিট তরামুক্কী মতুংদ তিকেন গাড়ী থৌজিল্লক্লে। শঙগী মপান্দ গাড়ী থনমলগা মখুত্তা অথুম-অহাও ময়োম অমা পায়রত্নুনা গ্রোং গ্রোং মন্নুং চঙলকই। ময়োমত্নু তেবল মথক্তু থমলগা মরুপ্তা য়েংলহ্নুনা হায়-রকই—"চিঠি পাবদা ঙাওরেদনা সিদি। করিমগুম্নু তৌরমদনা মোন্দ্রং শান্ন লৈরমলেনে। হাযরম্বগা তৌরম্বগা চপ হেক মান্নেদা।"

প্রিতম মশা করিমতা লেঙ-ওত্নুনা তেবলদা মমায় ঙাশিল্লগা তুম্বক তুমিন মহাক্না ঙাঙবম্নু তাদ লৈরিবা মতৌত্নুদা তিকেন ঙকপনা থেংলে। "করিনো মহাক্না তৌরিসিম্নো"—হায়রত্নুনা মহাক্কী খুৎ অনী চঙহ্নুনা তেবলদ ঙাশিল্লিবা মরুপকী কেক্তু থাকংলি। অত্নু কাওবা রা মচেং অমা ঙাওলক্লে। তিকেন চিংনবা পোক্লহ্নুনা মহাক্কী মমায়না ননশিগম্বা চিঠিত্নু তেবলদগী লৌখৎলগা লাংতক্না মথক্তা তুমিন পায় —

প্রিতম,

ঐদি অম্নুম্না নহাক্না চিঠি ইরকনি-থাজরদে। নহাক তিকেনগা তিন্নবনিং শেংবা হায়রবদা ইপরাওম্বনি। ঐগী রাকর্মসিদ নহাক লায়রদি লৌগনু, নচেবু মিরাইগেত্নু খনগনু। ইপরাগী মরুপ, নুংশিবা—।

নচে—

কে, সরোজা (মিস)

চন্দ্রপুর।

চিঠি পান্না পানা তিকেন অম্নুম নুকথরক্লখি। পাবা লোইশিল্লকপদা মখুত্তগী চিঠিত্নু নাম্বরক্লুনা তেবলদা তারকখি, মতুংদা থোঙনাউদা হুম-জিন্নরকপা অযুক্কী নৈনজ পুন্না মল্যানা নৈমাইথক্তা চিঠিত্নু হুমথরগা খম-লময়। রা ঙাওরম থঙত্রবা তিকেন তেবলদা ঙারিবা মরুপকী অরাবা মায়থোংদা উপালগুম্না যুংত্নুনা ঙাইহাক য়েংলমলগা মপান্দা তুমিন তপ্প থোকক্রে।

মহাক শঙনুংদা অম্নুক চঙলকখিরে।

# ১০

চয়োল অমগী মতম হৌখ্রে। ভোত্না মায়থিরবা মীরেপকী খোঙ-বাল-মীনা চিকমাঙ মাঙখিবগুম তিকেনস্থ মশক উথিদ্রে। মনাক্তা লাকখিদ্রে। মরুপকী অরাবা মাগী মরালনস্থনি খনবদা শক উৎনীং-দ্রমাল্লে। প্রিতমস্থ হন্দক্কী খোঙফমসিদ ঈকাই মুংশি য়াম্লখ্রে। মথৌ থৌশাদ্রে। মুমিৎ চুপ্পা অমা মাগী শঙ খোঙ লোন্দুনা থম্বা মুমিৎ মশিং য়ামলে। মরকশিদা পুম্নমক কাউথোকপা ঙমনবা মচে মবাইগী মনাক্ত লৈত্থনা বাইবল নৈনবা, খৃষ্টান শীংলুপকী ঈশৈ শকমিন্নবা অমদি বাইবল ত্রেকনচিংবা লাইরিক মচাশিং মীয়ামদ চৎ চত্না য়েনবা য়াওই। অদুবু মিসপু মরক মরক্ত নিংশিংলুবা মিৎকুপওদি মাগী রাখল অহাংবা নোংদোন্দ মত্থম তম্ন পাইরিবা চেক্লানা শাফু কল্ল নোঙলৈ-নুংশিংকী শাত্থম মায়ওক্লবদা মশা চোকথবগুম যৌনা ময়েং তারকই। পুন্সি করিনো? হিংলিবসিনা করিগীনো? ইকান কান্নদ্রবগুমই। সিমক ওইরগস্থ চৈনা কোকত্রিবা থম্মোইদ রাখলনা থেঞ্চাঙ কয়ারক নিংশিং নিংশিংহন নৈবীরিবা অসিমতং লেপত্রবদি ······। হোই, অহুম ওইনমক কনানা মহাক্কী কায়নখ্রবা মমা মপাগীদমক চাদ থক্তনা মশিন লেপ্না মুমিৎ কয়ানি লৈবা ঙমখ্রবগে? অশোকপা পুম্নমক চৈনাগা কোম্লনা তাইশিঞ্জরকপা মক্তনি।

প্রিতম হন্দক মরক নোংমগী খোঙ ঙাইহাক ঙাইহাক হাংবা হৌরে। ঙক্লিবদি মিসনা মহাকপু মহৌশাগুম কাইহৌবা লেপত্রি-বসিনি। মিস হন্দক্তি মহৌশাদগী হেন্ন ফজবা মচুগী শাড়ী কয়া

তোইনা হোৎনবুনা কেনা কেনা স্কুল খায়রকই। হায়গুম স্কুল অকা অকুম অনীমক্তা চিত্রকারগী শগদা লাই য়েংবা হেক হেক চঙলকই। অহাকী মতৌসিদা প্রিতমদি মহাক উদনলা কোইলোৎ লোৎখুনা খাওলে। মখেৎখাদি মিসনা স্কুল কায়রকপা, কুমলকপা মতম মহাক থোং লোল্লে।

নিংথৌকাবা সুখিংকী অযুক্তি। প্রিতম মিস স্কুল কায়রবদা মতম খৰা খাৎলি নীংথুনা মহাক্কা য়েক্লিবা লাইহ্নু লোইশিনহল্লিবা কন্ন হোৎনবি। অত্তুবু মিসতি কেনভাসতগী মিৎয়েং চোইথোরকপদা মহাক্কা য়েক্লিবত্নু য়েংহুনা লৈরম্‌লে। প্রিতম ঈকাইহুনা মায় লৈথোক্লে।

মিকুপসিদা মিসনা হায়রকই—"য়েক্লিবদো য়াম্না ফজে।"

মহাক তুমিন্না মচু থাবি।

মাগী মতৌসিদা মিসনা অৱাই মুগাইদনা হায়রকই—"হৌজিক প্রিতম নংশে যাম্না চাওথোকই কো!"

প্রিতমনা ইথুমক খুমলকত্রবত্নুবদি মহাক মমায ওস্থোল্লগা নীংবা কাযনা স্কুললোমদা চৎনবা থোং থাংবা হৌদ্রে। গুসিদি মনাগুলীনা গাভী পুথোকখিবগা চিত্রকারগস্নু বারী খরা শান্নবীং স্কুলদ ওন্তানা মথোংনা লাকপনি। অত্তুবু মহাক নীংবা কায়না হনগদৌরে। অমরোমদ মসিনা মাঙলমচত্তা ঙানা ঈকাই কুংশিনা খাওখিবা সুখিংশিংত্নুগী মমল ফংলবস্নু প্রিতম ফাওবত্রবা থম্মোইগী সুংশি ঈথকপুদি নক্ষৎপা ওমদ্রে। পুক্লিং সুংশিংকুমলক্লে। কৌপ্রে খোঞ্জেল থোক্লা মায়ওন চৎপা হৌত্রবী মহাক্কা তানবা—"মিস ।"

খোঞ্জেল অসি তাবদ মিস মায় লৈথোরক্লে। খোঙথাং হজিল্লক্লে। লুমথবনা হেল্লক্রবা নোংদোনগী অমুবা লৈচিলনা মশাগী শকলোন্দু হোংদোক্লুনা মালেমদা লাইজ ঈরা ওইনা তারকপগুম মিসস্নু থম্মোইগী অশেংবা মশক উথোবক্লে।

—লৈকাইগী ইপবা তিকেনগী চান্নবা মকপ অত্তুঙৈ লোক্তাক পাৎ থমং খোং মপান্দ চিংখুবগী মজা ইবেম্মা অমত্তা পোকপী থাদোইনা অমুদোন নোংয়াই মঙোন্দ ইপবা কোলোয়নরবস্নু থম্মোইগী অথুপ্পদি করিনি খণ্ডহনখিবগে? নীঙোল পুক্লিংবু লাইমস্নু শক খঙবীমন্দে।

পাখঙনা খঙবীমন্ত্রবনা ওসিদি নীঙোলগী অরেপ্পা মুংশিবা নকমদা কোঙজরবনি— ।

মিংকুপ খরসিদ কংলিবা প্রিতমগী মুংঙাইবা রাহৈনা কোঙদোক্পা অমাবগী মওক ওইরনি। অতুমকপু মায়থোংনা রাখলগী মর্মান হায়নবনা মাগী মায়থোংসি য়েংসি। মিংকুপ খরসিদ মহাক্কী মায়থোং শরৎকী থানিল অহিংগী তাংখক নাইত্রবা থাবল ঈপোম্না লাকশিনখ্রবা য়েংবগী পেম্নাইত্রবা অতিয়াগুম্বনি ।

প্রিতম মিসকী নিংথিরবা মায়থোংদা মিংয়েং থম্লগা হায়রকই— "মিস, ওসিদি ঐগী পুন্সিদ খাইদগী মুংঙাইবা মুমিৎনি— ।"

—"ঐগীসু···।" অর্থনা থল্লবা মিসকী মিংম্নাতুগী মিৎয়েংনা মহাক্কী থম্মোইবু লাঙ্গোই চনশিনবীরকই।

স্কুলগী মতম ওইশিল্লক্লুনা লম্বীদ ছা'ত্রশিং স্কুল কানবা হৌরক্লে। মখোয় খরমু কলা-শঙতুদা লাই য়েংবা চংনরকনি। মসি খংলেবা মিসনা মঙোন্দ চংলগে খঙহল্লকই,

—ঐ চংলগে···। হয়েং পুং ২ দা ঐখোয় স্কুলদ লাকউ। কোইরুসি।

মিস স্কুল তম্ম চংখ্রে। প্রিতম থম্মোইঙ্গী মবেম্মা মহাকপু পেম্ন য়েংহৌরি। মহাক্কী রাখল তুন্নিনা থম্মোইগী লুরবা কেনভাসতা পান্সিগী কোকলরোইদবা নিংশিংবগী মচুনা নিংথিবী মাগী শক্তম ছান্নদগী হেম্না ময়েক লানা য়েকহৌরি।

## ১১

মিসকী স্কুল—জে, এম, গোভর্ন্টমেন্ট জুন্যার হায়স্কুল বাবুপড়া জঙ্কসনগী খা-নোংচুপথংবা শরুক তিপাইমুক লম্বী মচিনমক্তদ লৈ। স্কুল অসিনা লৈরিবসি অতোংবা মফমদনি। মরম অসিনা স্কুলগী থোঙ্গাল শিড়ী থাক শেমই। নত্রবদি কাবা ঝাগনি। স্কুলসিগী থোঙ্গাল লৈরিবা নোংপোক অমসুং খা থংবা শকক মৌবী ফকলোং খাই। অরাংথংবা শরুক লোইরোই নেমথগ্রিবা স্কুলগী লম্পাক মচেৎ অতুগী মতাইদা বোরোই পাম্বী শারেপ ফারবা অহুম মরি লনতক্না নোংপোক-নোংচুপ্তা পরেং শানা হৌরি। সোমগী নাকলসিদি ফকলোং খাদে। ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা পুরকপা একাগাড়ী অমদি গাড়ী মচানচিংবা অসোম নাকন্দ থমনৈ। থোঙ্গালদি ঙম্বনিনা খোঙতগীনি। অতুগা নোংচুপ-থংবা বাবুপড়াগী শান্নবুং অচৌবা অতুগা তাইনরিবা নাকল-শোমসু য়াম্না ঙমই।

নুংথিল পুং ২ তারমদাইদা ঙরাং চিত্রকারদা হায়রম্বা মতমতু শোয়নদনবা মিস স্কুলগী অবাং থংবা লম্পাক্ত বোরোই মখোঙদা থনম্বা মাগী গাড়ী মচাতু ইন্দুনা লমজাওরোমদ থোক্লক্লে। চিত্রকার সড়ক্কী মমাঙদা লৈবা পান তুকান অমগী মনাক্ত গাড়ী খামলগা কা লৈরিবতু মহাক উরে। মনাক তমনা মিস গাড়ী ইল্লকলে।

মনাক্তা গাড়ী ইল্লক্লিবা মিসপু উরবদা প্রিতমনা হংলকই—“কা তপহনগে ?”

—“ঐন্থি কা চাদে।” মিসনা লোম্বাংননা খুমলকই।

মিস কা চাদে হায়বত্তুদা কুতি মিঠাইত্তু মঙা তরুক লৈরগা চিত্রকারনা "শে" হায়ত্তুনা মঙোন্দা পী।

—"অমত্তং লোগে, য়াম্মল্লে —" মিসনা নোকমি নোকমি হায়রকই।

—"পুন্না অত্তুম পায়শল্লো, য়ুমদা অঙাংশিংনা চারত্তু" হায়ত্তুনা চিত্রকারনা মিসকী তনৌরবী খুবাক ময়ায়দা মিঠাইশিংত্তু হাপ্পী।

মথোয় অনী থা পাংনা চংলিবা তিপাইমুক লম্বীত্তুদা গাড়ী থোৎথমিন্নরক্লে। সড়কী নাক-য়েত্ত দিবোং খুল শন্দোকখি। খুল অসি সড়কী মমাঙনা দিবোং মমাঙ লৈকাই, মনীংনা দিবোং মনীং লৈকাই হায়না খঙনৈ। দিবোং খুল য়ুমলৈ কৈরৈ নানবা, টোটি ফংবা লোইননা কা অমত্তং য়ুবী পাম্বী কয়া ইথোলগী অকোইবদা খাত্তুনা লৈতেং লৈমবা মসিনা ইমুংগী শেম্বোকত্তু ওইহনবা চীংয়া ওইনা তৌবা, অৱাংবা মফমদা তাবা খুলনি। দিবোংদগী খা থংবা চীংদাংগী শরুক্ত কদমতালা খুঙং লৈত্রি।

শাবী শানৌ অনী দিবোংদগী নোংপোকলোমদ হাইত্রিবা শেম্বা লোইত্রিবা রেল ষ্টেসনগী অচিকপা লম্বীগী চিদাইদ গাড়ী থামত্তুনা কুম্মিন্নরে। ঙসিনা মথোয় অনী অচিকপা মফমদা থম্মোই লাম হারী শান্নবগী অহানবা তাক্কনি।

"মিস"

"হুম"

"নংগী নশকশে মপা লৈতনা হেল্লি, ঐগী ফিভমসিংগা……।" প্রিতমনা মশানৌগী নিংথিরবী মায়থোংবু পেন্ন য়েংজ হায়রকপনি।

মহাক্কা রা ভাঙবা লোইহিত্রিঙৈ মিসকী তনৌরবী খুৎশানা মাগী চীনদা থমলত্তুনা হায়রকই— "অত্তুম্মা হায়বিগন্নু—মহাকী থোইদোকপা গুণদা ভাগুজরিবী ঐনি…।"

প্রিতম মহাক্কী চীনদা থমলিবা মিসকী খুৎশাশিংত্তু মহাক্কী য়েংকী খুৎনা পায়শিল্লগা চিংথরত্তুনা য়েৎলি। কয়াদ থোৎ-নৌত্রবা! শোকল্লু নাল্লুবদা থম্মোইদা নিক-নিক লাউনা থক্রবা মুংঙাঙবা কাওরকই। কুচুনা কয়াদা পাল্লিবা! পাল্লবা কুচুনিদ সরৎকী থাজগী মঙালগুম পুক্লিং

হুবা মঙালনা কুপ্লোংলি। খুৎশাঙনা অঙৌবা থঙোগী মতৌগুম পুম্বুম পুম্বম মতোন কুইথরি। নিংথিরবা খুৎনিংথৌদা অঙাংবা তম্ফা নুঙ থিনবা খুদোপ অমম্ব-শিরি। জিরি চম্ম সরোজ্জ। তুশেংনা ভম্পাক্ মচা অসিগী শকহেনবী লৈরাংনি। মঙলান্-তাইবঙ অনী ওক্ক শম্মরে চিত্রকারগী মফমদা।

তুমিন্না মাগী শক্কম্মু য়েংলিবা প্রিতমগা নোকমি নোকমি মিৎচাম্ন মিসনা হায়রকই—"তুমিন্ন ঐবু অত্নুক মুম্না য়েংলিববো করিগীনো? আর্টিষ্টনিনা ঐগী শক্কম য়েক্কে হায়রিব্র।···? ঈকাইজে মম্নুতদি তৌবিন্নু··।"

—"উম্, হান্নদগী মপুং ফানা অমুক·" চিত্রকান্ননা মঙোন্দ য়েং-লিবা মিৎয়েং হোংদনা হায়রকই।

মিস ঈকাইরে, মরু লুকথগ্রে—অশোনবা লৈখোক্ত শাৎপা লৈরাংগুম।

ফনা কুইরে মতম রাদি ঙাঙনদ চিক্ক হৌখিবা। মিস পাউ-মেন্নজরকই নুংশি মঙোন্দ তপ্প—"প্রিতম, কনাদম্ব খঙহনগুমসিকো ইবানিগী মরীশে··। মীয়াম মাঙদদি "ইচে" কৌবিয়ু ঐঙোন্দ। মসিগীদমক ঐবু লম্ন খনবীগম্নু। নং-ঐগী নুংশি লম্বীদা খুদোংথিবা থোক্তনবনি খনবিয়ু।"

পূজা অমা হেন্না অচিবপা মফমসিদ ফম্মিন্নর তুং মখোয়নী গাড়ী থৌত্নুনা য়ুম পাংলকলে। জিরি বজার য়ৌরকপদ চাগী লৈ কোইহ্না হাত্নুনা য়োনবা ময়াং অমা থেনত্নুনা প্রিতমনা মিসতা খুদোল তমনবা গমলা লৈত্নু ফজ ফজবা খল্লগা অনী লোরে। মিসতা খুৎশিন্নরত্নুনা হায়রকই—"মসি ঐগী অচম্বা নুংশি খুদোম্নি··।"

চন্দ্রপুড় খুল য়ৌনবা মখোয়নী গাড়ী থৌরক্লে। কায়নরমদাই মতমদ মোমোন মীনোক্ক মাঙ থা প্রিতম্না হায়রকই "ইচে চয়োল অমদি উনদবা তারে ।"

মণী তমলান্না য়েমীং—৩৩

—"করি মরমগীনো… ?" মহাক্না "ইচে" হায়না অহানবা ওইনা কৌরকপা খোঙ্গেলথু তারগা "খিক-খিক" কুমালনা মচিন খুমজিন্দুনা নোকলুরগা মিসনা হংলকই।

—জিরিবাম সব-ডিভিজনগী ওইবা সাইন্সকী আর্ট এক্সিবিশন অমা মনিপুর সরকারগী সাইন্স এণ্ড টেক্নোলোজি বিভাগনা শিন্দুনা অগষ্ট ১০ দা পাংথোক্কদৌরি। মথুগীদমক ঐস্ম লাই খরা য়েকপা তারি।

—"ও-ও !…অথুদি ওসি ইন্নাই…" হায়দুনা মিস তুমিন্না লমীগী চিদাইদ লেপ, মুমিং পারি।

অতুরাইদা মুপা নহা খরা চাদুনা লৈবদুদা মখোয়না করিগুম্বা খরা খল্লম্বা তারে নীংলদুনা—"ইচে, ঐ চৎলগে" হায়রম্মগা প্রিতম গাড়ী মমায় লৈথোক্লুনা মাগী কলাশঙলোমদ গাড়ী থৌরক্লে।

মিস "হোই-মাই" হায়দনা তুমিন মাবু য়েংহৌই।

—(0)—

# ১২

প্রিতম চয়োল অমা চুপ্প লাই য়েকলকপনা ঙসি ঙুংথিলদি লাই য়েকপা পুমলোই লোইশিন্দুনা খুৎ থারে। হৌজিক্তি ঙুমিৎ কয়ানি উনরক্লবী মিসপু উনীংবনা লাংতক্লরে। লাই য়েক্কুনা থবক য়াম্ন চিন্ন লৈবা ঙুমিৎশিংহুদি মাবু নিংশিংলক্লবস্তু উনবগী মতম লৈত্রি খল্লুবদা থৌওইনা মপুক্লিং লাংতকনরমদে। থবক কোন্নবা মতমসিদদি লৈফম খঙদ্রে। শক উদবা ঙুংশি ঈথিল অমনা মাবু মিসকী মনাক্ত কন্ন চিংবগুম তৌরি। মহাক মিৎকুপ অমা ফাওবা পন্থবা তৌদনা মিসকী মনাক্ত চৎনীংলক্লে। চৎপা য়াররা হায়দুনা খুদাং ঘড়ী য়েংঙুবদদি ঙুংথিলগী পুং ১-৩০ তমক তারম্লি। অত্তুবু কনানা খঙবা ঙাগী ক্লান্তি লোইরবস্তু হায়না খল্লদুনা চৎনবা মফি হোংলগে লেপ্লে। তাপ্পাসিদ্দ ঙসাইমখৈ মংতুনা লৈরম্বা নোঙতুস্তু খঙহৌদনা অখাক-অরাও ঈরোইন হৈথরক্লে মালেমসিদ! কুমগী নোঙ ওইবনা পাকস্তু হাংলোইদৌরি। নোঙজাও জম জম ঙাইহাক চুরম্লগা ঈংনা মবুক-মরা তপ্প জি জি চুরি। নীংল্লকপা অমা য়ৈথৎপা তোইনা থেংনৈ মীওই পুন্সিদ। অতুমক্পু নীংবনা কল্লবদ লম্বীদি লৈ। প্রিতম নোঙ চুরবস্তু চুনা মিসকী মনাক্তদি য়োক্লরগে খন্দুনা ফি শেৎচিল্লে। ফি শেৎপা লোইতুনা র্‌য়েন কোট উপশিল্লে, অতুগা ইমুংদগী গাড়ী ইস্থোক্কুনা শঙতু থোঙ লোনশিল্লম্লগা লমজাউরোমদা থোদোরক্লে।

মিসহোয়গী স্কুল য়োরবদা মখোয়গী স্কুলগী অরাং থংবা বোল্লোই পাম্বী হোবা নাকলগী মনাক্ত ফি য়োনবা দুকান অমগী মমাংদ গাড়ী

থামলে। স্কুললোমদ হেক য়েংশিনখিবদ মিস মশাদ রোন কোট অরাংবা অমা উপশিল্লগা স্কুলগী ভেরেন্দাগী য়ুম্বী মথোঙ অমদা ঙা উংহুনা লৈরিবহ্ উরে। প্রিতমনা মঙোন্দ য়েংথোরক্লবা ওর্গান হুম্ন হুম্ন পীরে। অহানবদদি মকোক পাক হাইগৎলক্লে, অহুবু শাংনা শংনা থোংবা ওর্গানগী খোঞ্জেল তাবদগী খোঞ্জেল তারিবা মায়কৈরোমদা মমায় হাইগৎল্না য়েংথোরক্লে। মোঙ মরক্ত লাক্লিবা মাবু উরবদ মিস রোন কোট তুপী মকোক্ত উপশিল্লগা হুৱাও হুরাও চেন্থোরক্লে। চান্নরা মহাকপু তরাম তরাম মোমোন নোকপা মায়থোংনা ওকচরহুনা হায়রকই,

—"ঙসিদি লাক্লেদনা······! লাই য়েকপবু লোইশিল্লব্রা?"

—"উম, লোইশিল্লে।" মহাকস্থ উনবগী হুংঙাইবনা মায়থোং মকা লামনা খুমলকই।

মিস মাগী গাড়ী ইন্থোরক্লে। গাড়ী ইন্ন ইন্ন প্রিতমদা হায়রকই—"ক্লা চাথো, ঐ ক্লা লৈজগে···।"

বঙ্গালি হুকান অমদগী মিসনা ক্লা লৈরে। হুকান মপুনা ক্লা তপলিঙৈদ মহাক্লা হোদোরকই—"ঙসিদি নোঙস্থ চুই, কোইরঙ্গমসি। ঐস্থ য়ুমদ চৎলগে হায়হুনা নোঙ চুরিবসি পাথবা ঙাইরম্বনি। নহাক্কী অয়েকপা লাই ময়ামদো য়েংলুসি।"

বঙ্গালিহুনা তপ্পা ক্লা মতপতু লৌরগা মিস মথুৎমক্লা চিত্রকারদা ক্লা লাক্লি।

মখোয়নী ষ্টুডিও তম্ন গাড়ী খমত্রাংননা থৌমিন্নরক্লে। নোঙদি হাংদ্রি। ষ্টুডিও য়োরবদ থোঙ শো হাংহুনা মখোয়নী গাড়ী মপান্দা থনমলগা চঙমিন্নরকই। শঙনুং চঙলমদাই মিস মশাদা লিংলিবা রোন কোটতু মাগী গাড়ীদ কুপশিন্দুনা থনমই। নোঙ কন্ন চুবনিনা মিস হকচাংস্থ ফি রোলস্থ খরা চোংলে। মাগী ফিভমসিদা হুংঙাইত্রহুনা প্রিতমনা মাগী তুম্বগী হকথংফি ওবোং চাউরাংহু মিসতা ইনশিল্লু হায়হুনা পীরে। মখোঙ-মখুৎ তৈথোক্লবা ঈরু খুদৈ অকংবা অমস্থ পীরে। মহাকস্থ মচি অমদ চোংলি-মাল্লিবা মফি মরোলশিং রোন কোট লৌথোক্লুনা হোংদোক্লে।

·· মিস চৌত্রিক কমলচুনা অয়েকপা লাই ময়ামচু মপুক্লিং চঙনা য়েংলি। চিত্রকান্নবা মনাক্ত চঙশিল্লকুনা হংলকই—"ঐগী লাইশিংসিবু কমদৌবগে ? এক্সিবিশনদুদা পুথোকপদা মীয়াম্না চোংলম চাদবা কনানা য়েক্লিবা লাইশিংঙো কাইনা ভাঙনরোইত্র·· ?"

—"কৈদৌবগী ভাঙমদোইবা, অসুক ফজনা অর্থ মপুং ফানা ফোঙদোক্তনা য়েক্লিবা লাইশিংবো। করিগুম্বা ভাঙনরবসু—ফজে, অর্থ মপুং ফানা ফোঙদোক্তনা য়েকই ভাঙননি।" মিসনা খুমলকই।

—"হোয়নে, হোয়নে, ঐগীবুদি নংনতা থাগৎপীরগা লোইরে ।" মহাক্না নোক্ত নোক্ত হায়রকই।

—অচুম্বনে! নংনা য়েক্লিবা লাই ময়ামসিগী মরক্ত অহাংবা শুন্নংদা মশাগী ওর্বিত্তা উংহল্লিবা খুৎশেমগী সেটিলাইট—মসিনা মীয়ামদ টি, ভিনচিংবা য়েংবা ফংহনবগী মওং। অতুদগী চাউখৎলবা সহরগী দলাল মথোল কয়াগী থক্ত ইলেকত্রিক তারা কয়া ক্রোসিং তৌতুনা হৈ-শিংনা তিংবা, পুবগী মওং। অমরোমদা অমুক বিজ্ঞাননা পীরিবা চৈথেং উত্তুনা চাউখৎলবা সহর অমবু ফেক্টরি কয়াগী চিমনিশিংদ থাদোরক্লিবা হু চেল্লবা মৈখুনা মমশিনহনবগী মওং। পুম্নমকশিংসে য়েংবা কয়াদা নুংঙাইরিবা!

মিসনা ভাঙবা লেপথবদা মহাক্না হোৌদোরকই,

—চা থকসিবা ?

—হুম, নোংমা থকসি। ভসিদি·· ।

—ভসিদি কৈদৌরবা ?

—"থবক থরা লৈহৌই য়ুমদা। অতুনসু স্কুলদগী য়ুমদ ওম হুন্নবা হোৎনরম্বনি। ঐ চৎগ্রগে ।" মসি হায়বগা লোইননা মিস চৎকদবগী হোৌগৎলক্লে।

প্রিতম ভাইহাক্তি পাউখুম পীরক্তে। অতুম ওইনমক মতম থরা কান্নরগা খুমলকই,

## ১৩

কৃষ্ণ জন্ম নোংমা রাথলিডে হুমিংকী অযুক্কি। মুংশাস্থ নিংথিন্না শাই। হয়েং নোঙ চুবগী মমী উদে। নোঙ চুত্রবদি হয়েংদি শাবী শানৌশিং কোইবা চংপা মুংঙইরনি।

প্রিতম চৌক্রিদ ফম তেবলদ বাইবল হাংদোক্লুনা মপুক্লিং চঙনা পারি। মতমসিদা মিস লখিপুডদগী মমান্নবী অমগা লাক্লুনা শঙগী মপান্দা মাবু কৌরকই,

—"ইবুংঙো প্রিতম লৈব্রা ?"

কৌরিবা খোঞ্জেলসি তারবদ মহাক থোঙনাউরোমদ য়েংথোবকই। মিসহোয সইরম্বতুদা হরাও হরাও মমাঙথোঙলোমদ চেম্থোরক্লুনা মখোয়বু ওকই—"ইচেহোয করি থবক্নী ?"

—"ইবুংঙো, নচে জমুনানা মাগী মোম্পাক ফিদক লৈরোং য়েকহুম্নি হাযদুনা লাক্লিবনি। খরা য়েকপিদ য়াদবনিকো, ইবুংঙো।" মিসনা মঙোন্দ নোকমি নোকমি য়েংলদুনা হায়রকই।

মহাক্না "ইবুংঙো" তৌইনা পক্লুনা বা ঙাঙরদুদদি অমদি শাউ নীংবনা মখোইদো মরিল থিংলে। অদুমকপু মথি খোঙলুরদি য়াদবনিনা মপুক্লিংগী অশাউবা ফাথরদুনা মহাক্না তপ্প হায়রকই—

—করিগী তৌদনেগে। ইমুংদা ঙাইহাক ফমখো লাও, ইচে অনীমক।

অনীমক মপান্দা মাগী মাগী খোঙপশিংদু থক্ররমগা ইমুংদা চঙলক্লে। চৌক্রি পীদুনা অনীবু ফমহল্লে। মহাক্না ফমুংদ ফমলে।

জমুনা হায়রবী লৈশাবীচুনা মঙোন্দ মাগী কিচ্চু উৎলচুনা হায়রকই—"ইচেমী কিশে অঙৌবনি। নংনা ফজনি খনবা লৈরোংচু য়েকপিয়ু।"

ঙাঙলিবচু মুম তারগা মহাক্না হংলকই,

—হোই, হোই ইচে। মতমদি অথুবদরা নচ্চগা খরা ভপলবসু অচুম—?

—"নংনা থবক কোমলগম্মা খরা হেক থুবিরকউ, ইবুংঙো।" জমুনানা খঙহল্লকই।

ঙাইহাক শরক শিরবা মতুংদা প্রিতমনা ফিংনা হায়রকই—"ইহে! ইঁচেহোয়গী চা-মুংকাসু অমত্ত হোৎনদে।"

—"করিগী চানোদ, ইবুংঙো" হায়চুনা জমুনানা অয়েকমল হংলকই, "অয়েকমলদি কয়ানো?"

—"করিগী অয়েকমলনোদ ইচেহোয়গীবো—" মহাক পুকচেল ইত্তিং ত্তিংনা হায়রকই।

—"হুম, হুম, লৌগদবনি; অরামল লৌদবা য়ারোই।" জমুনানা য়ানীংদবা উৎলকই।

—"মচুগী বাচু নাকল তমদ থমথ্রসি; চা থকমিন্নথিসি ইচে অনীমক। ঐ চা মৈ থাগৎলগে।" হায়চুনা ফমুংদগী হৌগৎলগা শেকলি শেকলি ত্তোভ থমলিবা অদোমদ চঙশিনখ্রে প্রিতম।

মহাক্না চৎলিবা মওং মুম য়েংলগা জমুনানা মিসতা ওনশিন্দুনা হায়রকই—"থকমিন্নরবা হায়চুনি। অদো মাগী মতৌশে মুংঙাইতে। নং চা লোল্লম্মু, ঐ চুকান্দগী চানবা করিনা খরা লৈরুগে।"

ঙাঙনরিবচু তারচুনা প্রিতমনা খামলকই,

—"ইচে, ঐ লৈরুগে। ঙাইখো—।"

অচুবু "ঐ লৈরুগে, ইবুংঙো" হায়চুনা জমুনা খাঙ্বা নংহৌদনা শপান থোকখ্রে।

মিস চা লোনবীগদবগী চিত্রকারগী মনাক্ত নোকমি নোকমি চঙশিল্লকই।

—হুম্মিগুদি নহাক্কা হায়বা য়াখিল্লে। ঙসিদি চাদো ঐ লোনবী-রগে, ইবুংঙো।

মিস মনাক্ত ফমথরক্লে। অচিকপা তাঙ্গা ফংলবত্নদদি মহাক মিঙ্গপু চৈরাক পীগে থল্লে—ৱা ঙাঙবদা ইবুংঙো তোইন পকপগী।

হায়না হায়না মিসনা হন্দকস্থু ইবুংঙো পন্দুনা ঙাঙলকই—"শেনে ইবুংঙো, নুংশিবা নংবু। নচে লোনবীরগে চাদো। মরম মোকপনি ইবুংঙোদি, হয়েং কৃষ্ণ জন্ম কোইরুসি। নুংথিলগী পূং ৩ দা বাবুপড়া আই, বি, লমজং ময়াদা ঙাইরম্মু।"

প্রিতম শাউনীংবনা থম থেংলত্নুনা ঈশিং কেটলি স্তোভতা থাঙ্গৎ-লগা মিসকী ওইগী মনাদা খুৎপায় চেৎনা পায়খ্রে।

—"করিগীনো নংনা ঐঙোন্দ ইবুংঙো অত্নক তোইন কৌনীং-লিবত্নবু ·" হায়রগা মনা নৈবা হৌরক্লে।

—অয়ো-য়ো-য়ো ·· না তৎলনি··· থাদোকও···।

—"থাদোকলোই, হেন্নত্নম কন্ন নৈখিনি···" হায়ত্নুনা অমনা হান্নদগী হেন্ন কন্ন নৈরকই।

—"অয়ো-য়ো-ইমা! নারে ··তৎলনি——হিংচাবা!" হায়ত্নুনা মিসনা চিত্রকারগী মখুত্নু চিংথোক্নবা হোৎনৈ।

প্রিতম শাউনা খংচিং অমুক্তং চিংলগা থাদোরকই। মিসতি "অয়ো-ইমা! শিরে—" হায়ত্নুনা মনাত্নু মখুৎ খুমজিন-পায়শিল্লগা তুমিন চৈনা খাঙলি।

মিসকী ওইগী মনাত্নু তল অঙাংবা অহৈবত্নু মঙাইরে। মহাক মপুক্লিং নুংশিরে, ৱারৌরে।

—না নৈববু অত্নক কন্ন নৈব্রা?

—"নৈদদি, নচত্নুনা নৈবনি।" অমস্থু শাউনা খুমলকই।

—"মতুংদদি নৈবা ফংলনি, হয়েংমথৈদি অচিকপদ ননাক্তগা ইথস্তু শুকলৈ নৈজরোই" সি হায়রগা মচিন্দু পেথোক্লুনা মমায় নৈ-থোকখ্রে মিস।।

—"অহুদু ঝাঙাঙ খুদিংগী 'ইবুংঙো' কৰিগী পকলিগে ? হো, ইচে অঙাংহনবী—।" অকোনবগী ৱাহৈ পরেংসি প্রিতম শাউনীংবা হেক্লক গর্ভ ফুকন হায়রকই।

তাঞ্জাসি জমুনা ওরেঞ্জ ক্রিম ময়োম অনী পায়রদুনা স্টুডিও মনাক য়েৌরক্লবনি।। তাদুহৌরিদুনা খোঙজিন কানশিল্লকপদা হংলকই,

—কম্মাদনো "অঙাংহনবী" কৌরিদুবু ইবুংঙো ?

অনীমক জমুনাগী খোঙ্গেল তাৱদ মশা শাই শাই লাউবৈ। মখোয়নীদি মহাক চঙলক্লে হায়বসু খঙলম্মদে। প্রিতম ঙাইহাক্তি করম পাউখুম পীনি খনবদ চন্মনৈ। অদুবু মিৎকুপ খরদনি। তন্দলনা অহিংগী অম্মমবা মরক্ত ঙাইহাক শক লোৎলুরগা খঙহৌদনা ফুফেৎ কাফেৎপা মঙালনা মথি ফোঙলকপগুম চিত্রকারসু হৈশিংনা থৈদোক্তুনা পাউখুম পীরকই।

—য়ুমলোমগী ৱারী অমখক ইচে সরোজাদা লীরম্মিবা ইচে।

—ৱারী লীবগী থী কৌববু মানথ্রেনে হৌজিক্কীদুবু। করি মতাংদ কৌরিবা খঙনীংই; নচেসু তাগে অমুক্তগা হন্ন লীয়ুবা ইবুংঙো।

মখোয়নীনা ঙ'ংনরিবদু তারগা চৈনা খাঙলিবী মিস অঙাংবা মনাদু জমুনা উখিনি পাখৎপদগী খুমনা খুমনা য়েৎকী মখুৎনা মচিন খুমলগা থিক থিক নোকলকই।

—"করিনো নংনা নখুৎ অনীদু অমনা ননা নাম্মা খুম, অমনা নচিন মেন নোকলিবদুনা··· ? ননা অমদুগা খুমনবা নখুৎ অহুম পাল্লবদি ফগদবা—।" সি হায়রগা জমুনাসু মিসকী মতৌ য়েং নোকথোরক্লে।

—"···ৱারীদুগী · নোকপা ·· লোইশিনবা ঙমদ তৌরিবা ···।" প্রিতমদা লোম্ন ফল্লপ য়েং মিস নোক্ক নোক্ক খুমলকই।

—"অদুবু নোকপসিবু নহাক্কী অদুমনা নোকনবরা— ?" জমুনা মিসতা য়েং হেন্না হৌনা নোকথৎলক্লে।

প্রিতমসু মিসকী মতৌদু উরগা ময়াম নোকপীদুদা য়াউরে।

মখোয় অহুম ফনা কুইনা অমনা অমদ য়েংনয়েংন নোক্লে। নোকপদা চরি চিংখৎপা ঙমদবসু য়াউনরে। জমুনা নোকপগী অমবা

ঙাইহাক পোখারগা রারী তানীংবনা ঙাওরক্লন প্রিতমদা রারী লীবা হোনবা তকলকই,

—ইবুংঙো, রারী লীবা হৌরো—। নচে নহাকী রারীচু তানীংবনা ঙাওরে—।"

মহাক রারী লীদবা য়াদ্রে; লীগদবা রারীদি লৈত্রি! করম হায়না লীদোরিবা রারীনো!" খনবদা চিত্রকার হুমাং অনপী কাংবা হৌরে।

অমনা তকশিল্লকই—"লীরোদনা, ঐদি তাহনলীংত্রব্রা—?"

প্রিতম ঙাইহাক কোকচাউবী মরক্ত লবাই শাংখৈ খল্লগা মিসতা য়েং লেংকমি লোকমি মাগী শেম শারবা রারী লীবা হৌরকই,

—অা: ঐখোয় লৈকাইদনে,.হায়বদি ইম্ফাল অসোমদ—।

—"উম, মখা লীথরকউ শৎ শৎ…" মকোক নোল্লগা চৌক্রিদফম, রারী মপুক্লিং চঙনা তারিবা জমুনানা ঙাইঙমদ তকশিল্লকই।

স্বর অমুক্তং চনীং ত্তানা হোস্থ রাখল মুম্ব তৌ প্রিতম রারী মখা চখনবা শেম শাগ্রে। অমরোমদ মিসনা মথন্ত পঙনোক্ত নোক্লি। মাগী মতৌসিদ জমুনানা মঙোন্দ গুনশিল্লগা শাউনা হায়রকই—"অঙাওবীসিদি! মানা হান্ন তাথোক্লগা । তুমিন লৈয়ু, ঐ রারী তাখিগে।"

"তাবো, তারো রারী মখা ইচে—" প্রিতম পন্দনা রারী লীবা হৌরক্লে।

—ঐখোয় য়ুমগা ইরাপ লাপ্পদনা লৈশাবী অমথক লৈ, ইচে। মমিংনা রধ রানি…। মশক ফজে, লাইরিক হৈ। অঙাং শুইনা লৌনা লাইরিক তমলকপনা মশাগী চহি ২০ শুফাক্রিঙৈ বি, এ, পাস তৌই।

মশাদ পান্দম তৌরকপক্লদা মিস মক্ত লুকথ তুম্মিন লৈগ্রে। জমুনাদি অশোস্ব রারীচু অশোংবনি খম মপুক্লিং চঙনা তারি।

**মাগী রারী অমা:**

—ঐখোয় ইমান্না হায়বদ ঐনা মঙোন্দগী চহি অমা হল্লি হায়। অত্নবু ঐদি মতমত্নদা মহাক্কী মৌপরাত্নগা বি, এ, অহানবা তম্মিনরম্মী।

নোংমা ঐ মখোয়দ মহাক্কী মৌপমাতু উনবা চৎলম্মী।' রধারানি মাঙ্গোলদ ফক অমদ লাইরিক পারম্মী। ঐনা মঙোন্দ হংলুই – রধা, রধারানি··নখোয় ইঙোচা লৈব্রা? অতুবু মহাক তারবসু ভানা শুকথুম খুমলক্তে। মমৈথংদদি ঐঙোন্দ মায় ওনশিন্নগা অসুন্না হায়রকখি—সংবু ঐখোয় ইঙোচাগী মমান্নবা নব্রো? ইচেকা কৌদনা মিং তাপ পায়রগা রা হংলিবা করিগীনো?—সিনি ইচে। অতুদগী ঐনা মঙোন্দ হায়রমই—ইঙোচাগা তিন্নরবসু, ক্লাস মান্নরবসু ঐশে নঙোন্দগী হল্লি হায়বসিদি লৈকাই মী অয়াম্বনা খঙনৈ করম তৌবা তারে—?

'সিমক্তদা মহাক্ক খুমলকখি—"অতু ওইরবসু ঐঙোন্দ নং ইচে কৌগদবনি।" ঐ মাগী রাতাতুদা শাউনীংমনখ্রতুনা মঙোন্দ খঙহৌদনা খোন কল্লপ কৌরম্মী—"হো, ইচে অঙাংহনবী।" রারী লোইরে ইচে।

চিত্রকারগী রারী তারগা জমুনা মপুকলি পায়তুনা শিথ শিথ নোক্লক্লে। মিসসু হন্দক্তি মথুৎ অনীমক মচিন্দা খুম চিত্রকারবু য়েং নোক্লি। মহাক্তি "ঐগী রারীশে মান্দি মাল্লমাস্রে" খন মুংশাস্বর লৈতানা হোন্দোকচে।

ঙাইহাক নোক্লবা তুদ জমুনানা মিসতা হংলকই,

—নংগী চাসিবু হৈদোকপা য়াখিরোইদ্র?

মিস খুমদে; চিত্রকারদ মিৎচিগী তেন্দি লোন্ন কাপলকই।

থম্মোইদা থান্নক্লিবা মিৎচিগী তেনগী অর্থ খঙলবা চিত্রকারনা হায়রকই—

"ঈশিংদ মঙাইরমখিনি। ইচে সরোজাদি ঐগী রারীদ পুংমুন মুন্দুনা লৈরুরবনি।"

অনী চঙ চাতু শেমখ্রে। চা শেম্বা লোইরবদ কপ অতুমদা চা হৈদোক্লে। প্লেট অমদনা চানবা ওরেঞ্জ ক্রিম ময়োম অনীতু থুগাইতুনা হাপলে। অচা-অথক্তু তেবলদ থম মখোয় চান্নিন্নবা হোরে।

প্লেটগী ক্রিম অমা লৌখৎলগা চানা চানা জমুনানা প্রিতমবু লক্লকই—

"জিরিব সুম লৈরসিকো, ইবুংঙো। মুপীমু খিবিরগে। জিরি লৈশাবীশিং, মুরজুপী নহাক অপামা, অমা ঐখোয়দ, হায়দ হায়মু। ঐখোয়না য়ানবা ঙাওননি।"

প্রিতম নোকমি নোকমি চা কপ থাজৎলুনা, চুপলি।

জমুনাদো লেমদি তোকখিত্রে, হংজিল্লকই,

—হোই মাই হায়দবদি জিরি, লৈশাবী মশক খিত্রনে, ইবুংঙো, ইম্বালগী লৈশাবীনা ফজবা হেনত্র ?

থুমদ য়াত্রবদা মহাক খুমলকই,

—জিরি লৈশাবীত্রুদি মশক ফজবা য়াম্লা লৈ। ঐগী বয়সতি ইচেহোযনা উবীরিবসিনি

মিস মাগী অকোনবগী রাঙাওতু থম্মোই শোক্লমাল্লে, হায়বকই,

—খজিক্তং শোইনাইবদ মুপানা রাখল অত্তুক তোম্বনা হিংবা হৌনত্রা ? ঈংলিসকী রোমান্তিক অমদি রিভোলুশনরী কবি বাইরন, দবলিউ হেনলি মাইনর পোইট মখোয় অনীমক শোইনাইবা ঙাক্তনি। অদু ওইরবসু মখোযনা মচু কযানা থল্লবা অশাগী ফজবা রাখলগা লোইননা লনা নিংথিববা শৈবেংশিং ইরম্মী। অমুকসু লাম্মী ওইরিবদো যেরুবগী লাম্মী অমনা মখুৎ অনীমক ককথৎপীগ্রবা চিনাগী লাইয়েকপা অমনা যেৎকী মখুৎ খুজেংদ তুরি কিশিল্লগা লাই যেকই। মহাক্তি হৌজিক হিংলিবনি। মহাক হায়—ঐগী যেরুবনা ঐগী খুৎ মুনবাত্রে, অদুবু ঐগী মুংশিরবা পুন্সিবুদি নত্তে। ঐখোয় করিগুম্বা খরদি তৌগদবনি। নত্রবদি খুদোংথিবা কয়া থেংনরক্কনি। মতম পুংমক্ত থাজবা লৈয়ু, নশামক নরৈবাক্কী কাম্লরবা নাগবিক ওইয়ু।

অদুনা গুণ লৈরগা লোইরে মীওইবদি। ঐখোয়দি শকহেনবা গুণ য়াউদবগী মুপী ওইদো শরুক য়ুম পান্দনা শিবদা চুক শাজগে।

মিসনা ঙাওলিবতু মুম্না ভারগা জমুনাসু হায়রকই,

—গুণ লৈরগা, লমচৎ ফজরগা লোইরপোৎনিদা। মচে সরোজানা হায়গুমদনা, ইবুংঙো। ঐগী ইপরা শক ফজবদো নহাকসু খাল্লমগনি। মেট্রিক অমরনি। লাইরিক পানীংদে ; ঙাওশিল্লবা, শা—জা, য়ু থকপদা

লাইশ্রীং ওইদুনা 'লৈরে'। মচে' ঐখোয়গী 'বাঙ্কলুকনা য়াবা' নত্তে। চাঙাক-বাত্তা 'কল্লিন' থুরবা'। থুং' কাওবা খাইনে-হে' মচে ঐখোয়গী ইকুংডো।

মিসম্' জমুনাগী ঙাতুনা পাংলকই;

—চুম্মি, জমুনা ; লমহু থুহেন অমা তৌই 'মোয় কুমারজিংতু। য়ু থকপুরগা লম্বী শড়ক্তনা কাইন তারিবা ! ঐঙোন্দ-কাওবা লক্লেনে মচেগা তিন্নরি খওলমক্তদা !

প্রিতমগী হৃদয় পুক্লিংবু থৌগংপায়ামগা ময়ানি হুনবে। মাগী পথরবা আথাগী ময়োলবু মিসকী নুংশি বাহৈনা মোংওয়িমদাই লীক্লা ওই তেকথংহনবীরয়ে।

ওসি কৃষ্ণ জন্মনি। কোরৌ মাস্ত্র শাবী শানৌশিংগী হরাও-মুংওাই মায়থোংবু য়েংগে মতাগুম নোংপোক চীং মরুমদগী নৈচিল-নোঙকাই থাংলবা অতিয়াদ হৈনীংনা লীংখৎলক্লি।

জিরিবাম সব-ডিভিজনগে ওসিদি পুমলাং লাংই। কুমৈ মুমিংকা ওইবনে বজার মুমিংকা ওইবনে ওত্তো অমদি রিক্সো হোত্রোন মথোলনা লম্বী শড়ক অয়ুক্কুগী নিনবা হৌখ্রে। মফিবী মথক্ত অঙাংশিংনা নোংমৈ কাপত্নুা শান্নবগী, হুইটশল থোংবকী মকোলনা মায়কৈ মরি পুমনিল নিল্লি।

প্রিতম কোহুবা চংপগী রাখল ঈরাংদ পুক্লিং ইতাও তাওনা অয়ুক্কী মতমদি ওরাং থনবা মোম্পাক ফিদক্তু লৈরোং মচা অমা অনীথক য়েক্তুনা মতম হোইনখে। মীওইবনা মহাক্লা ওাইরিবা মতমচুক্তু ওাইবদ অতৈ মমাওগী মতম কয়া অরেম্বদা হেক হেক মাংহল্লি। থৌওইবনবু ওইরবসু, চরাংনবা রাখলনবু ওইরবসু, তপথ রেনেদ্র নৈতাম্নবা থম্মোই-নবু ওইরবসু। মহাকসু ওসিদি লৈরোং মচা অমা অনীকুথক য়েক্তপা নত্তনা থোইদোকপা অতৈ থবক্ত তৌত্তে। কুংখিনগী মতম ওইরকপদা ওরাং ওহানতা কাপ্লশিবদ ওাইরিবা মাচোন তমাওগী অমদি থমাংগী কোই পুরুনা অমুক হন্ন শিখ নাম কাম্নোহু। কোই কাপবা লোইরবদ থোংতে কাপ নাম ফারিত্তে। অত্তুগী ঈরুথোরুগে নীংথনা নিতিকী মাগী ঈশিং-মাইশিং হোত্নইনবা কালিবামদা ঈশিং পুরকনা পাড়ীদ চত্তনা হায়রুত্তে। কালিরাম মাগী মুম মনীংদ লৈবা হোত্তলগী অমদি

কনাগুম্বগী শীজিন্নবা ঈশিং গুহাদগী হোনবীরগা চাবা লুপা অমনি। জিরিদদি পুক্রি তাংই। মীপুম্ অয়াম্বা গুহাগী ঈশিং নন্না শীজিনৈ। প্রোপর জিরিদকাওবা তোতি ঈশিংদগী গুহাগী ঈশিংনা হেল্লি শী-জিন্নবা। প্রিতমনা পানিরালা অসিদা থা থাগী ঈশিং হোনবিবগী লুপা ৬০/৬০ পী।

পাও পীরুবা ঙাইহাক নৈরগা কালিরাম লেংজুমদ চৈশাং অমা লেংথোংনরছুনা ঈশিং তিন অথনবা অনী চৈদোন নাকল অমমমদা অমমম য়ান পুরক্লে।

প্রিতম পানিরালা কালিরামনা পুরকপা ঈশিংনা নিংথিনা ঈরু-মায়থজরে। মশম মনা নিংথিনা কংহন মফি-মরোল শেংপা লোই-শিনবদ মুংথিলগী পুং ২ ৬০ তাপ্রে। মিসনা হায়রম্বা মতমতুম্ব পুংথায় অমতমক ঙাইশিল্লক্লে। চৎলগে নীং শঙনুংদগী মপান্দা গাড়ী ইপ্লোক্লে। থোঙ লোনশিন্দুনা মপান্দা রাইখু শো পানশিল্লে। মিস ঙাইরুন-বগীদমক বাবুপড়া আই, বি, লমজং য়ৌনবা গাড়ী থৌরক্লে। লমজংসি য়ৌরবদ গাড়ী খামছুনা লম্বীগী চিদাইদা গাড়ী খমলগা মনাকী পান ডুকান অমগী মমাঙদ থাবা বেঞ্চতা ফম কা মতপ অমা চানা চানা মিস লাকপা ঙাইরে। অদুবু মুংথিল পুং ৩-৩০ হেল্লক্লবফাওবা মিসতি লাক্তে। মহাক মুংশা থিরক্লে। লম্বীদা মোক-খেছুনা লাক্লিবা শাবী শানৌশিংগী মরক মিস য়াউরকপ্রা য়েংবদ মিৎলি নাশিল্লক্লে; য়াউ-রকপা কৌবদি লৈতে। কায়নথংদ মিস বাবুপড়া তন্না গাড়ী থৌরল্লিবদু উরে। মাবু উবদ চিত্রকার থম্মোইদ মুংঙাই ঈথক হৌরক্লে। ওক্লিবদি মহাক হেন্নো হোগ্না তোংবা। মশা নানবা সুট-কোট তাই তৌবা মহা অমগা য়ান্না মুংঙাইনা রারী চিকথন শান গাড়ী থমরাংলমা থৌমিন্নরক্লি। মহাক মশা পুম্বা শিন থুংল ছুমাং ম্বাই ম্বাই কাংলক্লে। চৈনা অমসু মাগী থম্মোইদ কাওরকপগুম তৌই। মিস মহাকপুঁউমা উনা উদশা মহাছুগা নোক-খেনা মঙোল করিমত্ত কৌরম ঙাক্লীরক গাড়ী থৌগ্রি। থৌদৌসি মঙোল শাউনীবনসু হায়ফম খর্ডক্লে; কমলিরা কান্দুনা লৈতানা অমুক কম্বা ঙমলক্তে। মিসনা মাবু

করেমমবীরে। মীমামজ্র পুন্সি জোনবগী মথক ঈকাইবস্ নংলে। খল্লকই —নিংথিবী, গুণ লৈবী, থাক য়াংলবী মহাক্ন মাগুম্বা কবিস্থ লৈতবা অমগা কুম্মে-হুরাওগী মতমদা শরুক য়াম্মিমনীংবা হৌনদে। কুম্মে হুরাও হায়বসিদি লেম্বা তান্নবনি, ঈজ্জৎ তান্নবনি। "মিস্ , নংনা ঐবু মুংশ্লিবা '। নত্তে ' নত্তে তাৎনি তাৎ '।" বাবৌর মাগী থম্মোইনা মথন্ত শোঞ্জে। অমুকস্থ বাবৌর থম্মোই মথন্ত ফাথজে— "ফরে, মসি ওইব্রসস্ ! ঐ মঙোন্দ য়েৎলরোই মহাক্ত নত্তনা তুংগী মুংঙাইরবা আশাদ ছিংজবিবী মুজা অমতদস্থ ঐ কৈদৌউদস্থ য়েৎল-বোই—ঐ ঈংনা লৈবগে '।"

প্রিতম মী-পোং মায়কৈ মরি লৈত্তুনা হাইফেৎ য়েংলগা খঙন চাম্নবা কনা থেংনদ্রিউ মাগী কলা শঙলোমদ মায়থোং মকশিন্ন গাডী থোবক্লে। মহাক্কী শঙ যৌরবদ থোঙ রাইখু শো হাংতুনা মশাগী গাডী শঙমুংদ ঈনশিল্লে। মফি-মবোল ফাওবা হোংদোক্তনা কমুংদ ওন থোই মৈচাক থাঙল্লে।

থম্মোইগী মুংশি মৈচাকসে লাইজ ঈশিংনস্থ মুৎহন য়াদ। ও। বয়াদ রাগ্রবা! মুংশি রাখলবু থাদোক্লবদি তপ্ন তপ্ন মৈ মুৎলক্কনি। হৌজিক্কীদি করম্বা উপাইনা মুৎহনসিগে ?

মহাক্না ওন-থোই মুংশি মৈচাক থাংলিংই মাগী বলা শঙ থেঙ হাংই হায়তুনা তিকেন চংলক্লে। মহাক্না কমুংদ মফি-মরোল শেৎ-চিল্লগা নৈতুনা হিপ্লম্বতুদা মাগী কমুংগী লুখুম মচিদা কমথরতুনা মরপা হংলকই—

"কবি তোরে ? নশা ঙমদ্রবা ? মিসকদি কোইমিন্ন-রোইত্র ?"

—কোইরোই ; ঐ করিস্থ তোদে ।

—ফি শেৎলিবসিনা করিনী— ?

—"নোয়ব্ল লাক্কে তৌরম্বা—।" প্রিতমনা মিনম্বা পাউথুম পী।

—"অদু ওইরগা কোইরুরসি। বুম্মৈদ কোইবা চৎপদি মুংঙাই-বনি। জিরি তুরেলগী মথক্ত শাবা ক্লেল ত্রিজ কাইদো য়েংলুসি।

হৌগৎলো ...... ।" তিকেন্না "মাগী মশা পাবোম পায়দুনা কমুংদগী চিংখৎলে।

মখোয় অনী জিরি তুরেলগী ব্রিজ য়েংনবা প্রিতমগী গাড়ীদু তোং থোকমিন্নরক্লে। মমীদা শকহেন্লবী লৈশাবীশিং কোল্লুপ কোল্লুপ চংলি। প্রিতমদি মখোয়বু মিতারক্লে। তুংশি মৈনা চাক্লিডৈ কনাগী থাখল চঙবা হৌনদে।

"খাবুপড়া সাইন জকসমদগী খা পাংনা চৎলিবা তিপাইমুক লম্বীদ গাড়ী থরা থোক্লক্লগা থোংচুপলোমদ হাইখ্রিবা রেল লম্বীদুদা মখোয়নি তিকেন্না গাড়ী ইন্দুনা মখোঙনা থোংদু য়েংনবা চঙশিনমিন্নরক্লে। থরা চঙশিন্নগা শাংলবা অথুবা য়োংকী খোংচুনা লৈরিবা অকমতু য়োরে। তুরেল অসিগী মরাক তোর্ব্বানগী শরুক য়াওরগা ৩ × ৪৫ ৭২ মিটরনি খঙনবা হিন্দি অমসুং ইংলিস্তা কম্বীগী অরাংথংবা নাকল লুংলিবা য়ুম্বীগী সাইন বোর্ডতা থাদুনা থম্নি।' প্রিতম মিংয়েং তায়বা থোং মথকসিদা তিকেনগা লোইননা অসাম্মলোমদ লৈরিবা তোর্ব্বান থাংমা য়েনবা মখোঙনা তপ্ন তপ্ন শেক্লি শেক্লি চৎমিন্নৈ। মখোয়নি থোংয়াই য়ৌনা চঙশিনমিন্নরক্লে। থোংথাদ য়েংথরুবদ পাক চাউরবা জিরি তুরেলগী কল্লবা ঈচেলগী ঈরৈনা হকচাংবু চিংথবগুম তৌরি। অমুকসু থাংমগী তোর্ব্বান নকশিন্নকপদা তোর্ব্বানগী লৈঙোইথক মফি কোঙ্গোন্না ঈরুজরিবী অসামী নীঙোলশিংদুগী শক্তম—। থাংমগী তোর্ব্বানদু য়ৌরুরগা মখোয় অনী অমুক হল্লক্লে।

থোং য়েংবা লোইরদুনা মখোয় অনী গাড়ী তোংদুনা জিরি বজারদা লাক্লে। জিরি বজার য়ৌরবদ কালিনগরদ অমুক হাইজিন্দুনা জিরিগী অমত্ত ঙাইরিবা সিনেমা হোল এস-এস-নিহার টৌকিজদা 'তারজন' ফিলমগী পোষ্টর ঙাইহাক য়েংলে।' তিকেন্না পিকচরদু য়েংবী থাং হৌদোরকই। প্রিতমনা "নোংমা য়েংলসি, ঙসিগীদি হল্লসি" হায়বদগী মরুপ অনী জিরি বজার তম্ন গাড়ী থৌদোরক্লে। চা থকখিসি হায়নদুনা জিরি বজারগী শর্ম হোস্তেলদ হোস্তেল মমাঙদ গাড়ী থনম্নগা

চঙমিন্নরক্রে। চা থকলিঙৈ য়াচঙবগী মমশুকনরকপা মতমছুদা মিন মাগী কিনেত্তিক হোৎঙাছু তোংছুনা হুনখিবছু উহৌই।

*　*　*　*

প্রিতম ঈকাই-নুংশি য়ান্নগ্রবা থম্মোইদা ওমলিবা মৈচাক্তুগী রাখল মপৈ ময়াম্না ফুজিন্দুনা অহিং ফনা থেংলবফাওবা ফমুংদা মিং উইশিনবা য়াদ থোক থোক্নবা হিপ্লি। ঈচিক্রবা অহিংছুদা উনা-রানাদা লিক্লা তাবগী 'তপ তপ' হায়বা খোঙ্গেল তারি। অকোইবদ লৈবা যুমশিংগী য়েঙ্গোনশিংদা হিপ্পা য়েনবাশিংনা "কেক্রেক-কে" হায়না হৌবা তান্ন মশা ফু খোৎলক্রে। 'অশিফাওবদ মহাকতুগী রাখল চঙত্রি। কপ্পনথংদদি শিগ্রা লাইরেম্বীনা মোকু ওমবীগ্রে।

# ১৫

নোং ওাম্লে। ওঙ্-ানবা মচুগী মশেক হুন্দোক্লহনা কোন্নৌহনবা নোংপোক চিঙ্খে চীংশাং মরুমদ মখি ফোঙলক্লে। উচেক রায়াগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ থুদিং নিল্লে। লাইশঙ কয়াদগী খিংলকপা কাংশি শরিকশিংগী মখোলনা মীওইবদ মপুগী মিখৈ নিংশিংহল্লি। প্রিতমদি মতমসিফাওবদ য়াহৌদ্রি।

চিত্রকারগী নিতিগী ঈশিং হোনবিবা পানিবালা কালিরামদু ওসিদি অথাপ্পদা থবক অমা চথোক্কদৌরিমাল্লে। ওন্ন ঈশিং তিন অনী মহৌ-শাগুম লেংথোংনরিবা চৈশাং অমদ য়াল্লহনা মাগী কালাশংদ পুরক্লে। থেংলবা ফাওবদ থোঙ হাংলমদবদুদা ঈশিং তিন অনীদু লেংথো-নরিবা চৈদুগা লৈমাইদা থারগা থোঙ থিন্দুনা মহাক্না খোঞ্জেল রাংনা কৌরকই—

"ইম্ফাল ভায়া ইম্ফাল ভায়া ।"

কালিরামগী অয়াকপা, অহৌবা খোঞ্জেল তাবদা মহাক মিংকপ থোক্লে। মমিৎ নোইর নোইরহনা থোঙ হাংদোক্লরে।

ওন্ন ঈশিং পুরকপদুদা ওক্লহনা,

—দাদা কালি, ওসিদি করিগীনো অন্থক ওন্ন·· ?

মহাক্না ঈশিং তিন অনীদু চৈদুগা লোইন ইমুংদ পুশিনবীরক্লনা অহাংবা বালটিন অমদি অতৈ কোম্নচংবদ হৈজিনবীরে। মখৌ লোই-শিল্লবদ মহাক্না প্রিতমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

ইম্ফাল ভায়া, ঙসিদি ঐস্থ বেগ্রাদ চৎকে। হোতেলশিংগীদি ঙসি ঈশিং ছুতি। বাবুগীদি মুংঙাইতদ্রুনা হোনবীরক্লবা—। থেংলে, চৎলগে···ইম্ফাল ভায়া।

—থাগচ্চরি, দাদা কালি।

মহাক অহাংবা তিনশিংদু লেংথোংনরিবা চৈদুদা য়ানশিন মখোঙ গম গম থাংলদুনা লমজাওরোমদ চৎখ্রি।

কালিরাম চৎরবা তুংদা মচিন ময়া শেংন শেংন—"হোতেলশিংগীদি ঙসি ঈশিং ছুতি। বাবুগীদি মুংঙাইতদ্রুনা হোনবীরক্লবা···।" হায়বা মাগী রাহৈ খরসিদ প্রিতম মথরাই মুংঙাইতনা হঞ্জিন—নৈশিন্দুনা খনবা হৌরকই।—মীমান্নদবা শোইনাইবা হায়বসিমক্তবু মীনা হন্থনা তোম্ন খম্নবোইরে। মশোমদ মিসনা ঐবু মুংশিরিব্রা? মসিনা মা-ঐগী মুংশিববুস্থ থুপচাননা থমগে হোৎনরিব্রা? অমুকস্থ সমাজগী মিনোক-মৈশাবু কিবদগী লোম্ন-থুপনা থমলিবা মাগী মুংশিবনা করম্না ইবানিগী মুংশি মরীদা খুদোং থিবা থোক্তনবনি হায়রিবা—? নত্তে, নওে, তাৎনি—তাৎ! ঐ মাগী রাখল থাদোক্কদবনি। উম, ঐ মাগী রাখল থাদোক্কদবনি—।

মহাক মচিন-ময়া শেংবা লোইবগা ফমুংদা যুম্বংনরবা রাখলগা লোইননা অমুক হিপথরে। ঙসিদি মশাস্থ ইহৈ হৈনীংদে। পুক্নিং হবচাং অনীমক ইচোক চোকথৈ। মসি ওইদুনস্থ রাখলগী থবক্তি লোইনাইদে খল্লিবা। ঈংরেজি কবি লোংফেল্লোগী "The thoughts of youths are long, long thoughts হায়বদুমকনি। অস্থম্না অস্থম ফমুংদা হিপদুনা লৈরিঙৈ মিস খঙহৌদনা মাগী শঙ মন্নুংদা চঙলকই।

—"হৌজিক ফরক তানা তুমলিবসিবু করিগীনো?" মিসনা ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী লুখুম ওইরপ ফমুংদ ফমথরকই।

প্রিতম পাউখুম পীদনা লোংনা য়াতারম্বদগী মিসনা ফমলিবা নাকল-দগী ওন্থোক্লনা অতোপ্পা নাকন্দ চেপ তুমিন লৈদ্রে। মহাক্না শাউরিবগী শনিল লাম্না ফংলবা মিসনা মকোক্ত মথুৎনা নমদুনা মঙোন্দ

লৈশিনহল্লক মশাগী মঙোল্লোমদ চেপহল্লে। 'মাগী অশাউ ফিভম পুরবা মায়থোংদা য়েংলহুনা 'মখুৎ' নাম্মনা মাগী খজাই নাম্মহুনা নানশীরহুনা মিসনা অমুকসু হংলকই—

"করিগীনো ফবক তানা তুমলিববো ?"

—"নংনা তুমহল্লিবা।" শাউনা মিসকী মখুৎতু চিত্রকারগী খুৎনা ইন্থোরকই।

—"হৈমা। ঐনদি 'করম্না ··· ?" মিসনা মোল্লহুনা হংলকই।

—অমুক খঙদশিন্নু হংলকলম্ন।

—"ওঃও! অহুসীদমক্তদি নংনা অচুম্বহু খঙদ্রিঙৈনা ঐবু অহুক থিনা শাউফম থোক্কে।" মিসনা ঈংনা হায়রকই।

—"করম্বা অচুম্বা। ওইদবনা অওইবা শাবা অচুম্বহুরা ··· ?" মহাক ফিংনা হোৌগৎলহুনা শাউনা খুমলকই।

—"প্রিতম, ঐ ঙরাংগী থৌদোক্তুগী শেংদোক্কে হায়না ননাক্ত লাক্লিবনি। ঐগী ৱারী ঙাইহাক্তং তাবিযু · · ।" মিসনা মঙোন্দ নোল্লুক্না হায়জরকই।

অহুবু প্রিতমদি মিসনা হাযজবিবসি করিসু খনবিদ ম'বু তানবা হৌরক্লে।

—চৎলো, নংগী ৱারীদো কদাইদনো লীকবো। ঐগী ষ্টুডিওসি ৱারী লীকম নত্তে।

—"ষ্টুডিও ওইরসু য়াই। নং ঙহান নোংমা লীবা হৌদোক্তনা ঐসু লীগদৌরিবা · ।" মিসনা নোক্ত নোক্ত হায়রকই।

—"ঐ নংগী তাংকী মোইথেম ৱারীদো তানীংদে। চৎলো, ক্লাস্তা অঙাংশিংদা ওইনা লীনবা থম্মু।" অসুম্না হায়রহুনা প্রিতমনা মিসপু কম্ন মতাল্লক্লে।

মুঙ অতেকপা শম্বা য়াদে হায়বা মক্তাগুম মাগী থম্মোইনা মুঙ অতেকপগা মাম্লনা লৈঞবহুদদি শাউবা হৈজদবী মিস শাউরক্লে। হায়নিং হায়রোই মকম খঙদনা হায়রকই—

"চৎলগে·· চৎলগে · মীমান্নদবা নং ননাক্তগা লৈজনীংদ্রে · ।"

—মীমান্নদবা !

—'উম, নহাক মীমান্নদবনি। ঐনা হায়রিবসি·· ।" মিসনা রা ঙাঙবা লোইদ্রিংও শাউবনা মশা নিন্নবা প্রিতমনা মাগী ওইথংবা খজাইদা ইখও খঙহৌদনা শাফু কন্না খুবাক্কা "শেৎ" লাউনা থারকই।

মিস ওইগী খুবাক্কা খুবাক চৈফম মখজাইতুদা নাপ্তরি। রারৌবগী পীনস্থ মিৎস্না অনী থুমগ্রে। মহাক কুইনা অমুক পন্থদ্রে। ফুক হৌগৎলগা মপান থে কগ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মাগী গাড়ী ষ্টার্ট তৌবা মখোল তাই। ·মিৎকুপ খরগী তুংদদি অদুম তাখিদ্রে !

মাগী গাড়ী মখোল তাখিদ্রবা তুং, অশাউবগী মৈয়াং কল্লিবা চিত্রকারগী পুক্নিংদু—"চৎথ্রসনু ! তাৎ হৈবীসি। ঙসিদি মাগী তাৎকী তুংশিননা ঐগী থম্মোইবু অমুক রাহল্লরোই" হায়বা রাখলসিনা ঙশিং ওই· মুখৎনবা হোৎন্নরকই।

·(0)·

## ১৬

প্রিতম মুমিং কয়ানিমুক্তি মথরাই ইনুং-মুংঙাইতনা হোৎখ্রে। মিস-পুমু অমুক্কী মতিক রারোরমই-শাউফম থোকপগী শাউরিবা মহাক্কা খরা ঙাংজুবগীদক মঙোন্দ "মীমান্নবা হায়বা রাহৈসিমক মচিননা পন্দুনা চৈবা ঙমখিবা। অমুকসু মাবু কোইরুসি হায়তুনা মফম—মতম থা ঙাইহল্লগা ঈকাই-মুংশি য়ান্নহনবা, মাগী মিৎমাঙমকুদা লেল্লগে মতাংম মিসনা খোঙলোইহুগা নোক-খেতুনা চৎমিন্নখিবা থোদোকশিংডু নীংশিং-লুবগা মিসপু মাগী থম্মোইনা নিন্দা তৌরকই। মহাক চাগনি-থকনি, লাই য়েক্কনি, লাইরিক পাগনি খঙখিদ্রে। অদুবু মিসকী মমান্ননী জমুনাগী বেড কোভরতুমতংদি য়েকপা লোইশিনবীখি। মহাক মিসকা পুমলাপ লাপথোক্করগে খল্লে; অদুমকপু থম্মোইনুংদা লাচ্চারিবা মুংশি শক্তমগী মমিদি মাংহনখিবা ঙমগনি থাজদ্রে। মাগী নিংথিবী শক্তম, মোমোন মিনোক, কাউঙমদ্রবা মরাহৈ-খোনফম মখোয়সিমদি নীংশিং মমি অমুম্মক তাহৌরগনি থম্মোইদা।

* * * *

মিস মাগী গাড়ী মচাদুগা নিতিগী স্কুল চৎপদু চিত্রকারনা মাগী খোঙনাউদা হেক হেক উই। মহাক হন্দক্তি খোইদোক্কা ঈরাং চেন্দে। মাগী ষ্টুডিওবু মিতারকপসু তৌদে। খে-লাংবগী ফিভমসু উদে। প্রিতম মিসকী খজাইদা খুবাক্কা থাবিথিবতু হৌজিক্তি খঙ্গিদ্রবগা মুংঙাইতবা ফাওরকই। মীগী মচাদুদা মাগী করি হকপ? মসিমদি মাগী কা হেনমনবা শাজংনি। অমুম্না মুংঙাইতনা লেল্লিঙৈ তিকেন মুংথিল

অমা মনাক্তা লাক্কই। হিগোই-তুরোই কম্বুংদা পোথারিঙৈ মরুপা মাগী কম্বুংদা চঙশিন্দুনা কমজরগা ঙাঙলকই—

"করিগীনো নংনা মরমদি খঙদনা ইচে সরোজা ফুকরিহুবো ? নংনা মীহু কনানো কা-এ-বা অমত্ত ভাব মেন তাদনা শাউকরিবা করিগীনো ? নুপানদো মোয়দা কুক্ক জমগী অয়ুক্কুদা লাকপনি। ঐ মাবু মশাক মুম্ম খঙই। মাগী মমাগী মবুংগী মচানুপানি, মতৈনি। মোয়দা তত্তনা লাকপনি।"

—"নুপাহুবো !" তিকেনগী মমা তারগা মহাক্না ঙক্না হায়রকই।

"উম, মাম্নিনে। হৌজিক ইচে সরোজাদো মথৱাই য়াম' নুং-ঙাইতনা লৈরবনি। নং মানা ৱারোৱিবশে নিংথিনা থেমগদবনিকো। ফরে, ঐ দিবোংদা চৎকদবনি ; অদুবু ইচে সরোজাদগী নবানিগী ৱারী তাবদগী নুংঙাইতহুনা অশেংবত্থ নঙোন্দ খঙহনবা লাকপনি। চৎলগে, মিসপু থেম্মুকো।"—হায়রম্লগা তিকেন মপান্দা থোকখ্রে।

*　　*　　*　　*

মথংগী নুমিত্তনি। মিস মাগী গাড়ী মচাহু তোংহুনা অয়ুক্কী পুং ১০ অহুরাইদা স্কুল কাহরকই। অৱাবগী মমিনরা নক্রগা ৱাখল নুংঙাই-তবগী মমিনরা মেরাগী থানিলগুম ঈংবী, লমঙানবী মায়থেংত্থ ঙসিদি নোংঙজুথাগী লৈচিল ফিরুক্রবী থানিল থ জংমল্লে। ঙম্না থৌৱাং লোইশিন্দুনা ঙাইরিবা প্রিতমনা মাগী ষ্টুডিও মপা খরা হেন্দোরকপদা মিসপু ইন্নরকই। মী-পোঙ, গাড়ি-মুংলিনচিংবা হাইফেং-শাফেং য়েংলগা তাঙ্গা ফংলিঙৈ মিসকী মনাক্তা চিত্রকার গাড়ী থোঁজ কই। লান্নুর-বানিনা হায়জরকই—

"মিস, ঐ মরম খঙদনা নহাকপু ৱারোক্নরে—।"

মিস ৱাহৈ অমত্তা হায়রক্তে, য়েংবস্থ য়েংলক্তে।

তুমিন তুমিন গাড়ী থোৌনরকপনা স্কুল য়োৌশিন্কদোরে। অহু-ক্কাওবদা মিসনা তুমিন্ন মরৈরবহুদদি চিত্রকার ঈকাই ঈকাই গাড়ী মমায় লৈহুনা লৈহোরে।

১। চিত্রকারনা ভুমিং এক্তা চায়রাক্কা থা করা মিসকী মকনদা ইতম তত্তুনা মাগী স্কুল অকা-অকুম অনীগী ইমচুক্তা হাপচিনখ্রে। অন্থু মথক্তুই শান্দবা লোক্তা হায়রকখোক্তবগুম থোক্লে। মিস মঙোন্দা কৌশাইলক্খিদ্রে। মাগী অহোংবা লৈতবা লীচংসিনবা মইমথক্তদি প্রিতম মঙোন্দা হায়রকনোঙদা লৈরক্লে, অমসুং মখোনা উনীংলক্লে। মমুক্তা থোক্লকসিরা খল্লক্লে। অত্তুমকপু অরোইবা ওইনা অমুক্তং উনরমদা খরদংদি হায়রমখিগে লেপলে। মসিগী মমক মহাক্না কুমন্নম মুমিংবী মুং খিনবা মিসপু ভাইখিদ্রা বাবুপাড়া আই, বি, নদজংগী পান দুকান মমাংতুমক্তদা মহাক লাকপা ঙাইরে। ইকুই কুইদনা মিসম্নু হুঙ্গাম মপাল মচুগী শাড়ী মচেক অমা শেং শাড়ী মথক্তনা ঈ মচুগী থবাক খায়বী স্বেটর অমা লিং, থম্বাল লৈখোক মচুগী মপান-নাইবা ফনেক অমা শেং মহোৎশাঙগুম মাগী গাড়ী মচাতুগা লাক্লে। মহাক প্রিতমবু উনা উনা উদবা শা গাড়ী থোৎখ্রে। মসিনা চিত্রকারগী থম্মোইদ কিরিবা বারৌ কিশি হেন্ন চেংশিনহনখ্রে। মহাক্না ঐবু মুংশিবা তারবদি লানখিবা অমগীদমক অস্নুক থিনা কাওথোকপীবা হৌনব্রা?— হুংলি ঙসিদি মহাক্কী মবোল নাইনা বারৌরবা পুক্লিংনা। অত্তুমকপু বাহৈ খরদংদি অরোইবা ওইনা হাযবয়গে খল্লত্তুনা গাডী তোংখত্তুনা মাবু ফংনবা তাম্নবক্লে। জিবিবাম জেল মপাদা মাবু ফংলে। মিস মাবু কারিম্নু থৌশাবিদনা মমায় মাউলোমদা চুমম্নিং যেং গাড়ী থৌরি।

তাঞ্জা-মেঞ্জা য়েংলগা চিত্রকারনা হায়রকই

—মিস, ঐবু ঙাকপিবতোই হায়রিব্রা?

মহাক ঙসিম্নু হোয়-মাই বাহৈ অমা খুমলক্কে।

মহাক্না হায়জবদা খুমবীরকত্রবম্নু প্রিতম অথা তারকই

—ফরে, নহাক্না ঙাকপীত্রবম্নু! ঙসিনা ঐগীদি অরোইবনি! মিস, ঐ ইম্ফাল থোক্লগে। অত্তুগা ঐবু জিরিদগী চহনমজোরিবদিদি নহাক্নু-নিকো!

মহাক লৈহৌরে। মিস স্কুললোমদ গাড়ী থোক্লে।

ঙসিদি মতম অসুক কুইবশে হোয়-মাই হায়দনা তুম্মিন লৈরকপা মিস থম্মোইদা চৈনা অমা ফংহোৌবগুম তৌরে। মমু থেক্কে নীং মতম কুইনা মুকলকপা মাগী রাখলনা মায়থিবা ফংলবদা নুংগুক-নুংজানবা হৌরক্লে। স্কুল য়োৌরবদা মহাক ক্লাসতা অঙাং লাইরিক তাক্লবা চঙ-নগা চৌক্রিদা তুমিন্না ফম উংজ্জুনা লৈরে।

অঙকপনি! নুংশিবা নংগী নগুণ। মনিং তম্বা রাখলবু ফাজ্জিন-জুনা শংসারগী নিতি নিয়ম পূম্বা কাউহনবা ওমই।

—(০)—

# ১৭

প্রিতম হয়েংমক ইম্ফাল চৎলগে নীংলহুনা মাগী লুনা-চান্ন তিন্ন-জবা মরুপপু উনরমনবা মিসতা ৱাহৈ খরা হায়রম্নবা মতুংদা মাগী কলা শঙদা চঙলমদনা তিকেনহোয় তন্ন গাড়ী থোরক্লে। মহাক্না মখোয় থোঙ্গাল য়োশিল্লকপদা মরুপস্থু মফি শেৎলগা থোঙ্গালদা থোক্লকপা উরে। মহাক লাকপহুদা মরুপপা হরাওনা ওক্লহুনা হায়রকই,

—ঐস্থু নং উনবা থোরকইবনি! লাকও···লাকও···ঐগী কাদা ফমল্লুরসি···।

মখোয়নি প্রিতমগী গ'ড়ীহু থে'ঙ্গাল মহুংদা ইনশিন্দুনা থনমলগা মখোঙনা চণ্ডমিন্নরক্লে।

মাগী কাদা ফম্মিন্নরহুনা তিকেন্না হংলকই,

—ঐ উনবা লাক্লিববো মরম লৈব্রা? নত্রগা···?

—"ঐ হায়েং ইম্ফাল চঙলগে··" মরুপপা য়েংলগা মহাক্না অশেং-বহু খঙহল্লকই।

মাগী ৱাফমসি তিকেন ওক্ল থোকই। মঙোন্দা মসিগী থাজবা লৈতে।

—ঙহানমখৈ উনবদদি নংবু হায়দে·····করিগীনো অন্থক থুনা·····? চাক চারা অমতস্থু চৎলমদাই নে'ভানা চামিন্ননি; চহিস্থু লোইক-দোৱে·। নত্তে, য়ুমদগী থুনা লাকউ কাইনা ইরকপা চিঠি ঙাসি-ঙৱাং ফংব্র—?

—ফংদে, স্থুম থোকলুগে ভৌবনি·····।

মাগী মথরাই, ইমুং মুংঙাইতবগী মওং মানবা মায়থোং, লুমতক্না ঙাঙবা রাঙাঙশিং তারগা মরুপনা চিংনরে। মরমসিনা মরুপনা মাগী থম্মোইগী রা থঙনবা হোৎনরকই,

—নঙ্গে, মিসনা হৌজিক ফাওবদা নহাকপু রারৌরিব্রা · ?

—"উম, মহাক ঐগা অমুক হন্না মরী লৈননীংদবনি ·" 'সি হায়রগা চিত্রকার রা ঙাঙবা লোইক্কাত্তনা থদৎখি।

তিকেন মথা হংলুদ্রে। উন-রাইমুক চিকথ্রে কাত্নু। ঙাইহাক হৌথ্রবদা অচিকপত্নু থুগাইদুনা চিত্রকার পেন্স-মুংঙাইতবশিংদু তমলকই,

— থা ৩/৪ শুরক্রবনি ঐনা মঙোন্দা হায়জরক্লিবশে। মুংশিনবা হাযবসিদি অমনা অমগী মন্দাল ঙাকপীফম · থোকই। তাদুবু ঐনা মীমান্নদবসিদা মহাক ঐগা অমুক নরুনীংদ্রমাঙ্গে। ঙসিসু অয়োইবা ওইনা ঐনা মঙোন্দা লানখিবদুগীদমক হায়জরুবনি, কান্নদ্রে। মহাক ঐবু শুংথৌ থৌওইখিদ্রে। ফরে, ঐগা কায়নবসিনা মহাক মমীং থুংবা ওইজরসন্নু। ঐ · মতম থরদ্দি মাগা শক উনদবা পামই ; অদুনা ইস্কালদ মতম থরা লৈরুখিগে · ।

তাশেংবা থম্মোইগী রাবু করি রানা নসংৎলুনি। মকপকী রা ককপগী মতুৎ তিকেন মকপ্না হায়জবকই,

— ফরে, চংপীকরো । পংকুই কুইনদ্দি লৈথোকপীরক্নু যুমদা। চা থকখিসি, ঐ অঙাংদা চা লোন্নবউ অমুক হায়রুখিগে।

তিকেন মপান্দা মচলনুপী খিবা থোকথ্রে। মচলনুপী উনদুনা চা লোন্নবউ হায়রম্লবা তুংদা অমুক কাদুদা চঙলক্লে। অদুগা মকপকী নাক্ত চংকে ৎৌরম্বগী মরম খঙহন্নকই,

—ঐখোয় মমাঙগী তাদ শুরেন্দ্র মতম কুইনা মচা উবা ফংজরক-ত্রবগী তুংদা, হন্দক্ত মচানুপা অমা ফংজরে। কয়াম হরাওজে— থক্ত থোক্লিবা থা মতমবাক্ত পম্বা ফংজবদুঙাই। অদুগী মুংঙাইজবনা ষষ্ঠী পূজা সুমিত্তা ক্লাসিকেল নাইট তৌনি হৌ হৌ চেন-চোংজরিবা। মদুগীদমক ঐগা তিন্নে হায়দুনা নহাকপুসু ঈশৈ থরদং লাম্নোকপীনবা মহাক্না হায়যু হায়বা কুইরবনি। ঐনা কাউদনা নঙোন্দ শুংহায় হেক

হায়দনা। ওদি যদী হুমিথংদিদ তাঙনা ওসাই অয়ুক্তেশ হায়রব্রা হায়না হেক মীংশিংলক্রবা অতমদগী মহাক উনদবা য়াত্রহুনা ঐ অংগীদা লাকে থোক্লকলম—ই-বনি।

—"ঐদি করিগ্নু হোৎনহোদনা··" প্রিতমনা ওইহাক খঙ্গানা নৈরুরগা হায়রকই।

—"নংগী অনৌবা ঈশৈ খন্না নৈশ্নিহুদি ··; শক্ক লাক্ত য়াবা মস্তে। ঐগী য়ায়হু খন্না ওাকউ করিনো।— মরুপনা তকশিল্লকই।— হায়! মিসস্থ ঈশৈ তাবা লাকনি! যম্না তাম চায়ে, 'ঐ মাগা বারী শারগে'।" মহাক্না খংহায়-থংজিন ওইনা মথা শামথরকখি।

—"হুম, হুম! নং মাগা বারী শানবা মাদে। মঙোন্দা ঐ হায়জহুনতা নৈবদি পামদে। অদুমনা তৌদো ওইরবদি ঐ ঈশৈ শকপা লাক্লোই।" মহাক্না মিসপু কম য়ানীংবা উৎহুনা হায়রকখি।

—"হোয়···, মহাক্না পামত্রবদি! ঈশৈ শকপদি লাক্কনা য়ারোই। কাল্লর্নামকাই চাকস্তেল চামিয়বদি হোরেল হুমিদাং তাদগী দিনরদা শক্কবা তারেনে, মতম ফংত্রবনিনা।" মাগী বা য়াবা নক্কনা উপাই নৈত্রবা মরুপনা কোঙদোরকই।

তিকেম্না বা ঙাঙলিডে মরক্তা মচলম্নুপী নৈশাবী পুংকক ফারবী সনধ্যাম্বানিনা চা কপ অনী ত্রে অমদা হাপ পুরকই।

চা থকমিল্লরবা মতুংদা প্রিতম হয়েং ইম্ফাল চংপগী তিকেৎ কক-লুনবা অমদি মচে-মবাই উনকনবা চংত্রে। তিকেম্না মহাকপু মাগী গাড়ী থম্নকম থোঙ্গাল মচীন্দুফাও থিন্দোকপীরকখি।

—(0)—

# ১৮

হুমিদাংগী পুং ৭ খরা হেল্লকপা মতমদা ঈশৈ হৌখ্রে। ঈশৈ শক্লিবশিং অসি জিরিবামগী নৌনা ফাওগৎচরক্লিবা "তাম্না শৈশকলুপ" কী কলাকারশিংনি। মখোয় মরক তিন্দুনা অতিথি শৈশকপা অমা ওইনা প্রিতম ঈশৈ শকদৌরিবনি। ঙসিগী অহিংগী ঈশৈ-নোংমাইগী থৌরমসিদা য়ুমবুগী মাঙ্গোলদনা শৈশকপশিং অমদি যন্ত্র পায়বশিংগী শুমাঙ অমসুং মমাঙ শঙ্গোইনা ভাবোকশিংগী ওইরি। অতুগা শৈশকপশিং লেঙশিন-পোথাফমনা মাঙ্গোলগা তাইনবা অরাং কাদা ওইরি। মখোয় লাউথোকপা মীনা কৌরকপগা কাসিদগী মাঙ্গোলদা থোরক্লুনা ঈশৈ শকই।

শুমাঙ অমদি মমাঙ শঙ্গোই ভাবোক্না চোন্না তিনখ্রে। থাবল ফবা অহিং ওইবনা চন্দ্রপুড়গী অকোইবদা লৈবা লমশিংদগী পাখঙলৈশাবী কয়া য়ুমথোঙ খুদিং চিথ-নাম্বদনা লাক্লে। ঙসিগী ভাবোকসি নহারোলনসু মপুং ওই। মতমগী ঈশৈ হায়বসিমক্তবু নহারোলশিংগী থরাই ওইজরিবনি।

য়ুমবুগী অরাংগী কাদা থোঙনাউ ময়াদা জিরিবামগী নহারোল শৈশকপশিংতুগা শোফা অশাংবা অমদা, ফম্নরিবা প্রিতমনা মিসনা মমান্নবী জমুনাগা লোইনদনা শঙ্গোইদনা বান্নী শা ফম্নরিবতু উই। ইলেকত্রিক বলবকী মৈঙালদ মিসকী থানিল থাজগা মামনা লমঙান্না ঈংবী মায়থোং উক্নরগা মাগী থম্মোই তানিকই। অতুবু কুইনদি য়েংলুত্রে মায়থোংতু — থম্মোইবু লাগাকম নাইদনা পোকহন ঙম্বা মগুণ চেনবনিনা।

নহারোল শৈশকপা ৩/৪ না মথং মথং মশা মশাগী ঈশৈ লান্থোকপা লোইথ্র তুংদা মাইক্রোফোন্দা এনাউন্সরনা লাউথোরক্লে,

—হৌজিক তিনবীরিবা ঈশৈ নোংমাইবু খোইদাজবা খ্বাই খিবিক্লা তাম্না শৈশকলুপকী শৈশকপা খরগী শুর শৈহেকশিং তাবীরবা মতুংদা লৈজরে শৈশকপা এল, প্রিতম। মহাক ঐথোয়গী ইরক্ত অতিথি ওইনা লেঙবীরকপা শৈশকপনি। লোবীরসি ময়াম্না শৈশকপা এল, প্রিতমদগী ঈশৈ অনীদং মথং মথং······।

প্রিতমবু ঈশৈ শরুবগী মমিং হেক লাউথোরকপগা জমুনানা ম্নিম্নতা হায়রকই—

"হৈমা! ইবুংঙো প্রিতমন্থ ঈশৈ শক্কদোরিমাল্লে! ঙসিদি মাগী ঈশৈ তাবা তারেদনা।"

জমুনানা হরাওবনা পুম্নলাং লাংই। মিসতি মহাক ঈশৈ শক্কনি তাবদা স্বাই লাউনা মিহুন শুদনা তুমিন লৈখ্রে।

প্রিতম এনাউন্সরনা লাউথোকপা লোইরম-লোইফাত্রিঙৈদা কাহুদগী মাঙ্গোলদ,মাইক্রোফোন মনাক্ত তপনা শেক শেক্লুনা থোরক্লে। মাগী মশক উবদ নহারোল ময়ামগী খুবাক খুবা অমস্থং হুইশেল মখোলনা পুমনিল নিনংথ্র শুমাঙ, শঙ্গোই । তিকেন্না হরাওমনখিহুনা শুমাঙদা লেপথৎলহুনা লাউ-খোংনা খুবাক খুরকই।

ঈকাই থিগল্লবা প্রিতম তিল্লিবা মীয়ামবু খুৎ অনী লোম্ন কোক নোম্না খুরুমজরকই। মহাক ভাবকশিংগী খুবাক, হুইশেল মখোল নেমথরকপদা মহাক্লা শক্কদোরিবা ঈশৈগী অহাঁনবা পরেং লাউথোক্লে। হৌজিক স্থংশিরবা বেহলাগী খোঞ্জেলনা মাঙ থা প্রিতম ঈশৈ শরুক্লে—মচিন তুমজবা মাগী ঈশৈ ময়েক অমদি শুর শৈহেক্লা নহারোলশিংগী থম্মোইবু থিনগাইরহুনা···।

**মাগী ঈশৈ ময়েক**

ঐগী যবন, পুন্সিদা
নংবু পামজরুবা স্থংশিরুবা
মৈরিনা লাঙ্গোই চমত্রা
থম্মোইশে মচেং তানত্রা

অর্থনা চল্লবা মিংয়েংদো
ঈখৌ লাংহনবা মিনোক্তো
নংগী তাংকী লাংলা ?
মৈরানবীগী মংফম মৈরিরা ?

তলা পামেলবু পামজবী
শীঙেল নংবু খোইদারুবা
অপঙবা থম্মোই ইরালনি
পুন্সিশে রানবা শিল্লুবনি ।

ঈশৈ শক্লিবা মতমসে থাবলস্থু ফরকপা মতমনি। অতিয়াদা থাবলনা মহী চেল্লি। নাকল অমরোমদনা ঈশৈ তারিবা নহারোল পুন্নমক প্রিতমগী মুংহিক্লবা ঈশৈগী শুরনা থম্মোই মহী চেন্নরক্লে। মিসতি মহাক্কী ঈশৈ তানা তানা হিক হিক কপথোরক্লে। মাগী মতৌসিদা জমুনাদি পুমঙক ঙক্লে।

—হৈয়া! নংদি প্রিতমগী ঈশৈদা কপ্লবোইরে!

—"উম ‥ ঐ মাগী ঈশৈ মখা তাররোই ‥।" হায়রম্নগা মিস শঙ্গোইদগী চেম্থোকখ্রে।

জমুনানা তিংঙক-মায়ঙক মাবু য়েং চঙলকখো হায়হৌই।

থাবল মরক্ত মিস থোঙ্গাললোমদ মথন্ত থোকখ্রে। জমুনানা কৌবা ঙাংবা প্রিতমগী অহানবা ঈশৈ লোইরকপগী থুবাক-তুইশেল মখোলনা নক্কংখ্রে। মহাক্না মিসপু খাম্না ঙমহৌদ্রে।

ময়ুম য়োরবদা মিস মাগী ফমুংদা মোল্লাংদা পীরাং ঈচেন্নরবী মায়থোং লোং কপলরে। "ও! ঐনা মাগী থম্মোই কয়াগী মতিক শোকহল্লবা! ঐ অশে মীওংপীনি!" মথন্ত শোঙ্গৈ-চৈজৈ। মরকসিদা মহাক্কী মথংগী ঈশৈস্থ তারক্লে। ক্লাসিকেল নাইট তৌরিবা মফমসি মিসহোয়গী য়ুমগা ইরাপ লাপ্নদে। থোঙ্গাল অঙ্গমতনি থন্নরিবা।

## মণী [illegible] রেমাই—৬৬

মিস ফমুংদগী হৌগৎলগা গ্রিজমগী অহানবা মুংশি খুদোল তেবলদা থেন্দনা থমলিয়া. চাগী গমলা' লৈ অনীছু মুন ওাইহাক য়েংলম্নগা মমায়না তেবলদা উপাশিল্লহুনা চৌক্রিদা ফমনা ফমনা অমুক কপলরে। মাগী অনীছুবা ঈশেলা লোইশিল্লকপদসু হায়গুম খুবাক, হুইশেল মখোলনা নিল্লকই। মহাক্কী মতুংদা শৈশকপা কনা কনানো থরগী ঈশৈ মথং মথং শকলকই। অতুবু ঈশৈশিং অসিদি মাগী নাপ্পদা চঙল্রে। মিস চিঠি ইনবা চে কলম পায়বৎল্রে।

চিঠি ইবা লোইশিল্লকপদা ঈশৈসু লোইখিবগী নোংয়াই ঈচিক-খোনল্রে।

—(0)—

# ১৭

অযুক্কী পুং ৬ তারমদাই মতমনি। লৈচিলনা কুংনা থাখিবনা অথাপ্পগী পোৎ অমত্ত মশক উবা ফংখিদ্রে। ডিসেম্বর থাদগীদি জিরিদসু অযুক লৈচিল যজনা থারে। ঈংবগী চাংসু হান্নদগী থংহেন হেঞ্জিংকই। ঈংবনা মী অয়াম্বা যুমদগী পংঙন ওন্ন মপান থোরক্রকত্রে। অদুবু জিরিগী বাবুপড়া এম, এস, আর, টি, সি, ওফিস মমাঙদদি অঙনবা অযুক্তগী ইম্ফাল চৎকদবা যাত্রিকশিং লাকপগী, থিন্নরকপগী মহৌশাগুম লাংই। গাড়ীশিংগী মখোল অমদি বস মথক্তা যাত্রিকশিংগী মপোৎ-মচৈ হাপ্পগী লাউ-খেংবা, ভাং-শ,কপগী মখোলনা পূমনিল নিল্লি, পূমলাং লাংই।

অদুগুঁ মতমসিদা খুৎনা পায়বা য়াবা খাও মচা অমগা রিক্সো তোংদুনা প্রিতমসু লাক্লে। মাগীদি পোৎয়োম চাউদবনিনা গাড়ী মথক্তা হাপকদবসু লৈতে, রিক্সো ভারা পীরম্নগা গাড়ী মথক্তা অদুম ক্যাথংলে? মহাক মশাগী সীট থীরগা মক্কম চানা ফমলে। গাড়ী থাগদবা মতমসু নকশিল্লক্লে'। ড্রাইভরনা গাড়ী থোরমদাইগী হোরোন শাংনা শাংনা অনী অহুমলক্ত পীরদুনা গাড়ী মমায় ইম্ফাল লম্বীদা লৈথোকপা হৌরক্লে। গাড়ী খোংদোরবদুদা গাড়ী মনাক্তা লেপ্লিবা যাত্রিকশিংনা মখোয় মখোয়গী মীওইশিংবু থরনা মোক্লা নেক্লা, থরা অমনা মায়থোং সুংগুক-সুংজাননা বিরাই পীরি। বসকী থোঙনাউ ময়াদা ফম্বা যাত্রিক থরনা থোঙনাউদগী মখুং থিন্দোরক্তুনা মখাদা লৈরিবা মাগী মীশিংদা হাইরি। কনাগুম্বা থবদি থোঙনাউদগী খুৎকা

থুংকা শোক্লৈ, চীনগা চীনগা বিদাই পীনৈ, খোঙচং মঙ্গল নীংনৈ। অহুবু প্রিতমগীদি কনাসু লাক্তে। মসি ওইহুনসু মহাক মথোয়বু রারোক্লদে। মরমদি মহাক জিরিদা থুনা লাক্কদবনি খনবদগী মথোয় লাক্কবসু ওইরমগনি। মশানদি ইম্ফালদ চয়োল খরদি লৈগে খল্লি। মসিমক্তি মহাক কনাদসু ফোঙদোক্লমদে।

মিনিট ৩/৪ গী মতুংদা গাড়ীহু গুলারথোল চেক পোষ্ট য়োরক্লে। চেক্কী অমদি অনৌবা যাত্রিক খরা তোংখৎলকপগী গাড়ী থামহুনা ঙাইহাক পল্লে। অনৌবা যাত্রিকশিংগী মপোৎ মচৈ গাড়ী মথক্তা হাপ্পগী অমদি চেক্কী ঈরাং লাংলিডৈ তিকেন বসতা কাখৎলক্লুনা চিত্রকারবু কৌ কৌহুনা থিরক্লে। মরুপকী খোঞ্জেল তাবদা মহাক ফমফমদগী হৌগৎহুনা মরুপপু কৌরকই,

—তিকেন, ঐ সোমদ লৈরে।

তিকেন মীরক থায়হুনা মরুপকী নাক্ত চঙশিল্লকই। মশা লৈতাদনা হাথু হাথু পাউদমলকই—

"গাড়ী থাখিরম্বহুদা মসি তান্না মিসকী গাড়ীদা গাড়ীশে তান্ন-রক্লিবনি। উচিন নাচিন্না নংগা উনবদি ফংলে । হায়না হায়না ফুরিৎখাউদগী চিঠি অমা লৌথোক্লুনা মঙোন্দা পীরকই। — শে, মিসনা পীরকপনি। ঐ কুমথখ্রগে। May God bless your journey !"

হায়হুনা সলামগীদমক য়েংকী মখুৎ তিংথোরকই।

তিকেন হরাওনা মহাক্কা খুৎ শোক্নরগা গাড়ীদগী কুমথক্লে। গাড়ী চংকদবগী ঈঞ্জিন ঙংবা হোৌখ্রে। স্কোয়ার ওইনা পিক্তুকনা থুপলবা "টু, এল, প্রিতম ( চিত্রকার )" হায়না থারিবা মিসকী চিঠিহুদা ঙাইহাক মুল্ল য়েংলগা মহাক্না খল্লকই—"চিঠি পীরক্লিবসিনা মাগী করম্বা তাৎনো··· ? ঐবু অসুক কুইবশে রাহুল্লগা !" 'প্রিতম চিঠি পাদনা মাগী কোটকী মতুং ফুরিংখাউদা হাপচিনম্লে। মহাক চেল্লিবা গাড়ীগী খোঙনাউদগী য়েংবদা উম্লিবা লম্বীগী নাকলগী [illegible]—অমাম্বা মিৎয়েং থমখ্রে।

থেক খোইরবা অঙম্বা চীং লম্বীদা যাত্রিক। মপুক থল্লা হাম্নবা, বস হিংচাবগুম ঙং ঙংলাহনা চেল্লি। খৃষ্টমাস ময়া ওইবনা চীংগী মীওই কয়ামুক কুপ্নে মনুংদা শীজিন্নবা শেলগীদমক পোং-চৈ থাক্লবগী, মক্তি-মরোল্ল লৈরুবগী বস মনুংগী ময়াইগী অহাংবা পরিং অত্থুদা কুক কুক ইল্লবমখৈ ফুম্না লেপ্লি। মখোয় মশা মশাগী তিকেট পায়দনা মরক ময়াগী লমগী গাড়ী তোংবা কাওবুনি। মখোয় থরনা মুংকাওদা, কাইমাইদা অমদি অতৈ অতৈ চীংমুংগী খুল মচা মচাশিংদা মচিং মচিং কুমহৌগনি। মী চিন্না গাড়ী তোংবগী হৌনবা বস মনুং পুম্নলাং লাংই। অত্থুবু সীট্টা ফমলিবী চীংমী নীঙোল অনীথক্কা মরোলদ মুংশিবা খোঞ্জেলদ হরাও মুংঙাইনা খৃষ্টমাস কেরোল লেপ্পনা শকপা হৌরকপদগী যাত্রিক পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। কলা অমমুং ঈশ্বরগী রাখলদ ঙাওজরিবা প্রিতমসু মবানিগী ঈশৈ তানা তানা চীংগী নিংথিরবা দৃশ্যবু মিং কুপ্পা শংদমখৈ য়েংজরি। মহাক্কী ফমফমসু বসকী থোঙনাউ মনাক্ত ওইবনা মপানগী অশং-অমান য়েংবদি মুংঙাইরে। মহাক অশং-অমান্দু অসুম য়েংবদা রাখলদ করিগুম্বা অমা ফাওরকই— মহৌশাগী ফজবনদি পুক্নিংবু লৈতাহল্লি, অত্থুগা বনাগুম্বা নুজাগী নিংথিবা শরুদি পুক্নিংবু ঙাওহন্দুনা মাঙহল্লি।

চীংনু-মানমুংসিদা লৈচিল মপৈ কয়ানা চীংদোন পরু পরু পাই-হুনা। উমং-রামং, চীংগী লোক, থেল অমদি চীংমাইদা যুম্ন লম্ন লম্ন তারিবা চীংগী খুল মচাশিংবু পেন্ন য়েংজরি। করিংস্বদা চীংলোনমুংদা পাক্কা-শন্না-কুংনা পাইরিবা লৈচিলনা লোক্তাক পাংকী ঈশিং ঈপাক-কুম উবসু য়াওই। অত্থুগা লৈচিলনা বুপ্তবা অরাংবা চীংদোনশিংনা থাঙ্গা অমদি কারাং চীংগুমনা উরি। অমুকসু জগা অমদনা তামলপনা উরিবা চীংশাং পরেংশিংগী চীংদোনশিংদা লম্ন লম্ন পরেং পরেং ওইরপ্পা হৌরিবা উপালশিংনা মমা লৈবাক কন্নবগীদমক নম্বো অমমমগা য়েক্লবগী তেঙ্গোল্লোমদা চঙশিল্লিবা মথৌনা ফবা লাম্নীশিংগুম উরি। করিগুম্বদনা চীংমাইদ চেম্বরক্লিবা লুরবা চীংজুম লাঈজগী ঈচেল মচা·· । অসিগুম্বা মহৌশাগী ফজবশিংবু য়েংনবগীদমক "Don't in hurry

enjoy the scenery" হায়না লম্বীগী নাকন্দা য়ুংলিবা স্তোন বোর্ডতা ময়েক লানা ইরি। "আঃ! নিংথিদ্দা ইমা, পোক্নফম লমজম, ঙ্গুংশিদা নংশে! থমজনবীরি নহাক্না ঐখোয়গীদমক উমং—রামংগী লন কয়া মা। খোইথুমনবা উহৈ কয়ানা নংগী খোমলাং অমৃত্ত ওই নচাশিং পুবপু ঈংহল্লি। চীংদা তাবা চীংমী ইচিন ইনাউশিংবুস্থ নহাক্না য়োকপিরি।"—অসুমনা প্রিতম মমা লৈবাবপু মপুক্লিংদা হুম্ন হুম্ন থাগৎচরকই। লোই-নাইদবা ঙ্গুংঙাই ঈথক্লা থম্মোইবু তঙৈং তঙৈংহন মায়থোং মকা লামহল্লি।

হৌজিক জিরিবামদগী কিলোমিটর ৫০ গী নকয়াদা ইম্ফাল তম্ন গাড়ী থৌজিল্লকুনা ঙ্গুংকাও খুলগী বজার য়ৌরক্লে। বজারসি য়েৌফা-ব্রিঙৈ, লম্বীগী য়েংথংবা নাকন্দ চীংমী লৈশাবী অমগী মংফমদা য়ুংলিবা এপিট্যাফকী মুঙদা হকলিবা ঈংরাজি রাহৈ পরেংশিংহুগী অর্থ কয়াদা নিংথিরিবা! কয়াদা থম্মোই শোক্লিবা! "ও! প্রভুগী ঙ্গুমিৎ ঙাই-বিয়ুকো, ঈংনা লৈতানা মংফমদা।" অসুম অসুম চীংগী নিংথিরবা খুল মচা কয়া, বজার মচা কয়া পন্দুনা, লান্দুনা লাকপনা ঙ্গুংবা বজারদা অয়ুক্কী পুং ১১—৩০ তারকপদা থুংলে। মফমসি য়ৌরবদা গাড়ী খামহুনা যাত্রিক পূম্নমক চাক—ঈশিং চা—থক্লরে।

ঙ্গুংবা বজার কমলা, অরাথবী, লফোই অমদি অতৈ চীংগী উহৈ মখল কয়া মরাং কাইনা য়োনবা উহৈগী বজারনি। অহুম ওইনমক ফি—রোল অমদি অতৈ পোৎ—চৈ য়োনবা ময়াং হুকান মশিং ফনা য়াম্না লৈ।

প্রিতম মৈতৈ হোতেল অমদা চংহুনা অয়ুক্কী চাকলেন চাক্লরগা হৈ য়োনফমলোমদ চুমদ্রিং চংলকই। লুপা ১০ গী কমলা অচৌবা ১২ তৌহুনা লৈরে। চেরং খাও অমা লৈহুনা কমলাশিংহু হাপ-চিল্লে। য়োংচাক মক্ল অতোংবা লুপা ২০ গী অমমমদা লুপা অমমম চিংহুনা মমাগী মনীং থুংনবা লৈবীরে। মসিদগী থোইদোকপা অতৈ লৈগে খনদ্রে। মখোয়না তোংলকপা বস খামফমদ চুমদ্রিং লাক্লনা মশাগী সীট্টা কমলরে। যাত্রিক অতৈ বসক্তা কাখৎনরমদ্রি। লৈবা রাবা অহোং—অচাউ লৈনশিনক্লি। মীরাম নমক্ত মাগী ফিভমহুম্না

কাতুক-কারন চংলা, থোইদোক্লা অহোং-অচাউ থিবা মহাক পামদে। মহাক ফমফম তিম্নল। অমসুং মাগী ফমফমগী মাঙ-তুংগী সীটশিংদা ফম্বা যাত্রিকশিংনা মসতা কাখৎলকত্রিঙৈ ঙসাইগী মিসকী চিঠিদু হাইফেং য়েংহৌগে নীংছনা কোট মনুং ফুরিংখাউদগী লৌথোকুনা পানমক্লা ফাঙ্জোকলে।

মিসকী চিঠিদু অসুম্না ইরমই—

**Dear Pritam,**

ঐগী চিঠি ফংবদা নহাক ঙক্লা থোক্লমগনি। কয়াদি কুইরে ইবানি চিঠি ইনখিদবা!

প্রিতম, ঐ ঙসিদি য়ামনা নিংঙমদে, ঙসাই স্কুলদসু অঙাংশিংগী পারা তাক্লনা নহাক্কী রাখলদা লুপখি। যুমদা হল্লকলগসু ঐগী লাইব্রিক পাফম কাগী তেবলদ থেন্দুনা থমলিবা নংগী গমলা লৈ অনীদো য়েংলগা নংবু নিংশিং, মায় অসিনা তেবলদ উপশিন হিক হিক, কনা খঙহন্দ, কপচখি। 'সিদ নত্তনা ঙসিগী অহিংসু ঈশৈ মফমদ শঙ্গোই মচিদ ফম, জমুনাগা নহাক্কী ঈশৈ তামিন্নরগা হিক হিক খোন থোক্ল কপলুরে। ঐ ঈকাইবদগী যুমদ নহাক্কী অহানবা ঈশৈ লোইরকপগী ময়াম লাংনরিঙৈ জমুনাদ চংলগে তাক্লমগা ইতোমতা যুম য়ৌনবা চেল্ল-কলে। যুমদসু নহাক্কী অনীসুবগী ঈশৈ তানা তানা কপ্পা য়াবা মখৈ কপলে। মতুংদ অথেংবা অহিংদ নঙোন্দ পীনবা চিঠি অসি ইখিবনি।

প্রিতম, করিম্মুংগী নহাক্কা শক খঙনরুবা। ঐনা নংবু কাউ-থোকপদি ঙমলোই; পুন্সিসিনা লৈরিমখৈদি নংবু কাউনি থাজল্লে। থম্মোইসিদা নহাক্কী মফম অচুম্মক লৈরগনি। অতুবু থোদোক মচা অমথক্কীদমক নহাক্কা ঐবু অচুক লান্ন লোবীরিবা। ঐগা গাড়ীদা চংমিন্নখিবা নুপাদো অতৈ কনাসু মত্তে—ঈতৈনি। মমিংনা আনন্দ কৌই, কছাড় লক্ষিপুড়দগীনি। ইমাগী মবুং অহলগী মচানুপানি। রাফমসি ভিকেন্দসু হান্নখঙহনরবনি। মাদি ঈতৈ আনন্দবু হান্নসু শক খঙই।

অঙকপনি!" কৃষ্ণ জন্ম সুমিত্তো ঐদি নহাক্কা কোইবা চংমিন্ননি অচুম লৈজবনি। অতুবু ঈতৈত্তু ঐ উননি হেক লাকশিন্নে। মহাক

লাকলমত্রবদি ঐথোয়নি কোইবা চংশিন্নরমগনি, অহুমদু শাউনরম্‌ লোইকো!

ঐ নঙোন্দ শাউনীংবা থরদগী মতম থরদি নত্তু লৈবক্রে। মসি গীদমক নহাক ঐবু থরা য়াগেদৌই, নত্রা? মসিমদি ঐগী ইরাদনি। অদুবু ঐনা পেন্দবা অমতংদি ঙসাই অয়ুক নহাক্না, "মিস, ঐবু জিরিন্নগী চংহনগদৌরিবসি নহাক্কনিকো" হায়রম্লগা অহুক থুনা হয়েংমক য়ুমদ চংনগী থৌরাং লোইশিল্লমলিবসিনি। তিকেন্না নহাক হয়েংমক ইম্ফাল চংনবা থৌরাং তৌরে তাম্লবদা ঐ কয়াম নুংঙাইতে। নহাক্না অসুম্না লান্না থল্লগা চংখিগদবসিদনি ঐনা নুংঙাইহৌদ্রিবা। করে, পুম্নমক মতমগী মতুং ইন্ননি। অদুবু য়ুম য়োরগা নুংশিরবা ইমা, ইচিন-ইনাউ অমদি ইমান্নবা ময়াম উনরগা ঐখোয়গী করিস্থ লৈতবা জিরি অমদি নহাক্কী মিসপুদি কাউথোকপিগনু।

লোইশিল্লকপসিদা নিংশিংজনীংবা অমতংদি, New Year Day য়াওবা নংনবা জিরিদা লাকপীযুকো।

O. K. Have a nice journey.

নহাক্কী—
মিস সরোজা

প্রিতম মিসকী চিঠি পাকবদগী ময়ুম থোক্তনা জিন্নিদা তন্না অমুক হন্নীংলে। হৌজিক্কি মাগী নুংঙাইত্তবা, য়ারোবা পুম্নমক কোক্রে। মিসপু উননীংলকই। অদুবু থাংদোরক্রবা থোংথাংদি লমথুংফম্নদা চংপা ঙাবনি। পুম্নমকশে মহাক্না মকম মরাং খঙদনা শাউরুবদগী থোকখিবনি থক্লুবদা নিংঙমলক্রে। মিসপু মহাক্না কয়াদা য়াহল্লবা! মহাক্কি লাঞ্জদবীনি থক্লুবদা খুদক্তা মিসকা উনরগা পুম্নমক চমথোক্লনীংই। কমদৌনি! ল্যাইবক্তদি মুমিং থরদ্রি তামনৌ তমগ্রে।

বসকী সীটশিংদা কম গাড়ী তোংলকপা য়াত্রিকশিং মরী মরী বসতা কাখৎনরক্তুনা মশা মশাগী হান্নগী ফমফমদ ফমলক্রে। ড্রাই- ভরনা গাড়ী ষ্টার্ট তৌরগা মী চিংখ-নাহ্বা য়াহৎলকুবা অনী অহমলক

শাংনা শাংনা হৌনা হোরোন থোংলক্লে। মিনিট ২/৩ গী মতুংদদি তোংগদবা যাত্রিক মশিং গুরত্থুনা গাড়ী অমুক থোরে।

পুরি খোঙজেল য়াংনা চেল্লিবা বসনা চিত্রকারবু কোর্টকী বিচার-পতিনা মীয়াৎ মতম পীগ্রবা ফাদোকপু পুলিসশিংনা ঙাক শেল্লবা গাড়ীদ জেলদ পুবগুম, মুংশিবদ কারন তাক্লবগী তামলবা মযুমত্থুদা মুংশি মৈচাক থাঙনবা। অত্থুগা "New Year Day য়াওবা নংনবা জিরিদা লাকপীযুকো" হায়বা মিসকী রাহৈ খবসিনা মাগী থম্মোইবু অচৌবা ঈথক্লা সমুদ্রগী ঈশিং ওৎখাইবগুম ওৎলক্লে। মহাক হৌজিক্কি অশং-অম্নানগী ফজবা য়েংবদ পুক্লিং চঙখিদ্রে। রাখলদা ঈরাকনগ্রে।

—(0)-

# ২০

মিস অযুক অঙনবদ মাগী গাড়ীমচাদা তিকেনহোয়দা চৎতুনা মাবু চিত্রকারদা চিঠি পীহল্লুরগা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক মাগী কাদ তেবল থক্ত থেল্লিবা প্রিতমগী অহানবা [illegible] চাগী লৈ গমলা অনীহু মুম য়েংলহুনা চৌক্রিদ ঙাইহাক ফমলে। খল্লু-খল্লু, নিংশিংলু-নিংশিংলু মথবাই মুংঙাইরক্ত ফমুংদ চঙহুনা অমুক হিপলরে। মতমসিদা মিসকী মমা মপা শুমাঙদা চৌক্রি অমমমদা ফম মৈযুদা মৈ তিকুনা বারী বাতাই শানরি।

জমুনা মিসপু উনবা লাকই। মিসকী মমা সনারৈনা মহাক উবদা হরাও হরাও কৌরকই,

—ইবেম্মা নং লাক্লিব্রা? ঐখোয় সরে'জা উনদোই নত্রো?

—হোই, ইমা। মহাকপু লৈব্রা····· ?

সনারৈ মচাম্নুপীগী কারোমদা মমায় ওন্লিন্নগা—"মাবু তুম্বদি হৌগৎপ্রবনি, মশক্কা উদে" হায়রহুনা কৌরকই,

—ইবেম্মা, সরোজা·····।

ঙসাইমথৈ বাখলনা উংহুনা হিপলম্বা মিস মমানা কৌরকপা খোঞ্জেল তাবদা গ্যান খংলাক লাকই।

—"ইমা ঐ সিদা লৈ-এ" হায়হুনা মিস ফমুংদগী হৌগৎলি।

"মাগী কাদা লৈমাক্লে, চঙলগা উনক্রো, ইবেম্মা" হায়না মিসকী মপা জিবন্না জমুনাদা ওন্লিন্দুনা হায়রকই।

"হোই, পাবু" হায়রগদা জমুনা মিককী কায়েমদা লাক্লে। মহাক্না চওাকপা মিদ ফমুংদা কৈপাক্ত মহোও হাম্ব কমলহই। মহাক উবদা ঈকাইবগী মওং তৌই।

"তুমলুরিবা তৌরিহ্বু ?" জমুনানা হংলকই।

"তুমলুরেদা……" মিসনা মমায়দা মখুং মামনা ছাইকেং নাল্লগা খুমলকই।

জমুনা মাগী ফমুংদা মনাক নক্লা ফমথরকই। মহাক মওোন্দ খুম য়েংলকই। মাগী মতৌপিদা মিস মপুক্লিংগী কিভম থওর্থিবা তারে খল্লহুনা হোৌগৎনবা তৌরকই।

—ঐ চা মৈ থাগৎলুবিগে, নং ওাইহাক কমলালু।

—"ফমলমগে, অদো ওাইহাক্তগা ওাইথোকবা অমতা হঞ্জেথিগে।" মওোন্দা মিহমক থমনহুনা জমুনীনা হায়রকই।

জমুনাগী মতৌসে হুরানববু মপুনা কারগা য়া হংবগুম মিসকী মকমদা থোকগ্রে। মহাক মমায় ওাংশিল্লকই, মশা নিকলহ্রে……। অঙুবু মহাক খোজেল পিল্লা হায়রকই,

—হংউ, ঐওোন্দগী করি থওনীংবগে…?

—নংবু ওরাং প্রিতঅগী ঈশৈ তারগা ঈশৈ লোইদনা য়ুমদা…।

—"হুম! মহাক্না ঐগা…।" পুম্নমক জমুনা থজ্জমলগানি থক ইথক থক্কংনা মিসনা লকক, খুমলকই।

—"নংগা মাগা কৈদৌরবা—?" মাগী মতৌদা ওল্লহুনা জমুনা অশেংবহু থওনবা হৌকশিল্লকই।

—শাউনখিবদগী……লাপনখিহুনা……

পুলিসকী ক্রিমিন্যাল ইন্ভেগেস্‌নদা চৈ অমুক্তা থারকনি কিরবা ক্রিমিন্যালহুনা রাখল ইথন খন্দনা অশেংবা মানা তৌরু তৌরুবহু দোং দোং হায়দোরকপগুম মিসহ্ তৌরক্লে।

—"শৎ…হেক হায়রক্লোশে …" অশেংবহু থওদোকুবা মহাক্না শাউশিন্নরকই।

মিস মহাক্কা মতোইনা ইহরিজিন্দকপক্ছদসি খাখল-বুদ্ধি চক্কনরক্রে। মশা পুম্নমু মমাং কারে। অঙাং মচাগী মতোওম্না মমাইরক্ত কারিবা হুমাংহু য়েংকী থুংশানা নাল্লহুনা মহাক লংলা-লংজিন কাওথোরক্রে।

—মা ঐগী মুংশি মরীদ .....

—"হা-। নংগা মহাক্কা মুংশিনবা! — ঐঙোন্দনা ওহাম মখে থুপচানবা, খওহন্দবা, হিংচাবী!" মিসকী মনঙ্গলদা মথুংনা মুরহুনা মহাক্কা তহানা হায়রকই।

মাইহৌ লোক্লবা মতুংদা ঈন্থমবনা মিকপওম পুম্নমক ফোওদোক-খিবগী কিবনা নিক্লহুনা মিসনা পাওমেঞ্জরকই।

—রাফমসে কনাদমু খওহন্দবনি, কনাদা ফোওদোকপীগনুকো, জমুনা। ঐ মাবু অমুক্কী মভিক মুংশিল্লরে···।

—"ও! ও! মোম্ন শেঙ্গাও লাকপী। য়ামনবু শিংইনে, মীমাঙ-দনা নচিন-নৌপরাদোনা — ইবুংঙো, ইবুংঙো অমমু ইচে, ইচে।" মসি হায়রগা জমুনা থিক থিক নোকথোরকই।

নোকপমখৈ নোক্লগা মিপাইবনা তাইফেৎ তাইরবী সরোজাগী মায়থোংদা য়েংলহুনা মহাক্লা হায়রকই—

"ফোওদোকপীরোই, পাখৎ চাউবী, কনাদমু। চা মৈ থাগৎলু-নেদ্রাই, থাগৎলুরো। অহুগা কৈদোবগী শাউনরিবনো—মহুমু অমুক্ত খওহল্লু।"

মিস জমুনাগী মমাঙদা ঈকাইরনা চঙশি শিরে। কনা শিংবীনি, করম্না পঙথরুরিবা! ওসিদি জমুনানা মঙোন্দকী শিংবা হেন্দোকখ্রে! মহাকী রাহে থরদা মাদি পুম্নমক হায়দোকপ্রেদনা—।

# ২১

প্রিতমনা জিরিদগী সুমিদাংরাইরম ময়ুমদ থুংলবদা মমাগা মচল-মুপীগনা কয়াদা হরাওজরিবা। ইমুংতুমা পুমলাং লাংই, পুমনিল নিল্লি। মখোয় মতৌদা মহাক্তি মায়থোংদা মুংঙাইবগী মওং উৎশিন্নরগা থম্মোই-দদি রাজরি—“ঐবু কৈদৌউঙে জিরিদা অমুক হনগবা।”

মমানা মহাক্না পুরকপা মরু তোংবা য়োংচাকশিংতু মখুৎনা পায়তুনা য়েংলগা হংলকই—

“য়োংচাকসিদি মরু ফজনা তোংলেদনা! চীংগীরা জিরিগীরা, ইবুংঙো?”

—“চৈংগীনি ইমা, মুংবাদগী লৈরকপনি কমল্লাতুগা। ঐ গাড়ী লমশাং তোংলকপগী কোকশে ঙাওফিং ঙ’ওফিং তৌই, হিপল্লুবগে।” হায়তুনা মহাক মাগী কাদা চঙল্লে।

মমাসু “হোই, হোই, হিপল্লুরো; চাক লোইরগা হৌদোরক্কে” হায়হৌই।

মহাক মাগী তুমফমগা শাইরিক পাকমগা পুনবা কাতুদা চঙতুনা মফি-মরোল হোংদোক্লে। মফি হোংবা লোইবগা ফমুংদা কাখৎতুনা হিপলে। মমাগা মচলগম্ম মথৌ মথৌ তৌনখ্রে। মাগী কাতু চিক্লে। অদুবু রাখলদি চিক্তি। রারবা মৈশা লাংলবা থম্মোইবু মৈশা হেলহল্লি।

মচলনুপীনা মুমিদাংগী চানবা থোং-থাকপা লোইরদুনা প্রিতমবু চাক চানবা হৌদোকপা চওলকই। মবুংগী কাগী বলবকী স্বইটচ থাগৎ-তুনা মৈ ঙালহল্লবা তুংদা তম্ফানা মবুংগী মশা নোমদুনা হৌদোরকই,

—তাতোন ··তাতোমচা চাক চারশে···চাক থিরে···· হৌগৎলো—।

ফিরুক খুমজিন্নগা তুম্বা শা রাখল্লনা উংলিবা প্রিতম খংপ্রেক খংনা ফমুংদগী চোংখৎলকই।

মবুংগী মতৌদা মচলনুপীনা মুংশা থিজরি। মঙোন্দ মুন্না য়েংল-দুনা হংলকই—।

"কৈদৌরে, তাতোমচা; খংলিদুবো—?"

"কৈমু হৌদেদা, ইবেম্মা। লাক্লগে চৎলম্মো" হায়দুনা মচল-নুপীবু থাদোকখ্রে। অদুগা মহাকমু মফি-মরোল শেমজিল্লগা চাকশঙদা পন্দনা চওলক্লে।

চাক-চা কান্দা ফমদুনা মচলনুপীনা নিংথিনা শিল-লাংলবা চাক-য়েঙ্খাংদো চাবা হৌরে। য়েঙ্খাংদি মহাক্না নৈরকপা য়োংচাক্‌ ইরোন-বনি। কয়াদি হাওরে চাক-য়েঙ্খাং! মমাগা মচলগনা থোংবা মমুৎ তাবা চাক য়েঙ্খাং চাবা ফংলক্তবমু কয়া কুইরবা! আদদি মথন্ত মহাও মথুম য়াওদ হিংত্রোং-কাইত্রোংদা চাবা-থকপনি।

মমানা মহাক্না খোইদাজবা য়োংচাক মরু অতোংবদু তেঙ্গোতগী অমা লৌখৎতুনা চিক্লুনা চারগা হায়রকই—

"উম! থুমনা হাওই; নং অতোন্না পুরকপা য়োংচাক মরুসিদি।"

—"স্বর মনম মুংশিনবা য়াম চাশিল্লু, ইমা" মচলনা শাউরংনবা হায়রকই।

অসিগুম্বা ইমুংগী রারী রাতাইশে মহাক্না তারক্লবা কয়া কুইরবা! মিসকী মুংশি রাখলতবু থনবদা মুমদা মাপ্পীদমক রাজবী মমাগা মচল্গনা নৈরহৌরি কাউকই।

মচলনুপী মমাগা মহাকাগী অরাৎ-অপা হংলম্বা মতুংদা মাপী চাক য়েঙ্খাং হাপ্প পুখম তেঙ্গৎতু মমাগী মনাক্তা থাংলোক্লগা চাবা হৌগ্রে।

—"নচেহোয়দি কমদৌহোই, ইকুঙো?" চাক চারিবা মমানা হংলকই।

—"অনা-অয়েক কম্মিমত্তা য়াঙহোদে, ইমা" মাত্র খুমই।

—"তাঙোন, ঐস্তু জিরিদ অমুক্তা চংকে।" মচলনা হৌদোরকই।

—"মথং খোকলকপাদা, নঙগী পরিক্ষা লোইরগা, পুবীগে" চাক চখোম অমা তুক্লুনা চারবা মতুংদা মহাক্না খুমই।

প্রিতম চাবা-থকপা লোইশিনদুনা মপান্দা খুৎ-শা অমসুং চীন শেংদোকলুরে। মতুংদা যুঙ্গা-য়োংশবী থক্কগী খোঙহাম ঈশিং পাত্রত্তু থাংথদুনা খুদেঙদা ঈশিং অশাবা হৈদুনা মখোঙ-মখুৎ হান্নবা টাউরেল অমনা মমায়-মমিং হান্না তাবা হৌরকই।

মমাক্সু চাক চাবা তোক্লুনা ফুঙ্গাদা ফান অমদা কম মৈ তিক্করে। মমানা মহাক্কী থবক-ইশ্বাংগী মরমদা ৱাৱী শাবা হৌরকই—

"নংগী লাই য়েকপগী থবক্লুনা আদা কয়া কুইনা তৌখিদৌরিবা? নয়াম্বনদি আদা অরেম্বদা লৈ, সিদা লৈরগা সবকারগী থবক-ইশ্বাং থিদে ঙাওবনিদে। নয়াম্বত্তু অথাপ্পদা থবক পোত্তিং তাবনিনা থবক মফম কার্টরদা যুম অমা পান লৈরেদে।"

প্রিতম। মমানা ঙাওবহে মুন্না তারগা, মখোঙ হান্না হায়া খুমলকই—

—"চহি ২ দংদি আদা লৈখিগে। লুপা লিশিং অনীত্তু য়াওরকপনি, ইমা।"

—"হোই, হোই" মমানা ভোম্না খুমলকই।

মচলনত্তু চাক তোক্লুনা মথৌ লোইশিনলগা ফুঙ্গাদা মৈ তিক্কবগী ফমলরে। অদুবু মহাক্না ফমথবগা প্রিতমনা মপান্দা খোঙজুন হৈদোক-লুনবা থোদাবীবে।

—"নচল অহানবী পরিক্ষাত্তু লমতা ক্লাউশঙ মমাঙদা ওইরমারে। নিংথিনা ওমলবদি নয়াম্বনা লাইবৃরিক মথানদি এস, ও, ওইনা মখোয়গী তাকয়েলগী কবিনএশগে—ঐদি হায়রবত্তু থোক্তে—মদুদা তমহুমলি হায়রি।" মমানা মচলনুপীগী মক্তে অহানবী মত্তাদা হৌদোরকপনি।

**মমী তমজগা য়েক্লীং—৮০**

ময়াম্বনা ঈঞ্জিন্যারনিনা টেক্নিকেল লাইনলোমদা মজলবু মহৈ তমহন্নীংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লিবনি প্রিতমনা খল্লি। করে, ময়াম্বনা মচস তোম্বীবু মহাক্না অপাম্বা মায়কৈদা পুন্নসনু। মাগীদি মশানা পামজবগী কলাদা মপূন্সি কথোক্লগে লেপপ্রে। ময়াম্বদি কলা-বিদ্যাবু কয়া পামদবা বিজ্ঞানগী হিরমদত্তা লুপচবা মীশক্নি। অতুমক্না মতম অমদা মাবু লাই য়েকপা তমহন্দুনা, ঈশৈ ঔন্নাইহন্দুনা মতম মাঙহল্লি, ওইগদবা মহৈনা লাইথোকহল্লি হায়না মমাদা ঙাঙখ্রিবনি। মচে নন্দিনা চৎলিবা ধর্ম্ম নিতিগসি ময়াম্বনদি ওন্থোকপা ফিভম অমদা খল্লি। অদুবু ময়াম্বা নিলমনি অফবা মীনি। মখোয় পূম্নমকপু শেম্বী শাবীবগী থবক ঙসি ফাওবদা মহাক্কী মথৌদাং ওইহনা লাক্লিবনি। নত্রবদি কদাইদগী মমাগী উরিক খেৎপগী শিনফমনা হৌজিক মখোয়বু নিংথিনা শেম্বা ঙম্বা হৌনদে। অদুবু মসিমকসু অয়ানবনি। মতম অমদদি নহা ওইনা লুপ্রা ওইহৌরবী, সুপী য়ুম্বাল ওইরবসু মপানা থম্মবা লন খরনা মতেং ওই, ময়াম্ববু মপান লৈবাক্ত ঈঞ্জিন্যারিং কোর্স উরিক খেৎপগী শিন-ফমতনা লোইশিলহনবা ঙমখিবদা লৈকাইনা ঙক্লখ্রিবনি। অদুগী মথক্তসু মচে নন্দিনিবুসু কলেজ তমহল্লিবা। মহাকসু মতমদুদা হায়-স্কুল তমলিবা। মচেনা অশং অশংবা মতমদা মমাগী থবক্তা মতেং খরদি পাংখি। পুকচেল চাওবী, মচা সুংশি খঙবী অদুগা তাইবং-পান্নবু তৌনবা থবক ওইরবদি মচা অমগী অনীংবদা অয়েৎপা পীদবা গুণ কয়ানা লৈতেংলবী মমানি।

মমানা মৈ য়াইনা য়াইনা প্রিতমদা হ্নাকম অমথক হৌদোরকই—

"ইবুংঙো নং লাকপা য়াম্না ফরে। ঐসু নংনা য়ুমদা লৈরিঙৈ মঙানি তরানিদং এলাং লৈকাইগী নমাবোকখোয়দা লৈরুগে। নমা-বোক্তো কুমশিদি য়াম্না শোল্লে-এ-। মতম খরদং ইমা-ইপানা থম্বী-রম্বা ইচিন-ইনাও চামিন-থকমিন্ন, বারী-বাতাই শানা লেনমিন্নসি মখোয়দা লাক্নুনা সুমিং খরনিদং লৈরুলাও হায়না মীঙোম্বা পাও মনম মনম চেন্নকপদা মশিং কঙত্রবনি। ইচেন্দো ঐবু হায়রেম্নি—। কল্লি-ঙৈদদি ঐগীদা চহি খুদিংগী খা অমতা কাংদনা লাক্চন্নবনি।"

মমাগী ৰাফমসিদা মচলতোম্বীসু ৰাপাংলকই,

—হোয়নে, ইমাবোক্তো হাকুমফাওবদা ঐখোযসিদা তোইনা লাক-তুনা মরক মরক্ত নোংমা নিনিসু লৈবীববনি। ইমা, তাতোমচাসু লাক্লবু, লৈবীরুচো কৈনো মুমিং খৰুনিদি। ঐসু পরিক্ষা লোইরগা মুমিং ৪/৫ নিদি ইমাবোকহোযদা মাগী শেবা তৌনবা লৈবীরুগে।"

শানরিবা ৰাফমসি প্রিতমগী মফমদদি অৰাবগী পোৎলুম হান্নগী পুঙমদনা লৈরবদুগী মথক্তা হাপচিনবীরকপনি। অহুবু য়াদবদি য়ারোই—মীওইবদি ইশাগী অনীংবা-অপাম্বতা মচৎনদে হিংমিন্নরিবসি। ইমুং-মনুং, সমাজগী, লৈপাক্কী, মালেমগী হায়বা ৰা লৈরি।

প্রিতম মমাগী ৰাফমহু য়াদবা য়াদবনা য়াখ্রে।

—(0)—

# ২২

প্রিতম য়ুমদা লৈরকপা চয়োল অমা কারে। মমানা মমাবোক্সী মনাক্তা চংখিবস্থ ঙসিগা ৬ নি ওরে। হয়েংদি ৱাকচিংগী পূনিমানি ণ মমা হাংচিংকাদি য়ুমদা হল্লক্লনি। মহাক মমানা য়ুমদা হল্লকপা অত্তম ঙাইরহুনা ৱানা লেল্লি। ঙসাহি নুংথিলদি মচলনা "ইরোইশেম্বগী শায়োকশঙ য়েংনীংই, চংলুসি" হায়হুনা ঙংবদগী ময়াম্বগী বজাঙ্গ তোংহুনা য়েংমিন্নরুরে। হৌজিক য়াচঙবা মতুংদা মচলনা চাকশঙদা চাক মথন্তা থোংবা বিজৈ হায়হুনা মাবু শঙবা ওইনা ফুঙ্গাদা মৈ তিক্লুনা ৱারী-ৱাতাই শানা হৌখ্রে। অহুবু চাক তোক্লবা মতুংদদি মচলন্নুপীনা পরিক্ষাগী লাইরিক পাখ্রে। মহাকস্থ মচলগী লাইরিক পাফম কাগা থংনবা মাগী কাদা চঙলক্লে। মমাঙগী অহিংশিংদি লৈকাইগী মমান্নবা থোইবা, ওজিংহোয় মুমিদাংগী চাকলেন চারবা মতুংদা মখোয়দা হেক হেক কোইথেরকপনি। ঙসিদি মখোয়স্থ কোই-রক্তে। মহাক তূমবস্থ তূমনীংদ্রি। চৌক্রিদা তুমিন ফমহুনা জিরিদা তাম্মা লৈহৌরবী মিসপু নিংশিংবা হৌরকই। নিংশিংবসিদা New Year Day য়াওবা নংনবা জিরিদা লাকপীয়ুকো হায়বা মিসকী চিঠিগী অরোইবা মরোলদো খন্দবা হেক ঙমলক্তে। অহুবু অনৌবা চহি হৌবা মুমিত্তি ঙহান ওইখ্রবনি। মসিনা জিরিদা চংনীংবনা খ্রো খ্রো খোংলি।

কনাগুম্বা অমনা মখোঙ মখুং পুনশিল্লগা থম্বিবহু ঙাই। লেনফম খঙলক্তহুনা মিসকী চিঠি ডাইরিদগী লৌথোক্লুনা অমুক পায়। অহানবা পাবা লোইবগা অমুকস্থ ওন পারে, হন্ন অমুকস্থ নোংলে। নেভি কট মচৈ অমা চিংহুনা মিসকী শক্তমবু নিংশিং অমুক ফমই।

কান্নরয়োই মিসকী নিংথিবী শক্তমদো অমতং য়েক্লপে নীংদুনা পেল্লিল পায়খৎলে। তেবলথক্ত অঙৌবা চেবাংদা মিসকী শক্তম য়েক-লক্লে। য়েকপা লোইরবদা মচুস্থ থাদবা, পেল্লিলনা হাইফেত্তং য়েকপা শক্তমদো চাগদবগুম য়েংজে। মসিনা বাথল লৈতাকম খঙলক্তদুনা কাদগী মাঙ্গোলদা থোকলকই। মপান্দদি ঈংবনা মতৌ অমনি। উন-গুম ঈংবা নামিবা মুংশিংনা উন্না-বানা মরক্তা বাই-বাই শিংলি। নোংদোন্দা পাইরিবা অঙৌবা লৈচিল মপৈশিংবুস্থ মালংবনা কোইচাই চাইথাই শান্নরি। লৈচিলনা খুমজিল্লস্থা থাজনা লৈচিলনা হাইদোক-খিজা মোম্মোল লোক্ক থোক্কলকই। থরান কম্মানা তনিক তনিক ঙাল্লি। মহাক মাঙ্গোলদা কনদুনা থাজবু মমিং কুপ্তনা য়েংজরি। থাজ মহাক্না নোংচুপ মায়কৈ পাংনা অনুম অহাংবা তরুঙ লম্বীদা চৎলিবদু উরগা মুংশি বাথলনা বাখল ইচোই চোইরদুনা চোইরোল লোন্নকই—"হে, থাজ, নংনা চৎলিবদু নোংচুপলোমদা নত্রা? ঐগী মিসস্থ নোংচুপ-লোমদা লৈবনি। নহাক ঐগী মিসপু য়েংবা চৎলিব্রা? অত্তুবু ফম-লক্তাব্রে মাবু, থাজ মহাকপু য়েং, ঐদোনা মাঙ্কোল দাগীদা অহিং-সিদা—মুংশি মৈশা লাংবনা অচিকপদা থাবল ঈপোম লাংনবা—তামনখিবনা উমাক্তরদা—অহিং অশে তুম্বা য়াদ্রনা।"

—(0)—

# ২৩

নোং ভাল্লবদা মচল তম্ফানা মাগী কাদা রাই শিংপা চংলকই। মহাক্কি খঙবা নত্তে। অহিং থেংনা তুমথখিবনা ফমুংদা লেঙদনা য়ত্তারি। মহাক্কী তেবল মথক্ত মিসকী চিঠি অতুগা মহাক্কা য়েকলম্বা মিসকী শক্তম তারি। মচলনা অনীমক উরতুনা অহানবদা অয়েকপা শক্তমত্থু য়েংলগা চিঠিত্থু লৌখৎতুনা অমুক পারে। চিঠিত্থু য়েংবা হৌরক-পদা মহাক্কা হরাওনা 'হায়রকই—

"সিদি ইনম্মনা তাতোনদা পীরকপা চিঠিনি! ' খুৎ-ইস্থু য়াম্না ফজে-এ! লাইরিক হৈরমগনি! লোইনতুম পাখিগে—।"

তম্ফানা চিঠিত্থু ঙাইহাক্তদা প্রপ প্রপ পাবা লোইথোক্লে। চিঠি পাবা লোইরবদা মহাক্কা নুংঙাইতনা হায়রকই— "তাতে নশে ইনম্মগা শাউনরগা থোরক্লিমাগ্রে! ইনম্মনা কৈস্থুদি কায়জদনা মহাক্কা শাউ-জল্লুরিবা!"

প্রিতম মিৎকপ থোকলকপদা মচলনা শোনবোই লাকপোই ঙাঙ-লিবা ময়ামত্থু হাইফেৎ তারতুনা মহাক মমিৎ মনা খঙশিং শিংলে। তেবললোমদা মশা চেপথোক্তুনা হাইফেৎ য়েংথোকলকপদা মচলনা মিসকী চিঠিত্থু পায়রম্বত্থুদা মহাক কোকচাউবী কাপ্রে!

—"অস! করিনো ঐনা ঙরাং নুমিদাং তৌরমলিবসিদি!" হায়না শোন্দুনা মহাক হোগৎলকই।

মহাক্কা হোগৎলকপা উবদা মচলনা মঙোন্দা ওনশিল্লগা নোকমি নোকমি হায়রকই।

—তাতোনশে ইনম্মগা শাউনরগা খোরক্লিমাল্লে ····· ।

—"হায়! নংনা চিঠিহু পারুরব্রা?" মচলগী বা তাবদা, মহাক্না ঙিংনা পাখৎনা হংলকই।

অত্তবু মচলনা মাগী পাউথুমদি পীদনা হংলকই—

"ইনম্মগী ফোতো ব্লাওরকপা নত্রো। তাতোন? কদাই লৈগে? অত্তুসু অমঙ্ক্না য়েংগেন······।"

—"হায়! চিঠিহু পীরকউ।" পাউথুম পীদনা প্রিতমনা লাউ-হংলকই।

মচলনা কপ্লিসু নাচুংবীদনা ইতপ তপ্পা চিঠিহু মঙোন্দ পীরহুনা নোকমি নোকমি হায়রকই—"ফোতো পীরকও, ইনম্মগী মশক য়েংগে—।"

কানররোই লুনা চান্না তৌজবী মচলবু চৈহৎলুদনা। খঙহন্দবসু য়াররোই; তকশিনবা হেক্লিল্লকত্রিঙৈ অশেংবহুম হায়দোকখিবা ফল্লে খল্লহুনা মহাক্না হায়রকই,

—ফোতোদি অমতা পুবক্লে। মাগী শক্তমনি চেদা য়েক্লিবহু—।

"ও। ও!" হাযহুনা তম্ফানা মবুংনা চেদা য়েকপা শক্তম তেবল মথক্তা লৈরিবহুদা অমুঙ্কা হন্ন মুন্না য়েংই।

"মমিংদি তাতোমচা ···· ?" মচলনা মমিং হংলকই।

—মমিংলো ·· , য়াম্না ফজে ; সুংসু নুংশি ·· ; মশকসু চানৈ ···· ।

—"কোক্তি হায়দনা স্নুম কোখরদনি তাতোমচাসিমা!" খঙ-নীংবনা ঙাইঙমদ্রবী মচলনা তকলকই।

মহাক কুইনা লোৎশিনবা ঙমদ্রে মিসকী মমিংদো। নোক্ল নোক্ল ঙাঙ মিসকী মমিং হায়দোরকই—

—"হায়রগে, হায়রগে, ইচলগী মনম্মা শকহেনবীগী মমিং—সরোজা।"

—অস! মমিং ফাওবদি! লাইরিক্তি হৈত্রা তাতোমচা?

—হৈ। বি, এ, নি। জুন্যার হায়স্কুলগী ওজানি।

প্রিতম হরাও তয়াম্লবী মচলগী মায়থোং উরগা থম্মোই পেল্লে।

অহুবু মচলগী 'হৱাও 'তৱমবী ' ময়খোং ''মিংকুপ" করমংগী মতুংদা লাংশিন্ন'রাখর্ল মুংজমিঞ্রে। মচলমা মথৱাই মুংজাইতনা মঙোন্দ'হায়রকই—

"তাতোমচা, নহাক্তি ইনম্মগা থাক য়াম্না খেঙ্গেবো!' নোংঙ্গদি. মহাক্লা তাতোমচাবু"কাওথোকপীরমগনি।"

"ছুম! ছুম। মহাক্তি 'ঐবু য়াম্না'মীংজবনি—" হায়মা 'হায়না প্রিতমনা মিসকী চিটিদু নিংথিনা থুপচিল্লগা মাগী মোন 'মথাদা থম" জিল্লি।

—ফরেনে, তাতোমচাগা মাগা থু'নবা ওইশনু। অদো কৈদৌ ঙৈনো ইনম্মগী অনৌবা চহিগী খুদোলপোৎনে গ্রীতিং কার্ডনে লৈরুসি। থবক তৌবীনিনা শাড়ী ফুল ফজবা অমতংসু যাওখিসি।

প্রিতম মশা শেংদোক্লবা ফমুংদগী কুমথরে, অদুগা টুথ ব্রশদা হিদাক হাপতুনা মপান থোকলক্লে। মচলসু ৱাই শিৎহোয়ে।

—(0)-

## ২৪

জিরিরোমদনি। খায়না মৈচাক্লা চাক্লবী মিসনা করি তৌরি ·? করম লেল্লি····? মিস স্কুল অকা-অকুম অনীমক্তা চিত্রকারগী শণ্ডতু খোঙ হাংলত্রা মপা য়ৌরকপা খু'দিং হেক হেক য়েংলমই। অতুবু অরেম্বনি, থম্মোই কায়নবা তারে। থিংজিন্দুনতা লৈরবা খোঙতু উরগা নিতিগী মাযখোং শুক্রথে। নোংমা নোংমা হৌখি মতমদি। মিপাই চাওবী মপোক ওইবনা মহাক চাননা জিরিদ লাল্লরোইদ্র খন রাজৈ। মাতগী খনবদা অস্থুক কুইবা মতমশে চারম-থক্রম খংনা চারক্লে, রাখলনা তুমশিং ফানা নোংমতা তুমলক্লে। মহোৌশাদগী মশা ময়েং তারে। মহৌশাগা শকফম খেন্নরকপতুদা মমানা নুংশা থিজরকই।

—"ইবেম্মা, নংবু নশা নুংঙাইতত্রা? চাবা-থকপস্থ খোইজংদে, ইশুক্তা শুকথনা উঁই; নশা নুংঙাইত্রগা ডাক্টর অফবা অমতংদা য়েং-থোকসি।" অস্থুন্না তোইনা মমানা হেক হেক হুংই।

মহাক্লা "কৈস্থ তৌদে, ইমা" দগী হেন্না রা মখা অমুক্তা তারমদে। মমানা মঙোন্দা নুংশা থিজনা হেক হেক য়েংহৌই।

মচানুপীগীদমক নুংশা থিরবী, মপুক্লিংদা চিংনরবী সনারৈনা মচা-নুপীনা মশাগীদমক ইথৌ থোশাদবুদা ঙসি অয়ুক্তি মপ্পারোইবা জিবনদা রাফমসি হৌদোরকই,

—মোয় পাবুং, নচানুপী সরোজাগী মশাসিবু য়েংবা নুংঙাইবিরিব্রা? নোংম্নতস্থ শে'-মাই হায়বিদে।

—"কৈদৌরগেনে মাবু?" ড্রোইং কুমদা করিগুম্বা অমসী ফাইল ফাক্লুনা চে অমা কুপ্পা পাম্বুনা য়েংলিবা জিবননা মচান্নুপীগী মরমদা করিস্থ খঙদবনা ইত্তিং তিংনা হংলকই।

সনারৈ মপুরোইবগী বাহংতুদা শাউরদুনা ফং কম্থোক্লগা হায়রকই—"নচান্নুপীদো ননাক্তা কৌশিল্লগা য়েংবীরো, অত্থ য়ৌরদি—।"

ঈংনা নৈরম্বা মপুরোইবা শাউরক্লে।

—"করিনোনে মসিনা ঙাঙলিসিবো। হুমিৎ ৫ নি ওফিস্যাল তুর চৎলুবগী ঙরাংতা মঙাইরি হল্লকপা—। মাগা ঐগস্থ ইউ উনস্ত্রি। ফরে, ফরে, নচান্নুপীথু অমুক্তা কৌশিল্লকউ ইনাক্তা।" অকোনবগী বাক্ষমসি মহাক্লা মপুক্লিং খরা ফাথরগা তপনা হায়রকপনি।

—"ঙরাংদগী মচান্নুপীবু শক অমুক্তা উত্রিদৌনা……" হায়দুনা শোনবোই-লাকপোই ঙাঙ মিসকী মমা মপান থোকখ্রে।

—মচান্নুপী কৌশিল্লকউ হায়রগা মানা থোক-অ-বা অমা ঙাঙ থোকখ্রেনে!

জিবন ফাইলথু থম্মলগা মচান্নুপী কৌ কৌত্নুনা থিরকই—"ইবেম্মা……, সরোজা—।"

মচান্নুপীবু ইমুং, মপান অনীমক্তা কৌ কৌত্নুনা কোইথি থিবদা ফংত্রবদা গাড়ী সেট্টা চঙদুনা মাগী গাড়ী নৈত্রা য়েংলরে। মাগী গাড়ী মচা নৈরমত্রবদা চথোকখ্রে খঙলদুনা ইমুংদা হজিল্লগা ফাইলথু ফাক্লুনা চে-চাং অমুক য়েংলরে।

* * * *

চিত্রকারনা লাকপবু খোরাংনা ঙাইরিবী মিস অয়ুক্কী মথৌ খরা তৌরম্লগা লোম্না ফি-রোল হোংদুনা শামথু ফি মতেক অমা ঈন, ইমুংগী মী কনা খঙহন্দা মাগী গাড়ীমচাদুমগা মহাক লাকপ্রা য়েংবা তুমিন্না থোরকপনি।

"মাবু ঙরাং হুমিদাংবাইরম লাক্লমগদ্রা" বাখল অসিনা লম্বজিং ওই উননীংবনা লাক্লবনি। করিগুম্বা মহাক লাকলমদুনা থোঙ হাংকম্বা মিসনা কয়াম মুংঙাইজগবা। নৈচিল নোঙফাই মঁরক্তা ময়েক শৈংদনা

উন্নিবা মাগী কলাশঙবু উবদা মথম্মোই মুংওন্নি। থুনা য়োনীংবনা গাড়ী খোঙজেল য়াংনা খোরে। য়েংউ! চিত্রকারগী শঙ থোঙ হাংলে। মুংঙাইবগী মথুম মরাংনা মথম্মোই পুমথুম থুমম্রে। শঙ তম্মা থুনা গাড়ী থৌজিনম্রে। গাড়ী খামলগা ষ্টেশু ঙাকপা লোইফাম্রিঙৈ মখোঙ নাম্মা শঙদা থাংজিনবা হৌরে। তফিং তফিং শঙমুংদা চঙলকপদা চা লোনবা হোৎনরমলিবা চিত্রকারবু উরে। প্রিতমনা মাবু কৌগদবগী মচীন কাঙলকপদা মহাক্কা হান্না কৌরত্নুনা থম্মোই লাঞ্জরকই—

"প্রিতম! নহাক লাক্লেদনা......।"

মহাক চিত্রকারগী মনাক্তা হোৎচিনম্রে। মুজাগী থম্মোইদগী ঈহৌরকপা শেংলবা তরু তরুবা লীক্লাগুম্বা পীনা মিৎস্না অনীমক ঈচোম্নরি। মহাকপু পাখঙগী কল্লবা পাম্বোমমুংদা চেৎনা কোনশিনবীয়ু পাখঙ থবাক্তা মুজাগী পীনা লুমথরবী মায়থোং ঙাথজগে মতাগুম মনাক্ত লেপচরি। চিত্রকারস্থ মিসকী মফমদা হায়জগে নীংলম্বনি। অঙ্গুবু মরাল লৈরবা মঙোন্দা মিসনা কয়াদা থম্মোই তিংনা চঙজরক্লিবা! মহাক খাঙঙমলকত্রে, মুংশি রাখলনা থম্মোই পুমনৌ নৌরক্লে। যমলম্বদগী হৌগৎত্নুনা মনাক্ত লেপলিবী মিসপু চেৎনা কোনশিল্লক্লে।

—ও! মিস! ঐস্থ নহাক উননীংবনা ঙাওরবনি··।

মখোয় অনী অমনা অমদা চোৎজৎ চেৎনা কোনশিন্নরে। মত্নুদি মখোয়নীগী থম্মোই অমতা ওইগ্রে, হকচাং অনীস্থ অমতগুমখ্রে। অচেৎপা থাগোন্নত্নু মিৎকুপ খরগী তুংদা অমুক শেত্তোক্লরে। মিৎ কুপনদনা অমুক মিৎচানখ্রে। মসিনা অমনা অমগী থম্মোই পেলহন্নখ্রে।

—"চা থকখিসি।" প্রিতমনা ফোঙদোকচৈ।

—"উম। ঙসিদি নাদি লৈবীরন্নু····" হায়ত্নুনা মিস মতম কুইরবগী তুংদা পাম্মু মনাক্তা হান্নগুম পেন্না নোকচরকই।

—"নাস্থ লৈজররোই, ফুস্থ ফুজররোই, চৌক্রিদা ফম্মো।" মহাকস্থ নোক্লত্নুনা হায়রকই।

মিস নোক্লা নোক্লা চৌক্রিদা ফমখ্রে। মহাকস্থ তেবল মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা ওরাং মহাক্কা পুরকপা তেবল মথক্ত লৈরিবা তরাত্নু চেন

হাংদোক্লুনা মতুগী মন্নুংদগী চেয়োম মচা অনীথক পুথোরক্লুনা মিসন্তী শীন্নরকই.

—মিস. শে; অনীসি পায়শিনবীযু। অনৌবা চহিগী ঐনা ওমজবা খুদোল থরদং তমজবনি। পুম্নমকশে ঐগী ইচল তম্ফানা মনম্মগীদমক্তনি হায়তুনা হরাওনা লাংজরকপনি।

—"ও! ইচলদো শক খঙননীংই।" মিসনা হরাও হরাও প্রিতমগী খুদোলশিংতু লৌরতুনা হায়রকই।

—ইচলতুনস্তু নহাক্না খঙমনীংই। মেত্রিক পরিক্ষা হেক্ক লোইবগা জিরি চংকনি মতমতুদা থোরকউ হায়হৌই।

—"হুম! জিরিদ পুরক্কনু। জিরি লৈশাবী মশক থি, খংলি হায়না পাওথোকখিনি। চঙৌস্তু কুইদ্রসিদি……।" মিসনা অকোনবগী রাফমসি হায়বদা চিত্রকারদা মিংস্না অনীতু ঈরাং চেন্না য়েংলকই।

—"ইতুংবু ইনবিবা ওমলদ্রা……?" অমসু ওক্লুনা হংলকই।

—"ঐবু থাজবিদবা……! ঐবু ম্নংশিবদা থম্মোই হুন্নানবী, থাক অরাংবা পাম্বীনিদি খনবীগম্মু——।" মিসনা কপনীং কপনীং মিংস্না অনীতু ঈরা থাংনা হায়রকই।

প্রিতম মিসকী মতৌদু য়েংবা ম্নুংঙাইত্রতুনা থেমলকই,

—মিস, নহাক্না অতুম্না হায়দোরকপতুদা ম্নুংঙাইতুনা ভৌবনি। ওসিদি ঐ নহাক্কী থম্মোইবু মশক শেংনা খঙলে।

—নংগী ঈশৈশিংদো ফরক য়াম্না তাই—ঐবু কয়াম কপহনখি! হৌজিক্তি জমুনানা ইবানিগী ম্নুংশি মরীস্তু খঙখ্রে—।

—ইচে জমুনা খঙথ্রবা!

—উম, নংগী ঈশৈনা মুমিৎতুগী অহিংদা ঐবু থম্মোই ফাজনবা ওমহন্দ কপহনখিবদগী—।

—"অতুবু কনাদস্তু——" প্রিতমনা চিংনবা উৎলকই।

—"হায়দোকপবুদি মী অতৈ অমতদা হায়দোকলোই, ঐনা চেক-শিন্না মেনথ্রে।" মিসনা চিংনবতু কোকহল্লকই।

চাছু কপ অনীদা হৈদোক্লুনা মখোয়নী থকমিন্নরে। চা থকমিন্ন-রিঙৈদা মাগীদি খুদোলপোং লৈহৌদবগী মিসনা নুংঙাইতবা ফোঙ-দোরকই,

—নহাক জিরিদ হল্লকপা নুমিৎ রানা, লাংতক্লনা ঙাইজবদা ঐদি নঙোন্দা পীনবা অনৌবা চহিগী খুদোল লাংবা কাউকরে—।

চা থকপা লোইরবদা মবানিনা শীজিন্নবা কপ অনীদু মিসনা তরু তরু চামথোক্লে।

—"হোরেল স্কুল কারকপদা চঙলক্কে" হায়না চংলগে তাক্লম্নগা মিস প্রিতমগী খুদোলপোংশিংদু পুরহুনা য়ুমদা গাড়ী থৌরক্লে।

* * * *

মিসনা য়ুমদা হবাও হরাও মাযথোং মকা লাম্না গাড়ী থৌজিল্লকপদু শুমাঙদা গাড়ী শেংলিবা মপানা উরে। মিস শুমাঙদা গাড়ী থামলে।

জিবন মচা নীঙোলদা ওনশিন্দুনা মুন্না য়েংলগা হংলকই—"নংবু নশা নুংঙাইতবা লৈরনে, ইবেম্মা—?"

—"প বুং ঐদি কৈস্ত তৌদনা" হাযবম্নগা মহাক প্রিতমগী খুদোল-পোংশিংদু পুবহুনা মাগী কাদা চংখ্রে।

—"মমা অসিনা মায়থোং মকা লাম্না, কবিস্ত তৌদনা লৈজরিবা ইচাদু মশা শুমদবা মাল্লি, অদু তৌই—জাং জাং হেক হায়শিল্লদনা—" চঙখ্রিবী মচা নীঙোলবু মথরাই তাজনা য়েংলদুনা জিবন্না ঙাঙহৌই।

# ২৫

সরস্বতি পূজা নুমিৎকী অয়ুক্কি। মিস স্কুলগী পূজাগী থৌরম য়াওবগী মহুত্তা প্রিতমগা সিলচরদা কোইরুদৌরি। মহাক্কা মাগী অনৌবা চহিগী খুদোল ওইনা প্রিতমগী মফি-মরোল খোঙপ ফাওবা য়াওনা হোংবিদৌরি। মিস অয়ুক অঙনবদা চেংহী শমবাল লাং ড্রেসিং রুমদা ড্রেসিং মিরর মমাঙদা কেবা হোৎনরি।

মচানুপীনা কেরিবত্থু লেপ্পা লেপ্পা য়েংলত্থুনা সনারৈনা হংলকই—"ঙসিদি পঞ্চমনি নুমিৎ নত্রা?"

—"উম, ইমা।" মায়দা কোসমেতিক ক্রিম তৈত্থুনা কেরিবী মচানুপীনা খুমলকই।

—"পূজাগী নফি-নরোলদি অমতা শূ-চামহৌদবা। লাইগী থবক্কুবু অতৈ ফি শেৎলগা চৎকদৌবিব্রা?" মমানা ঙাঙলকই।

—"ইমা, ঐদি পূজা য়াওররোই কুমশিদি। কছাড় লক্ষিপুড়দা ইমান্নবী ময়ুমদা চৎলুদৌইনি।" মিসনা মীনম্বা পাউখুম পী।

—কনাগা চৎকদৌরিবা?

—ইম্ফালদগী লাকপা লাই য়েকপা ইবুংঙো প্রিতমগা—।

—"মখোঙ শেকপদো, মাগদি করম্না তিন্নরুরিবা—?" মমানা চিংননা হংলকই।

—ইবুংঙোত্থুরো, তিকেনহোয়গা তিন্নবত্থুদা খঙনব্রিবা—। ইচে হায়দগী হেঙ্গবা অঙাং নত্তে, ইমা। চমব্রবা—লুংশিল্লবা—।

মহাক্কী পাউখুম তারবা মতুংদা মমানা অমুক ঙাঙলকই,

—উম, হন্দক্তি নং লাং-ফাং অমতংদি—।

—"ঐখোয় ইমাসিমা! অঙাংহুগা চৎমিন্নববু কৈদৌ-এ-গে—। ইথন্ত চৎপা ফরক তাই হায়হুনা ঐনা হৌবনি।" মিস মশম-মনা হাৎনা-হাৎনা মমাগী ৱাবু নম্ৎতুনা ঙাঙলকই।

—"নুংশা থিহুনা ঙাঙলিবা, ইমানা ঙাঙলিবশে। নখোয়না ৱারগা ঐখোয় য়াওইনে। খংদে, খংদে, নপাবুংনা হায়বু দিবোংগী ডাক্টর তোম্বনা মচানুপা এস, ডি, সি, হন্দক্তা নৌনা ওইবা, এম,সি, এস, নি হায়ব্রা করিনো মশাস্থ অহুংী নংবু পীয়ু হায়বদগী পীনি য়াখ্রেমনি। চখোক-লাকথোকপদা হৈ-শিংনা চচ্চৌ।" হায়রম্লগা মমা কাহুদগী থোকখ্রে।

মিস মমাগী ৱাফমসিদা তুংগীদমক মুংনাংলকই। অমারোমদনা চিত্রকারগী মকমদা সমাজসিগী মীয়াম্না য়েংলিবা মিৎয়েং—। পুন্নঃকসি মহাক্না মায়ওক্লংদবা খল্লবদা নীংজবা মুংশি মকাদদি ৱাইথুংজবা ফংদা, লম্নানবা শকখংদবহুংগী মনাক্তা পুন্সি পীবাং পীরোইনা লেল্লুরগদ্রা ৱাজরকই।

"হুম! নীংবনবু বল্লবদা নেংদম্বনা চানবীদবা য়াগদ্র? ঐ মাবু শুকথাপ থাপতোক্লোই। মগী মনাক্তা নীঙোল পুন্সি লেল্লগা লোই-গনি।" অস্না মিস মপুল্লিং ফাথরে।

মিস মফি-মরোল শেৎপা লোইরহুনা শুমাঙদা নিংথিনা শেং-দোল্লগা থম্লিবা মাগী গাড়ীহু তোংহুনা চিত্রকারগী শঙ তম্না গাড়ী থোরক্লে।

—(0)—

## ২৬

ঙসি ঙসিদ হৌখিদুনা ঙরাং ঙহান মিংখোন মথং মথং ফং চংখি নুমিং শীংবুম কয়া— ; অদুদগী থা অমা মওইখি, অনী ওইখি— থা ৩/৪ হৌখিবা করিস্তু খংহৌদে। অঙকপনি ! মতম নহাক্কী লেপ্পা হৈত্রবা লোইনাইদ খোংচৎ ! শিবা নাইবা মীওই মপোকপা মীরোল খুথাংদা নতুং ইন্নজরি ; হন্ন হৈতবা নংগী চহি পাজরি— অদুগা শেমি থৌদোক ৱাথোক কয়া শাগোন্নরবা মখল মথেলগী ইতিহাস কয়া ! পুন্নমক মতম নংগী ঈথিলননি।

কালেম্বাগী নুংশা য়ায়া শাবা নুংথিল অমনি ! পুং ২ তাফাগ্রি। লম্বীদা মী-পোঙ ইতাক ত'কই। লম্বী-লমজাও ঙরাবা মৈতাল-গুম শাত্রে। করিমত্তা তে'ংদ-উপ্পুবা খোঙনা নেৎতুনা চৎপা ঙমনদ্রে। নুংশিৎ-নুংশা চপ লেপ্পী। উচেক-ৱায়া অয়াম্বা কোবিল ননো খোংবগী খোঞ্জেল তাদে। কোকিলগী অথুম্বা খোঞ্জেলসিনা অশাবা হৃবচাদ পুক্লিংবু ঈংহল্লি। শা-ষণ শজিক ফবা লম্মাঙ-তুম্মাংদা মশক উবা ফংদ্রে। হিঙ্গোন ময়াদা উ-ৱাগী উখা-ৱাখা মরুমদ। কোন্নুপ কোন্নুপ কুন তুমিন তুমিন শগুপ শাইরি।

য়ুমদা লৈবা মী অয়াম্বা তুমন-পোখ'নপ্রমাল্লে। চন্দ্রপুড়, লখিপুড় খুল অনীমক পুমচিক চিকই— মীনিল-মীখোল পংনা তাদ্রে। তারিবা হায়ববু মরক মরক্তা লম্বীদা চেল্লিবা গাড়ীশিংগী মখোল মঙাইরে।

মিস অহুঙৈ মতমসিদা নি'থিনা কে, ফি'ৱোল ফজবা, অহেনবা শেৎ চিত্রকারগী শঙদা মাগী গাড়ীতু তোংদনা মখোঙনা লাক্লে। গাড়ী

তোংলম্বদি অমানা লম থাপ্লা কোইবা চৎপা মানখিনি থম্দুনা মহাক গাড়ী তোংলক্কবনি। মহাক ছাত্তিনম্ভু তুপলক্কে।

মিস মমুংদা করিগুম্বা পোৎশক অমনা ভাক্লগা হাইফেৎ থিংলিবা চিত্রকারগী শঙগী থোঙদো তম ইম্মোক্লুম্বা মমুংদা তুমিন চঙলকই। মহাক্লা লাক্লিবশে প্রিতমবু ৎকেহনগে থনবনি। অদুবু মহাক্কি ফমুংদা শুংঙাইনা য়াতারম্মী। চেম হিপ্লিবা মাগী মনাক্তা লুথুম ওইরম্বা মিস ফমুংদা তপ্পা কমথরে। রাহৈ অমতা হান্নদনা মাগী নাতোন্দু মিসনা মাগী য়েংকী খুবীগা খুৎশা অতৈগনা চপশিনবীরে।

"উম · উম ····" হায়না স্বর থিংবগী কুম্মহুনা প্রিতম তুমলগদগী মমিং পাংথোক্লে। মহাক্লা মিং পাংথোরকপদা মিসনা মাগী ফমুংদা মনাক্তা ডৌনা লংবা য়াতেন্দু উনা চীনবান কাংলপ নোকথি নোকথি ফমলম্বা উরে।

মিস খুৎশাশিং থাদোক্লুনা মখুৎ লৌথোকথ্র, থিক থিক নোক্ল ডুনা হাযবকই—

"তুমদোই শকক কোইরুশে—হৌগংলা—তম্বা ফবা ইবুংঙো—।"

প্রিতম ফমুংদগী হৌগৎলে। মহাক ফমুংদা নীংঙাইদনা ফম মিসকী গুম্নৎয়াই চেনবী, লীক্লা তাক্লি্বা লৈগী নৈনাগুম তেক্লা ঈংলবী মাম্নথোংদা ইরেন্না যেংতুনা লৈখ্রে। চান্নবা মহাক্কী মিৎযেংদা মাম্ল পুংমদ মিস মক লুকথ্রে।

—"হৌজিকপু কদাইদ কোইকসিগে; হুংশা 'ভুক শাম্লিডৈ-সিদা—?" প্রেংমনা হংলকই।

—"কদাইদনো হকচিক লাংলুসি; অচিকপা ক.সিদদি নহাকপু কিজৈ ঐদি—।" ফত্রপ লুকক্লা হাইফেৎং যেংলকপা মিৎযেংগা মিসনা নোকমি নোকমি হাযরকপনি।

হন্দক্কি খ্রিতম মিসকী রাহৈশিংলা অঙাওবা পুক্লিং কারন লাকখ্রে। মহক মোংলকখ্রে। মপুক্লিংগী অয়ুম্বা নীংজবা মিসতা ফোঙদোরক্লে—"মিস, ঐ ময়াই অদু নং ঐ ঈশ্বরগী মিৎয়েংদা অরানবা য়াওদনা পুন্সি-লৈপুল শেমডিঙৈ থক তংলোই—।"

মিস্ মশাগী য়া হাং তাবহুদা ঈকাইবনা ভাওরে। মমায় ভাঙলপ ভুমিন লৈরে। প্রিতম কমুংদগী হৌগৎখিহনা মফি-মরোল হোংরে।

* * * *

মখোয় অনী জিরিঘাট চা বাগানলোমদা প্রিতমগী গাড়ীদা পুন্না তোংমিন্নহনা লাক্লে।

জিরিঘাট চা বাগান অসামগী মনিপুরগা তাইনবা জিরি তুরেল মপানগী নমদা লৈ। চা বাগান য়োরবদা বাগানগী নোংপোক থংবা মতাইদা গাড়ী থমলগা মখোয়নি অহুরাইগী উরুম লাংবা নাপী চাং মান্নবা হৌবা মফম অমদা ফম্মিল্লরে। চা বাগানলোমদা য়েংবদা অনেম তাবাং চাং মান্নবা ফৈদোম ফৈদোম হৌরিবা চা পাম্বী মরক্ত চা পাম্বীশিংবু উরুম পীনবা লন্নক লনতক হৌরিবা চহুই পামেলশিং নাপু মচুগী শীঙেল লৈবাংশিং জুম জুম য়াম্বহনা শাৎলি। নুংশিৎনা নাম্লিনা শিংলম্বদগী অওাও-অকৈ-ওই হেক হেক অমুক হুমলকপদা নোনা চোংখৎলক্লিবা চা মনাশিংগী মথক্তা চহুই লৈরোং মপাল লৈনাশিং চাইথরক্লি। য়েংবদা কয়াদা পুক্লিং শুম্মাৎলিবা।

প্রিতম চা বাগানলোমদা মিৎয়েং থমনা থমনা ৱারী শাবা হৌরকই,

— অসুন্না অচিকপা মফমদা ঐখোয়নি ফম্মিল্লদবা বয়াদি নুইরবা। কয়াম কুইনদি শাউনরুরে —।

—"থগ্গন চাওবা, নংনা নত্রা — ? মতুংদদি ঐ মুপা নহা অতোপ্পা অমতগা হেক চৎমিনজরবোইদবনি — ।" অসুম্না হায়রহনা মিস মংেন্দ য়েংলগা নোকলকই।

প্রিতমদি নোকপা চঙদে। মিসতা, বাগান্দগী মায় ওন্থোক্লক্লুনা, মিৎয়েং থমলগা করিগুম্বা অমগী লাংতক্লনা কৌরকই—

"মিস"

"হুম"—মিসনা নোক্লা নোক্লা খুমলকপনি।

"ঐখোয়নি করম্বা মতমদা পুন্না হিংমিন্নবা ফংগনি— ?"

"নহাক হিংমিন্নবহু পামলত্রা — ?"—মিস্ নোকপা লেপতুনা চিত্রকারদা হংলকই।

"উম"—চিত্ৰকাৰ তম্না খুমলকই। মাগী মিৎয়েংদি মিনকী মফমদগী অৰেম্বা অমতুং খঙনীংবগী মওংনি।

মিস ওসিদি মহাক্কী মফমদা পুম্নমক খঙহল্লগে নীংলে। মহাকস্থ মখোয়নিগী মুংশি মৰীদা লাক্লিবা অপনবা অথিংবস্থু তাননীংবদগী মুংশা—মৈশা নাচুংদা চিত্ৰকাৰগী মনাক্তা লাকপনি।

—প্ৰিতম, ঐ কৈদৌউদস্থু মীচেন ওইৰোই। ঐগী পুক্লিংদি পল্লেপফম নাইদবা, মুংশিংনা হুর্স্তী মায়কৈদা তাওদুনা চৎপা লোক্তাক পাৎকী ফুমগুম্বা নংও। ঈথক কয়ানা য়ৈৰস্থু, অকনবা নোংলৈ মুংশিং কয়ানা হুমলস্থ মফম লেঙত্ৰবা মহাসাগৰগী ঈয়ায়দা লৈবা দ্বিপকুম্বনি। অদুবু নং ঐগী মুংশি খোঙচত্তা অচৌবা অথিংবা অমদি লাক্লে······ মসিগীদমকনি ঐনা ৰাৰ্ব্ৰিবস্থ··· ·।

—"করম্বা অথিংবনো ·· ?" ফাইৰেল থাগী লৈচিলগুম মপুক্লিং লৈতাদনা প্ৰিতম্না হংলকই।

—"পাবনা ঐবু দিবোংদগী এস. ডি, সি,নি হায়ত্ৰা করিনো মুপা অম্দা পীগ্ৰে। মতমদি লেপ্পদ্ৰি—অদুবু কনানা খঙবা ··· অফবা মতম ওাইৰম্বস্থু।" মিসনা কাংথোৰকই।

—"অদুদি ওসিৰা হয়েংলা চৎলসিদনা ?" কায়নববু পামজদবা প্ৰেমিকনা তকশিন্নকই।

—"হুম! কালেন্থাদবু মচা তাহল থাজ-য়োঙ্গগদবা অহল লৈত্ৰা? চিংনবীগনু, পোইনুদা নতুং ইঙ্গগে······ ।" মিসনা ৰা ফিগৈ শেংলকই।

পুক্লিং—ৱাখলগী অৰোন-অথুপ কয়া ফোঙদোকদুনা তাথোক-তাশিন তৌনৰবা মতুংদা মখোয়নি গাড়ী তোংমিন্নদুনা হল্লক্লে।

মিস জিৰিগী থোঙ অহাইবী লাম্থোকপগা—'ৰিক্সোদা ওইনা চৎত্ৰগে' হায়দুনা ৰিক্সো তোং অয়ুম পাংগ্ৰে। প্ৰিতম লৈথ লৈহৌদুনা জিৰি বজাৰগী ওা-চাক য়োনফম্নোমদা ওা লৈনবা গাড়ী থৌজিল্লক্লে।

—(0)—

# ২৭

পুন্সিগী থৌদোক-থাথোক, অরা-মুংঙাই পুম্নমক মতমগী খোঙচৎনা পুরকই। পুন্সিদি মতমদা তাংন্থনা হিংবনি। ঙসি করি হয়েং করি ওইবা ঐখোয় মতমনা পাউখোং ফোঙলকপা ঙাইবা তাই। মতমনা মীওইবা খুন্দিংগী পাউখোং ফোঙই।

লেপ্তনা চৎলিবা মতমগী খোঙচত্তা ঋতু কয়া মথং মথং হৌখিত্না শরৎ ঋতু য়ৌরক্লে। তাইবং থম্মোই ঈংনা হুবী ঋতুনি। য়েংলু য়েংলুবদা মীওইবগী পুক্নিং ঈংফমনি। হৈকোলদা চাবা য়াব্রবা হৈগী হৈজীং ফারবা কোমলা, চম্প্রা, নোবাব, হৈয়াই, হৈথুম, হৈজ্রাং কযা চরোং চবোং জুম জুম হৈ পাম্বীশিংদা পাল্লি। খাড়ী লৌবুক্তবু য়েংলবসু সনা ফৌশিংনা সনা পাম্বীশিংদা মরাই লুকলপ লুকলপ চরোংশিংদ চত্থম চত্থম, চিংজিন মতমদা থবক রান্না শূজখিবা লৌমীশিং পুক্নিং মকা লামহল্লি। অমুকসু শাংবানবা অতিয়াদা পাবায়বা অঙৌবা লৈচিল মচেং মচেং। অহিংগী মতমবু ওইরকপদা শরৎকী থাজনা অতিয়া চবুক্তা নিল্লক্লে। শংবানবা অতিয়ামা লুপা মহীদা লাকখ্রে। অৱবা লাঈজ থক্ত থাবল ঈপোম হৌরি। ঈথক মচা মরক্ত ঈশিং কওখ্রাইবী-শিংনা শান্নরি। পুখ্রি মপান্দা শাংপী সনায়ে কৌবী লৈরাংনা মালংবনা হুমলকপদা মশা পাম্বী কোম্থ কোম্থ কোম্থ অব্রবা লাঈজ ঈশিংদা শক য়েংজহৌরি। মালংবনা চৎখ্রবা মতমদা মরাই হাইগৎনা শাৎ শকী নাপল কাজরি।

প্রিতম লুমিদাংগী চয়া মখুৎনা থোক্লবা চাকয়বা মতুংদা হাওফি অমা ইনগা চৌক্রি মপান্দা পুথোক্লুনা কম, ‘নংলি’ মিতমা উরিবা অহৌশাগী ফজবা ওয়াক। মাগী মুতত্রবা পুক্নিং তাংথক নাইত্রবা থাবল ঈপোমগা ঈরোইনা তাওথোকখিত্রি। থাখলমা মশা পান্দুনা পাইহির কললাগী লৈবাক্তা। অত্তুবু মতম অসিদা লমজাওরোমদগী তিকেন তছা তছা ইপা পাখৎনা মাবু কৌর কৌরতুনা একাড়ী মনাক্তা গ্রোং গ্রোং খৌজিনলকই।

—প্রিতম ··প্রিতম··।

মরুপকী মতৌসিদা মহাকসু চিংননা হংলকই,

—করি তৌবা য়াওরে, মরুপ ?

মহাকী পাউখুম চুমদ্রিং পীবগী মতুংদা মরুপ্না ইপা পাখৎনা হায়-রকই—“হৌগৎলো, নহাকী চৌক্রি কা-ই-দো থমজিল্লো; ডাক্টর কৌরুসি ····।”

তিকেন মহাক্না তোংলকপা সাইকলদু মরুপকী কলা শঙনুংদা প্রপ প্রপ ইনশিনখ্রে। মরুপকী মতৌসিদা প্রিতমসু হৌগৎতুনা মহাক্না ফমনরম্বা চৌক্রিদু পায়দুনা শঙনুংদা মফি-মরোল হোংনবা চঙলক্রে। মহাক্না মফি হোংলিঙৈ মরুপনা মাগী গাড়ী মপান্দা ইম্থোকখ্রে। ফি হোংবা লোইরবদা চৎনবা শঙনুংদগী মপান থোক্লুনা মাগী কলাশঙ-লেন্দু থোঙ রাইখু শো লোনশিল্লে।

গাড়ী ষ্টার্ট তৌরদুনা প্রিতম মরুপ্তা চৎখম হংলকই,

—ডাক্টরদু কনাইদা লৈবনো ?

—দিবোংদা ডাক্টর তোম্বগী মনাক্তা।

মখোয় অনী প্রিতমগী য়ামাহাদুদা তোংশিনতুনা লমজাওরোমদা দিবোং হন্না গাড়ী থোরক্লে।

—“কনাচনা মশা ওমত্রিরবো ?” হিত্রকায়না মরুপ্না হংই।

—এবোত্রয় পাবা। মশা ওমদরা লিনি-হমনি শুরবনি ··ওরাং ওহানদি থোইজোরক্লে··অত্তুবু ওসিদি মশাদা পোথাকম খাঙবা

চিকপা-পাবা অমা য়াচত্তরা মতমদগী হাপচিন্নে হায়মি মপা ইথিং থিজলি, ইনা-নাই মসিতনি।

—"ও ও, থবক কম শুবত্নননিনে——", প্রিতমনা মাগী পুক্কিন্দা ফাওরা থাজবহু ফোংদোরকই।

—চুমই, মরুপা হায়বিরিবহু…। শ্-নোম্বতনা লাইনীং ওইরক্লবা, মশাগী শিংলীদা চেন্নিবা ঈগী ঈরিকশিং ফাওবা মশাগী তুথোং তুথোংদা হুমাং মরিক ওইনা চেম্বররকবা ফাওবা হিংনবগী লাম্ভেংদা মায় লৈদনা মায়ওক্করিবা অহলনি।

—মরুপ, লৈবাক অসিগী মান্নবা খুন্নাই অমগীদমক লৌমী-শিন্নীশিং চাওখৎনবা য়াইফ-থৌরাং অথোইবা খরদি সরকারনা লৌথৎ-পীগদবনি।

অসুম গাড়ী থৌরকপনা দিবোং খুল য়ৌরক্নে। তিকেন্না থোঙ্গাল তাক্লুনা ডাক্তরগী থোঙ্গালদ য়ুমগী শুমাঙ ফাওবা গাড়ী থৌজিন্নগা গাড়ী থামই।

তিকেন ডাক্তরগী য়ুমগী মাঙ্গোল দাড়ী শিড়ীদা কাখংতুনা ডাক্তরবু কৌই,

—পাবুং, পাবুং, ও পাবুং ডাক্তর…

—"ও, কনানো ?" ইমুংদগী মীয়ায় ওইরবী নুপী অমগী খোঞ্জেলনা কৌরিবহু খুমলহুনা হংলকই।

—"চন্দ্রপুড়দগীনি ; অনাবগী পাবুং ডাক্তর কৌবা লাকচবনি। ডাক্তরবু লৈবীব্রা ?" তিকেন্না হংলিবহুগী পাউখুম মত্তীক চানা পীবগা লোয়ননা হংই।

—"লৈয়ে, লৈয়ে চাক চারিয়ে" হায়রহুনা নুপীহুনা থোঙ মনুংগী পুনা শৎতুনা হাংদোরকই। অহুগা মাঙ্গোল বলবকী মৈঙালদা উরিবা মবানিগী মশক-মশা য়েংলহুনা থানবা মিংকুপ থরদা ব্রা মথা অমুক তারকই-ইবুংঙোথোয় মাঙ্গোলগী ফিদাসিদা ওাইহাক্তা লেঙ-শিন্দুনা কমখো লাও। 'নপাবুং ডাক্তর থোরক্লনি, কুমিন্নোই।

—"ফনি, ইমা" হায়না চিনখুম মাঙ্গনা খুম মবানি মাঙ্গোলদা থারিবা অশাংবা লী চৌক্রিগী ক্লিদাহুদা চঙশিন্দুনা ফম্মিন্নরে।

হুপীডু থোইদোকপা বা মথা অতৈ তারমদনা ইমুংদা চঙখ্রে। মবানি ডাক্টর মপান্দা থোকলকপা ঙাইহৌরি।

ডাক্টর ঙাইবা ওইনা তিকেল্লা বারী হৌদোরকই—

"পাবুং ডাক্টরসিগী মচান্নুপাদো এম, সি, এস, হাকুম ফংখিবনি। এস, ডি, সি, ওইখ্রে। মীগীদি মরুপ হায়রুত্নুনা কান্নদে—।"

তিকেনগী বাফমসিদা প্রিতম মিসনা হায়খিবা বাহৈ খরা নীংশিং-লকই। মিসকী মফমদা মহাক্কা থমলিবা আশা, লৈনরিবা মবানিগী মরী খঙ্জিল্লুরগা পৃথিবীগী মেরু অনী শমনরিবা ভাবনা শাবা মেরুদণ্ড লইগুম মশক উবা ফংলক্তে অশেংবা তাইবংপান্দা, ভাবকী জগৎতু খক্কী ওইরি।

ডাক্টর বাবু মফি-মরোল শেৎ ময়ায় ওইরপ চাওবা শউনগী খাও তমগা মপান্দা লেঙথোরক্লে।

—"চৎলসি, ইবুংঙোখোয়" ডাক্টরনা হায়রকই।

—"ফনি, পাবুং" হায়ত্নুনা মবানি ফমলম্বদগী চৎনবা হৌগৎলে।

ডাক্তর মহাক্কী গাড়ী সেট্রগী গাড়ীমচা ইন্থোক্লুনা ষ্টার্ট তৌখ্রে। মবানিস্নু ডাক্টরগা চৎমিন্নবা গাড়ী ষ্টার্ট তৌত্নুনা তো মিন্নখ্রে।

* * * *

তিকেনহৌয়গী যুম য়োরবদা ডাক্টরনা মিত্নুন থাত্নুন, ব্লড প্রেসর অমসুং হকচাংগী মৈশা মথং মথং যন্ত্রশিং থা থাত্নুনা চেকশিন্না য়েংই। য়েংনা য়েংনা অনাবদা মাগী নুংঙাইতবশিংসু হংই। পুন্নমকশি লোই-রগা হিদাক ইরকই। হিদাকশিংডু নুমিদাংদগী চাবা-থকপা অত্নুম তৌগদবনি ডাক্টরনা হায়রকই। লোয়ননা অনাবগী বি, পিসু খরা হুন্থৈ খঙহল্লকই। হিদাকশিংডু চাবা-থকপগী মওং শুগাইনা তাক্লবগী মতুংদা ডাক্টর অমুক ময়ুমদা চৎনবা খঙহল্লকই। তিকেন্না লুপা ১০০ চৎপী অমা লায়য়েংশেল ওইনা ডাক্টরদা কচ্চৈ। মসিগী মতুংদা ডাক্টর চৎখ্রে।

ডাক্তর চথখিবগা ইপন পন্থনা মথানি বাবুপাড়াদা হিদাক লৈবা প্রিতমগী পাড়ীছু তোং থোকখিরম্মে।

* * * *

হিদাক লৈরবা হল্লকপদা প্রিতম মাগী কলা শঙ্গা ইলহোরে। মরুপনা মহাকী, ওঁনাই ডাক্তর কৌরুসি হৌবা লাকপদা পুরকপা, সাই-কলহুদা হমল্লে।

—(০)—

মীতৈগী নীঙ্গোল চাক্কৌবা উৎসবকী মথংগী নুমিৎকী নুংথিলদনি। প্রিতম মাগী শঙলেনগী লম্নীগা মায়ওক্নবা ফক্লাংগী মমাঙথংবা শরুক্ক নিংথিরবা লৈ চরোং অমা য়েক্নগা মসিগী ময়াদা 'মিস' হায়বা ৱাহৈ মখুত্তা পায়রিবা তুরিত্তুনা মপুক্নিং চঙনা থাবা হোৎনরি। মিস স্কুলদগী হল্লকপদা মহাক্না তৌরিবত্থু উরত্তুনা মনাক্তা গাড়ী থৌজিল্লক্লুনা য়েংলরে। মহাক্না য়েক্নি-থারিবত্থু মুন্না য়েংলত্তুনা মিসনা হংলকই—

"করিগীনো অত্থুবু?"

"শঙসি মপুনা চহি হৌবা নংনবা ফক্লাং সুন্নু অমুক নৌনা হাইজিল্লগনি হায়রি। অত্থুনা লম্নী অচৎ অওকশিংনা মতম খরা ঙাই-হাক্তা ওইরবসু মিৎয়েংগী পোত্থাফম ওইনবা, থোইদোক্না ঐগীসু মসিদা থম্মোইগী ওইবা । মসিগীদমক মপুনা শাউনীংবসু লৈররোই।"—মহাক্না খুমলকই।

ৱাহৈত্থু থাবা লোইরবদা মহাক্না মিসতা ওনশিন্দুনা হায়বকই।

—মন্নুংদা ঙাইহাক্তং ফমলুথিসি।

মিস হোয়-মাই অমুক হায়দনা মতুং ইন্নরক্লে। চৌক্রিদা ফম্লত্থুনা চিত্রকারদা ওনশিল্লগা মিসনা হংলকই,

—নংগী হায়নীংবা করি লৈবগে?

মহাক্নী লাই য়েকপগী মপোৎ-মচৈশিংত্থু মফম চানা থমজিনবা লোইরবা মতুংদা নে-তানা মশাগী ফমুংদা ফম্লত্থুনা প্রিতম্না পাউথুমলকই - "নং-ঐ চৎনবা হায়নথিবা মতমসু কুইশিল্লক্লে। ঐ য়ুমদা অমুক্ক

থোকলুখিগে। কুইনদি লৈরক্লোই, নোংমা-নিনিদং মুমদা লৈরুরগা অমুক লাক্কে।

—ফরে······থোকপিরুরো······। য়ুম-কৈ শেমগদবা লৈরবস্থু শেমজীনবীরম্মগা খরা তপ্পা লাক্লবস্থু কায়দে। মতুগীদমক ঐঙোন্দগী শেল খরস্থু পুবীখো।

—"হুম! মতু হৌনদে৹ মিস—; ঐ লৌরোই—।" প্রিতম্না মকোক হাইরত্থুনা হায়রকপনি।

—"লৌ কৈদৌগে—, ঐগী লনবু কনাগীনো—।"

মিসকী নিংথিরবা মায়থোংতু মোমোন তৌবা মিনোক্লা রাশি হাপচিল্লকই। নিংথিবী মুজাগী ফজবা মায়থোংগী কেবদি মোমোন নোকপসিদগী হেনবা করম্বা মকে লৈবগে—??

মখোয় অনীমক ঈচিক চিক্লা বাখল লীশাং থানা লৈনখ্রে। অসিগুম্বা মতমশে থম্মোইদা লাক্কদৌরিবা মুমিৎতুগী তনিকচবা মতম্নি।

মিংকুপ খরা অচিকপগী ওইথ্রবা তুংদা—"ঐ অমুক চৎলগে৹ হয়েং স্কুল কারকপদা শেলশিংদো পুরক্লগে" হায়রম্মগা মিস হৌগৎতুনা মপান থোক্লক্লে।

প্রিতম থোঙজিন ফাওবা রা-লান ঙাঙদনা মিসপু থিন্দোরকই।

—(0)-

# ২৯

প্রিতম খিন্দোকপা য়াওরুবা তিকেন অয়ুক্কী পূং ৭ অহুবাইদা মিসকী য়ুমদা চংখ্রিবা মহাক্কী চিঠি পুহুনা লাক্লে। তিকেন মাগী কাদা চঙলক্লুনা চিঠিহু মঙোন্দা পীরম্নগা চংখ্রে। মহাক্না থোঙজিন হেক কাপ্তোক্লুনা থোকখিবা মিংকুপ অহুদগী মিস চিত্রকারগী চিঠিহু পাবা হৌরে। চিঠিহু অমুক পাবা লোইরগা থমজিনদে, হন্ন হন্ন পাল্লি। কয়ারক হন্ন চিঠিহু পারবগী তুংদা পাম্মু শক্তম অমুক য়েংগে থল্ল-মাল্লে, ডাইরি পুথোক্লে। চেনা মথং মথং ফাক্তোক্লুনা ডাইরি মন্নুংদা য়েপশিনখিবা মখোয়নি শিলচরদা কোইবা চংপদা নম্মিন্নখিবা মচু শংবা ফোটোহু থিরক্লে। থেংনরবদা ডাইরিগী চেনা'থক্লুন্দা নিংথিনা থম, পেন্না য়েংজরি চান্নবা মাগী শক্তম। ফোটো য়েংনা য়েংনা মবানিগী তুংগী পূম্সিগী মঙলান কয়া মংলুই। মখোয়নি লৌন-লৈনরবা মতুংদনা মাগী থবক্লা কমদোবা অমুক থল্লকই। অশুম্না রাখলদা উংলিঙৈ কাহুদা মমা চঙলকখিবা থঙহৌদ্রে। মমানা ঙাঙলকই—

"পূং ১০ ঙাগদৌরফাওবা ঈরু-মায়থদনা তেবলদা নখুংতুম্না নমায় শৌরগা উং লৈরিবহুবু কম্নিদৌরগে, ইবেম্মা নংবু। ননাও বিনানা চাক থিহৌরবনিন্নে।"

মিস তেবল মথক্ত লৈরিবা মাগী খুদাং ঘড়ীদা হাইফেং য়েংলকই। পূং ১০ তারমগদৌরে মমানা হায়গুমদনা।—"অস! থেংলেদনা সিদি" হায়হুনা মহাক মুক হৌগংকাগা মপান থোকখ্রে।

মচানুপীগী মতৌসিদা মমারেনা ঙাঙহৌই—

"মসি অঙাংসি কৈনো মঙং অমা তৌশিল্লক্নে। মশাগী নিতিগী স্কুল চংপা মতম ফাওবা নীংশিংদনা করিদা রাখস লুপ্লিনো খঙদেশ্ম-নি।"

মিস প্রপ প্রপ হোৎনহুনা ঈক-মায়থজরুরে। তহা তহা চাক চংখাম মঙা তবা হুকচল্লে। হোবে হোবে অমুক মফি-মরোল শেৎ-চিল্লে। মতুংদা ড্রেসিং মিরর মমাংদা লেপ মশম-মনা হাৎ হাইফেৎ-শাফেৎ কেরে। থৌরাংশিংশি লোইরবদা খোঙ্‌প তোংশিল্লগা মপান্দা চেনবোই-কৈবোই থোবক্নে। অতুর্দগী শঙ্গোইদগী গাড়ী শুমাঙদা ইন্থ ইন্থনা অকাউবা পুগদবা পোৎ খরা লৈবদগী মমাদা লাউরকই—

"ইমা, ঐগী হেগু বেগকা ঐগী কাদগী কলমগা। মুড়ীগমু অমুক্ত পুবীরকউ।"

মনাবৈ পোৎ পূংমক চেঞ্জেন্দা মচানুপীগী মনাক্তা পুরক্লুনা পীরে। মিস্ন মমাংদা কারিবা হুমাং ঈরিক কাওবা নুপথোকচবা শংদবা মখৈ গাড়ী থোঙ্গালাম্মদা কন্ন থৌদোকখ্রে। মহাক্কী গাড়ী মথৌ অবাকসিদা মমানা মিপাইজরবহুনা মহাক তামবা লাউরকই—

"হায়। হায়। গাড়ীদো কন্ন থৌমল্লিকো।"

মচানুপীনা থোঙ্গাল লান্না লমজাওদা গাড়ী থৌরবদা মহাক্না খোল-হৌই—"খরা ওয়ম হোৎনজর'দি অহুম তৌরোইদবা, অঙাওবীসিগা।"

মহাক মচানুপীগী তেবলদা চাইহৌরিবা ময়ামহু লোইশিনবীগে খল্লক্লুনা মচানুপীগী কাদা লাক্লে। মিসকী কা অসি এল মঙংদা শারিবা উপী অক্লেবা ঘুমজাওদগী এল থোক্তবা মখা থংবা নাকল্দা শঙতপ ওইনা তপশিন্নবনি। কা অসিগী যুমজাওগা তাইনবদা থোঙ পান্দুনা যুমজাওগা ফাওনদে। তোঙান্না থোঙ রাইখু শো পাল্লি। কাসিদা মিস মথন্তগী তুমফম অমতুং শাঙ্গরিক পাকম ওইরি।

সনারৈনা কাসিদা চঙলক্লুনা তেবলদা মিৎয়েং হেক তারকপদা হাংদোক্লিবা ডাইরিগী চেমা'থক্ত লৈল্লিবা ফোটোদু হান্ন উরুবে। "ইচানুপীগা কনাগনোনে 'সিকো'' হায়দুনা ফোটো চেহু পায়খৎ-লগা মুন্না যেংই। মুন্না য়েংবদগী মুপাহু মশক খল্লক্লুনা মাখা মথন্তা হায়জরকই— "সিদি ইফালগী লাইয়েকমহুসিদনা।" চিংনবা অমদগী

মহাক তেবল'থক্ত ভারিবা য়েংবদা চিঠি মানবা চেবাংতুন্থ পায়খংদুনা পাতুনা য়েংলক্লে। চিঠিতু পারদগীদি মহাক থঙশাউ শাউনীংলক্লে। চিঠিগী অরোইবদা "নহাকী—চিত্রকার" হায়না থাব্রিবতু হেক উবগা অশাউবা মপান থোরক্লে।

—চিত্রকার! মাম্নি, মহাকনি তিকেনগা মুনা তিন্নবা খোঙ-শেকপা লাক্লিয়েকপানি! উম, চুম্মে। চিঠিসিদা তিকেনস্থ পন্দুনা ইরি। অশাক্লবা হৈদস্থ তিকেন-এ-তু লাক্লমী। চিঠিসি মহাক্না থিজক্লম তারে……। অহায় য়ো! ঙক্তরেদা! ঐনা হল্লকপদা ইম্ফালদা থোকমিন্নরসি কাইনা! মাওঙ্বা খোংশেকপনস্থ ইচা সনা ফংলনি। খঙনি, অমতুস্থ স্কুলদগী হল্লকখিসন্থ।

মিসকী মমা অশাউবনা মহাক্কী থম্মোই থুম্মংখ্রে। সেন্টিগ্রেড ডিগ্রী ১০০ য়োৱকপদা মৈথক্ত পাত্রদা লুম্লিবা ঈশিংনা মনিল বা-বা কাবমখৈ ব্রোং ব্রোং শৌরকপগুম মচিন্দা শাউনা ফি-ফি কামলকই। অতুবু রাখল অমদা মহাক ময়া ক্রক ক্রক চিক অশাউবা ফাজিন, অমতুগী চিঠিতুগা ফোটোতুগা অনীমক মখুত্তা পায়শিল্লদুনা মচানুপীগী কাতু মপান্দা থোঙ পুনা পানশিন্দুনা রাইখু শো লোনশিল্লে। মহাক য়ুমজাওদা চঙলক্লুনা মচানুপীনা স্কুল হল্লকপা ঙাংখ্রে।

* * * *

মিস স্কুল ব্রেক য়োৱগা মহাকী গাড়ী স্কুল লম্পাক্কা অরাংগী রোরোই পাম্বী মখোঙ মরুমদা গাড়ী ইনশিন্দুনা থনমলগা টীচিং স্টাফকা বমন রুম তম্না লাক্লে। ওজা পুন্নমক মশা মশাগা চংগদবা ক্লাস্তা চঙনরক্লে। মহাক্ক ছাত্রশিংগী রোল কৌবগী এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টর অম থক তেবলদা, লৈরম্লিবতু পায়খৎলদুনা ক্লাস vii গী কা তমন্না লাক্লে। চৌকিদা ফমথবগা - তেবলদা রেজিষ্টরতু ফাক্তোক্লুনা তারিখনচিংবা থন্না ইশিন-খোংচিল্লগা অঙাংশিংগী রোল কৌনা হৌরে। ছাত্রশিংগী রোল কৌবা লোইরগা মহাক্ক তেবল-মথক্তা থম্লিবা হেঙ বেগতগী রুমাল লৌথোক্লুনা মযুমদগী নপথোকপা শণাকত্রিবা মমায়দা কারিবা ছুমাং ঈমিক্কশিং তৈজথোক্লুনা ভাইহাক পোথাইজে। ইকুই কুইদনা মমুক

অঙাং অমদগী ইংলিস টেক্স অমা লৌরগা পারা তাকপা হৌরে। পারাহ্নু তত্থায় চম্না তাকত্রিওঁদা অহানবা পেরোড লোইখিবগী বেল তারক্রে। মিস ছাত্রশিংদা "হুয়েং লোইনবা তাক্লগে" হায়রমলগা মহাক্কী হেগু বেগকা রেজিষ্টর বয়নুগা পায়খৎতুনা ওজাশিংগী কমন রুমদা লাক্লে।

হাল,ফকী মতমদা টীচিং স্তাফকী কমন রুমদা ওজা ময়াম পাক-শাংলবা তেবল অমগী অকোইবদা থারিবা উগী চৌক্রিশিংতুদা ৱারী-ৱাতাই শাহনা ফম্মিন্ন পুন্ন চা-থকমিন্নরি। মরক মরক্তস্থ ফাগি-জুগাই তৌনা ৱা-ৱা অমুক নোকমিন্নরি। মমৈথংদদি ওজা ময়াম মরক্তা যুম-কৈ পান্দবসি মথন্ত ঙাইরবী সরোজাগী ৱা মৌ নহা ওজা অরুনানা হৌদোরকই—

"ওজা দেব, মিস সরোজাগী মতিক চাবা বর অমতংদি ঐখোয়বু থিমিন্নসিদা।"

"ঐখোয়না থিদ্রবস্থ মপা ইবুংঙোনা খোইদাজবা মমাক খনগ্রবনি, কুইররোই।"— ওজা দেবনা খুমলকই।

মিস ঈকাইবনা তুমিন মরু লুকথখ্রে। ওজা ময়ামদি হালেংখিদ্রে ৱারীসিদা। অসিগুম্বা ৱারী-ৱাতাইদা থৱাই য়াওজবী ওজা বিমলানা তকথৎলকই—

"সরোজাগী বর ওইদৌরিহুবু কনানোনে, ওজা?"

"ও দিবোংদগী ডাক্টর তোম্বগী মচানুপা বিরমনি।"— দেবনা খুমলকই।

"হৈমা! ডাক্টর তোম্বগী মচানিপাদো! মহাক্তি মহৈ হায়রা এম, সি, এস, ফংলে, থবক হায়রা জিরিবাম সব-ডিভিজন অসিগী এস, ডি, সি, ওইনা পুরিবা, মশক-মতৌ য়েংলমু ৱাত্তে। ওজা সরোজা, নংবু য়ানীংদ্রনে? মাবু খোইদাদ্রদি জিরিদদি ওজাগী বর লৈত্রে, ইম্ফালোমদা য়েং তারে।"— অরুনানা মিসতা ওনশিন্নগা হায়রকপনি।

ওজা অরুনানা ইম্ফাল হেক পল্লকপগা মিস ঙসাই মাগী তেবলদা ইচাই চাইথাইহনা থমলম্বা প্রিতমগী চিঠি অমদি মবানি নশিন্নবা ফোটো

চেন্থ খঙনীং খীৎশিংলক্লৌী "কনাগুম্বা ইমুংগী মী অমনা পোৎশিংহু থেংনরমদনা" খল্লুবদা মহাক পাখৎলক্লে। য়ুমদা খুদক্কা হল্লৗংলে। অদুবু হাল,ক মতুংদা মাগী ক্লাস অমা লৈরি। মিংকুপ অমা কাওবা শক্তদনা য়ুমদা হল্লৗংলবা মতমসিদা পূং অমা হেন্না স্কুলদা লৈখিবা তারি। মিস মপুক্লিং লৈতাকম খঙদনা মশা পুম্নমক ইতাও তাওরক্লে। ফাদোক্কা শাংলবা মীয়াংকী মতম লোইবা ঙাইবগুম ময়ুমদা হনগদবা মতমবু ৱানা ঙাইরক্লে।

* * * *

মিস মহাক্কী ক্লাস হেক লোইবগা টীচিং স্তাফকী ওজা কনা অমতগা হোই-মাই হায়নরমদনা য়ুম য়োনবা গাড়ী কন্না থোরক্লে। মিনিট অহুমগী মতুংদা ময়ুম য়োরে। হুমাঙদা গাড়ী খামলগা ফিংনা থৈগু ঙাকশিন থনমলগা মাগী শঙুপ কারোমদা প্রপ প্রপ চেনবোই— কৈবোই লাক্লে। অদুবু মাগী কাগী থোঙ ৱাইখু শো লোল্লম্লে। মরাইবক্তা হুমাং ঈরিক শিন য়ুমজাওরোমদা লাক্লে। মমা ময়ায় কাদা হৈজ্রাং অমনা চন্দোঞ্জে ইৎতুনা লৈরম্মী। মচানুপীগী শক উবদা মায়থোং মকা লামনা হায়রকই—

"নং হল্লক্লেদনা……।"

মিস মমাগী ৱা থোওইনা তাদনা হংলকই,

—ইমা, ঐগী কাগী ৱাইখু শোদি…?

—"নফি-নরোল ফাও হোংদোক্তি, করি তৌরুগে হায়রিনো নংগী কাদা ?" লাংতক্কবগী মমি তারবা মচানুপীগী মায়থোংদা য়েংলহুনা সনারৈনা ঙাঙলকই।

—"শোহুতুম কোক্লুম পীরক্লো, ইমা" মচানুপীনা ঙাইঙমদনা তকশিল্লকই।

সনারৈ চন্দোঞ্জে ইৎপা লোইরহুনা মনাক্তা লৈরিবা চন্দোন উপুদা হাপচিল্লে। হোৗগৎতুনা ঙসাই মহাক্তা ফি-উপু মথক কুপলিবা ফি মখাদা থমখিবা শোহু মচানুপীদা পীরগা হায়রকই—

"শে, শে, বোক্টা থেহ্নগা কনবগী চিঠিচো। অঙ্গা অমীবুসি ঐগী হোঙবা নৈ।"

মমাগী রাইটেশিং অপ্নি তাকলা মিস 'ইমা।' হায়না পাকংলোই খিরোই লৈথায় হাপ্লবগা লোয়নবা মমাদুম পীরকপা খোৎত্রে মখুন্দা ঙোৎপা লেমাইনা খঙহৌবনা তাখ্রে।

মমানা মহাকপু চৈ-থাংলক্লনা ঙাঙলা হৌরক্লে,

—ইম্ফালগী থোঙশেকপা লাইয়েকপদো নৌপরাদোম্না তিম্বগি হায়খিদাই। হৌজিক্তি লোম্ন করিগী মরী লৈনরম্নি? শোইনাইবা, মীওই-লাল্লুপ চাদবক্লদা য়ুম্ন পাল্লগা নংগী করি ত্তোংজল্লমোরিরা? ঙানি হায়ক্লা ঙা নাঙবৗসিবু করি কাম্নবগে? খুম্মু্লে নচিন্নো—।

—"ইমা!" মিস মখুং অনীনা মনাক্তোং লেনখ্রে।

অহুমু মমাদি ঙাঙবা লোইশিন্ত্রি।

—মোম্নগী থৌদামচা তিকেন-এ-তুমন্থ মহাক্ন কোইচেন হেক চেন পাঙ্ক পুথোক পুশিন তৌরম্নবা খঙঙোইদ্রেন্রো। নং লৈবাক মাঙদা নমা-নপাবু খোক্কোইনদোরি।

মিস মমাগী অকনবা রাইহেশিংগী চৈফুদা মশা পুম্নপঙ পঙথরে গ্যান য়াওদনা ড্রেসিং রুমদা মফি হোংনবা তপ্ন মশা লেঙঙম-শাঙমদ লাক্লে।

## ৩৫

অশিং-অরাম্বগী মুমিদাংবাইরমদা অথাপ্পা চীংদা থারিবা লাম্মৈছু মালং শাহুম কংবমদা মকা লাম্না চাকলকপগুম, মপানা ওফিস্তগী হুন্নরুগা মুম্বিদাংবাইরম মমাগী পাওদ্রগী মপ্যাগা মমাগা অরা পোথাকম কাদা শানরিবা রান্নীবা, মাগী কাদা, কমুংদা হিপলিবী মিসকী অবাবা হেল্লে। মিস খাঙকম থঙলক্লে।

—"কান্নদে, কান্নদে, ফাইরেল থা অমুক ঙাইদ্রস্থ নচানুপীশে হন্দকী পোইন্থ থা পানথংলকপদা পীখ্রসি। রা অথুবা মতমদা তুপ-থোক্লবীরো।" মমানা মপাবুংগী মফমদা তকশিল্লি।

—"লমহেল্লেদি থবক পঙ্করুদনা কৈদ্রৌনি। হায়েংমক মখোয়রোমগী মীদা রা হুংখ্রগে।" মপাবুংস্থ মমাগী অপাম্বতুদা রা লেপ্লকই।

মিস হৌজিক্তি মাগী থম্মোইদা কায়না মৈশা লাংলগনি খল্লুবদা লেপ্পনা রাজরক্লে। নুংশি মাগীদমক লেপ্পা তরাইবা থবক ওইরোই-দৌরি। থবকা রাহৈগা অনীগী মরক্ত লৈন্নিবা খেন্নবা সমুদ্রগা লাং-খোংগনি করম্না হায়রোই।

মনাউমুপী বিনা চখোকলুবা হুন্নকলমাল্লে; মমানা মঙোন্দা ঙাঙবা তাই,

—নং অমনা কদাইদা কোইরুরিবা? লাইরিক-লাইশুস্থ পাদ, য়ুমগী থবক ইশ্মাংস্থ, লোমশিনদ ····।

—"মী···ইমাজবী রানিংহোয়দা, থবক অমম চংলুবনি।" মনাউ-মুপীনা খুমই।

মথাদি মমানা মপাবুংদা রা তম্বা অমুক হৌরকই,

—থৌদাম মচা তিকেন-এ-দো মবুক য়াম্না কপ্লেকো ! চিঠিথুম্নু ঙসাই অয়ুক মহাক্না পীরম্বনি ।

—ওঃ ! তাদা গোপালগী মচান্নুপাদো। অদুদি হৌজিক মাবু অমুক্ত কৌরুচো। লৈরম্ববদি মাগা লোয়ননা লাকমিন্নৌ। মঙোন্দা করিমত্তা হায়রুন্নু; নং খুড়ানা অমুক্ত লাক্ত য়াদে হায়রকইদা হায়উ।

মপাবুং রা ঙাঙবা লেপপ্রে। মমানা মথা তানা ঙাঙবম্নু ঙাঙ-লকত্রে। মমা মপাবুংগী য়াথং ইল্লদুনা তিকেনবু কৌবা চৎলম্বা তারে। মিস মাগী মরমগীদমক মীগী মচাদো খোম্থী চারনি খল্লুবদা মুংঙাইত্রে। ভাব তাদবা, রাখল থেনবা মমা-মপাগী থৌদুদা মপুক্লিং মুংশিনক্লে।

অসোমদা ড্রেসিং রুমদা ফি হোংলিবা বিনা মমা-মপানা শান-রিবা রারী শিং নাম্ন খোপ-খোপ্না তাপ্লে। শানরিবা রারীসি মচেগীনি। "অদুবু মুপাদুবু কনানো ?"— বিনানা মথন্তা খঞ্জরকই। বিনা রাখল অমদগী ফি-হোংবা লোইরগা মচেগী কাদা চঙলক্লে। ফমুংদা হিপ-লিবী মচেগী মনাক্ত চঙশিল্লক্লে। মচে চেপ্না মোনখাঙনা, মিংম্না অনীমক পীনা পুমচোন চোন হিপ্লম্মী। মহাক মচেগী মতৌ য়েংবা মুংঙাইত্রদুনা ফমুংদা ফমথরে, মচেগী মখুৎ নাম্মা পায়খৎলদুনা মচেবু তপ্না কৌরকই—

"ইচে······, ইচে ····।"

মচে খুমলক্তে। অহিক্লনা কপথোরক্লে। মচেগী মুংঙাইতবা মতৌদ বিনাম্নু পী নৌরক্লে। মাগী ফেং ফোং শাররা পীরিক অনী অম্নুম মচেগী খুদাংদা তারকই।

ঙাইহাক্কী মতুংদদি মমানা তিকেন পুরক্লমাম্লে। মপাবুংনা তিকেনবু ইমুংদা কৌশিনবা তাই—

"নং লাক্লেদনা। চঙলকউ সোফাদা ফমলুলাও।"

"হোই, খুড়া" হায়দুনা তিকেন্না খুবম্নু মিসনা মখন্দা তাই।

মরমদি থোইদোকপা খঙদনা কৌরবনিনা তিকেন্না মপাবুংদা হঙং-লকই—"খুড়ানা ঐবু কৌবিববু করি করম্বা রাফমগী·· ··?"

মপাবুং তিকেনগী পাউখুমদি পীদনা মাবু চৈ-থাংবীবা হৌরক্নে,

—নংনা ইঙ্কাজগী হুই অঙাওবা, লাইয়েকপা খোঙশেকপহুগীদমক ইচান্নুপী সরোজা শেমলিবা কন্নিগীনো ? নপা ককঈ চুবা লৌমী অশেংবহুগী কণ্ড রাখল লৌইনে নং অমসু।

তিকেন মপাবুংগী অয়াকপা খোঙ্খীশিংসি অকোনবদা তাবা য়াদবা বা ন্নাওবনা খুমলকই,

—খুড়া, ঙাঙবা য়াবা রাতমক ঙাঙবীয়ু। ঐখোয় অহলবুদি পন্না ঙাঙবীগনু।

অহুবু মপাবুংনা উশিন্তবা মীনোক্ত নোক্রহুনা মথা তারকই,

—হা: হা: হা: লৌমী ককঈ চুবগী মচা! ককঈ চুবা, লৈকাং চাবা রাখল খনবা! নচৎতুগী ঙাঙবা-হুনবনিনে; শাউবসু শাই।

মপাবুংগী রাঙ.ঙনা মসি য়ৌন্রকপদা তিকেন কৈনা হৌনা খোং-বগুম শাউনা লাওরক্লে—"খুড়া !!"

মিস ফমুংদা তপথনা হিপ্পা গুমলকত্রে। খুৎ থোক্লরকপা তারে নুংশা থিরহুনা ফমুংদগী হৌগৎতুনা কা অদোমদা খোঙথাং কন্না থাং-লহুনা লাক্লে। মনাউহুপীসু মতুং ইন্নরক্লে।

মচিন-হুনাউনা মপাগা তিকেনগবু উবা মতমদা মবানিমক লেপ-খৎনরক্লুনা অশাউবনা থুন্নাৎনরবা মিং জুড়া অনীমক ঈ কানবা মথৈ শংতোক য়েংন খুৎ থোক্লগদবগী ফিভমদা লৈনরয়ে। এাকল অমদা মমাসু তিকেন্দা মিংয়েং থানা য়েং, মচিনবান ময়ানা ক্রক ক্রক চিক লেপলম্নই।

—"You, bloody fool! Nonsense! Get out!"

—খঙহৌদনা নোঙ থাকলকপগুম মপানা হৌনা খংলাও লা[illegible]

তিকেন নহাগী খেগৎলক্লিবা ফোং ফোং শারবা অশাউবগী [illegible]বা ঈবু রানা মশা থক থক নিকপমথৈ ফাথরহুনা মচিন ময়া ক্রক ক্রক চিক, মখুৎ য়েৎতু শিং, খোন্দি পংকন কন্দনা হায়রকই—

"খুড়া, খুন্নুনা মথোঙদা কনবগুম অতোপ্পবু নয়ুমদা কৌরগা চৈ-থাং ঙাঙলগা অমুক তানবা মসিবু লৈবাক মচা তারবা মী অমগী লীচৎলা! A person must be judged by his charac-ters, not by his post or wealth."

মিস ক্লিভমসিদা মপাবুংগা তিকেনগা মথা তানা নিংঙাই শংদা-হুঙ্গিংলবদগী তিকেনগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মথুং নাম্মা পান্নগা মপান্দা থোক্লসি হায়বগী মওংদা চিং থেম-হায়জরকই—

"Tiken, please go back home. Would you please take my request?"

তিকেন মিসকী মপাবুংবু থানা অমুক্তং য়েংলহুনা অক্লোইবা ওইনা হায়রকই—

"Farmers feed all people by their hard work's yields. Jai kishan—why did Shastriji say? Study Mr. Uncle!"

মহাক অসুম্না হায়রম্লগা খোঙলে থুনা ইমুংদগী মপান থোকখ্রে।

জিবন মাগী অশাউবা পুন্নমক মচানুপীদা হৈথরক্লে। মচানুপীগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা মচানুপীগী খজাই অনীদ ওন্ন ওন্ন অমুক অমুকলক্লং 'শেং-শেং' খুবাক তিংনা শাফু কন্ন থারকই।

—লমহেনবী! নংবু বি, এ, ফাওবা মহে তমহন্দুনা থবক তৌহনঃ মীরক তিলহনবগী মহয়দি অসিরা। নশাগী থৈঙর্ভ মশক খঙদবী!

জিবন মচানুপীবু ফু-চৈরম্লগা মাগী তুমফম কাদা শাউনা চঙখ্রে। মিসতি হিক হিক কপহৌরি। বিনা মচেগী মতৌহুদা হুংঙাইতনা মাম্নু সুং সুং কপ্লক্লে। অতুবু মমানা মচেবু অমুক চৈ-থাং ভাঙবীরকই—

"কপ্প, কপ্প, ঈকাই খঙদবী! পুন্নমকশে থোক্লবা নংনা শীল্লিবা নত্রা? আঃ খোঙশেকপা লাইয়েকপহুম্নু জিরিদা লাক্তা লাকুখিসম্নু। নহারোল, ময়াম চঙহুনা ফুগাইহল্লগা মঙকশম লুশমহুদা পায় ইম্ফাল য়ৌনবা ইলাহনখিগে।"

মিস মমান্না ভাঙবা লোইফাত্রিঙৈদা মাগী কারোমদা কপ্পা কপ্পা চেনখ্রে।

মহাক মাগী ফমুংহুদা মমায় উপশিল্লা হিপতুন্না হিক হিক খদাং চিং মপুক্লিং হুংশিনা কপলক্লে।

# ৩১

পোমশাংনরিবী লৈবাংবু অহিং লীক্লানা চান্নমবদি অয়ুক্ত কয়াদা নিংথিরিবা। লৈগী লৈচু শেংনা লৈনাশিং তগং তগং তেকখৎ-হন্নিদো। অত্তবু মিংকী পীনা অহিং নুংথিল নাইদনা কয়ারক চান্নিবী মিসকী মায়থোংদি করি ওইরি ?

মিস পোইন্নুগী মঙানি পানবদা লুহোংবগী মতম লেপনঞ্রে। নুমিৎসি ঙসিগা নুমিৎ কুনমিতা মঙাইরে। মরম অদুনা নুপা মমুমগী মীওইশিং মরক মরক্তা লাক্লুনা থবক থৌরম খন্নমিন্নরি। অদুবু কৈত্থা ওইগদৌরিবী মহাক্তি নুংশি মাগী ৱাখলনা অঙাওবীগা মান্নপ্রে। চাবা-থকপগী ৱাখল থাপ্পা থমঞ্রে। স্কুল চৎপা-চত্তবগী মরমদা করিস্থু নাচুং-থিঞ্রে। কেবা-মৌবা থাদোকঞ্রে। নুমিৎ চুপ্পা ফমুংদা নৈত্থুনা কপ্পা অসিনা মশিঙ্গাং ওইরক্লে। মাগী মতৌসিদা নুংশা পঙথি থিরবী মমানা হেক হেক থেমই—"সরোজা, পুন্নমকশে নহাক্কী ফনবনি। নখোয় নহাগী অঙাওবা ৱাখলনা লমজিংলিবা অনীংবত্থু থাদোক্লুনা তুংগীস্থু খরা খল্থবা তমউ। মমা-মপানা মচাগী ফত্তনবা খক শীল্লমলোই। কান্নদৈ, হরাও হরাও চাবা-থকপা তৌত্থুনা নুংঙাইনা লৈয়ু। নংগী ফনবতা হোৎনরিবা ঐখোয়বু মীমাও ফমহনগন্নু, ঈকাই শঙ্গোই হাংহনগন্নু।" পুন্নমকশে মঙোন্দা করিস্থু কান্নদ্রে। থেম্নল থেম্নল, হায়নন্ন হায়নরগা তক্লি মথৈ খোংবা চক্রিত্থু মঙাইরে—মসিনতুম মিসকী মপুন্নিং হেন্না ৱারৌ-নুংশি য়ান্ন কপহল্লে।

ঙসি অয়ুক্তি জমুনা মিসকী লুহোংবগী ঈ-পাও হংবা চখোরকই। মাগী শক উবদা মিস মুংঙাইক্তে। মাগী অরাবদা শরুক য়াত্নুনতা লাকপী মমান্নবীনি। অত্নুবু মহাক্তি ওম তৈননা ঙাঙলক্লে—

"সরোজা, নরাইবক কৈ। মহাক্তো য়াম্না কৈ হায়নৈ।"

মিস মঙোন্দা চিংনা য়েং হিক হিক কপথোরক্লে।

মিসকী অরাববু খঙশিন্নদ ,বা ঙাঙলিবী জমুনা মমান্নবীনা হিপ্পিবা ফমুংদা কমলত্নুনা মাগী খজাইদা চোংলিবা পীরিকশিংবু তৈথোকপী থেমলকই—

"কপকনু, সরোজা······। খরস্ত মুংঙাইনা মরৈয়ু, ইমা-পাবুংগী মথৱাই মুংঙাইজনরা···।"

মহাক মথা তানা বা ঙাঙবা য়াদ্রে, মিসকী খুংশানা মচিন মেনথ্রে। অত্নুগা মাগী খঙশিন্নদ্রবা থম্মোইবু পীনা চোল্লবা মিসকী মিংস্না অনীনা চিংনা য়েং বারৌরকই। মহাক মথা তানা খঙদবা শাবা ঙমলক্তে। মহাক্কী থম্মোইবুস্ত মিসকী অরাবত্নুনা লাঙ্গোই চনবীখ্রে। মহাকস্ত মিংগী পীরাং শিন্নুনা মমান্নবীগী অরাবদা শরুক য়ারক্লে।

—"সরোজা, ঐস্ত খঙই; অত্নুবু করম্নদি·····" বা ঙাঙবা লোইশিন্নবা ঙমদ্রে, খোঞ্জেল ওনক্লে জমুনা।

মখোয় অনী চেজেং কোনশিন্নত্নুনা কপমিন্নখ্রে।

ঙাইহাক কপমিন্নরগা জমুনা কপ্পা তোক্‌খ্রে। কপত্নুনা লৈবনদি করিস্ত কান্নররোই, মখোয়নি থুংনহন্নবা উপাই অমা থিবা হোরে। থুংনহনবা য়াবগী পাম্বৈস্ত বাখলনা লাম্বা ফংলবদা, মাগী ইন্নফি ফিজিন্না মিসকী খজাই অনীদা তৈরিবা পীরাংশিংস্ত নিংথিনা তৈথোকপীরম্মা, জমুনানা মঙোন্দা হংলকই—

"হৌজিকপু মহাকা থুংনবা পামলিব্রা?"

মিস খুমলক্তে, অত্নুবু অর্থ লৈরবা মাগী মিংয়েংমদি মপুক্কিংগী অপাম্বত্নু ফোঙদোক্লি।

তাঙ্কাসিদা মিসকী মমানা চাগা চানবগা ট্রে অমদা পুন্না হাপ-লহনা পুশিল্লকই।

—"জমুনা, রালী-রাত্তাই খরা শানা মতম লেনমিন্নৌ" হায়রহনা অচা-অথক য়াওবা ট্রেহ স্কুল অমগী মথক্তা থম ভাঙবা মথা চথরকই— মখোয়গী তুংগী য়াইফনবা শীনবীরগা মহোয়না ঐখোয়বু রারৌই।" খিত্তা মঙাইরে ঐখোয়বু হুংশিরকদবা।

সনারৈ অস্তুম্না ভাঙলম্নগা মপান থোকখ্রে।

মিসকী মমানা কাদগী থোকখিবগা জমুনানা রা অমথক হৌদোক্লহনা মিসকী নাকোং ময়াদা তপ্ন হায়রকই—

"মহাক্কী য়ুম সগোলবণ্ড মৈনো লৈরক মচিন্দনেদাই!"

"উম"— মিসনা শোম্ব্হাংননা খুমলকই।

"অদুদি ঐখোয় কুমারজিৎ হয়েংসি ইম্ফাল চঙহল্লসি। মরম পুন্নমক ঐ মঙোন্দা চেকশিন্না শীন্নখ্রগে। নোংমা নিনিগী মতুংহুদা মহাক্কা লোয়ননা প্রিতমহু চঙজরক্লনি। মহাকপু লাক্লদি ইবেম্মা নশক লোৎলগা মহাক্কা ইম্ফালদা থোকমিন্নখ্রো। অস্তুম্না তৌরবদি নবানি থুংনরেদনা! করিগীনো নহাক্কা ইপঙ পঙনা কপতুনা অদুম লৈরিহুবো? ঙহান্না ঐখোয়গা তানরবদি আঃ ইম্ফাললোমদা হুংশিবা মহাক্কা কেনা-নৌনদনা লৈরনি-এ-মনি।"— সি হায়রহনা জমুনা তপ্ন নোকলকই।

মহাক্কী রাহৈদা কপতুনতা মুমিৎ কয়ানি লেল্লুরবী মিস ঙসিদি থরাই তানা নোকলক্লে।

—"হুম! কল্ল নোকুমসি, মী তাখিনি!" হায়রহনা জমুনা চেকশিনবগী মঙং উৎ রা মথা তারকই— থৌরাংশে কনামতা খঙহনবা য়াবা নত্তে। অহু নহাক্কী শেল লৈরগা ঐঙোন্দা লুপা ২০০ থক্রুং পীরকও। হয়েং ঐখোয় কুমারজিৎনা ইম্ফাল চৎপগী ভারাগা খর্চকা ওইনবা।

—"উম, পীগে" হায়হনা মিস ফমুংদগী হৌগৎখ্রে। অহুগা মাগী কাহুদা খিল্লিবা লাইরিক উপুহুদ মরম্নাই শীজিন্নবা থমলিবা শেলদগী



চৎখিবা থুমিত্তগী ছুম্নিসুবা থুমিত্তা কুমাররজিৎ জিরিদা অমুক, হল্লক্লে। অছুবু মহাক মথন্তা লাক্লে।' মিসনবা খোঙ্গাংনা ঙাইজরিবা চিত্রকারদি য়াওরক্লে। হৌজিক্তি থম্মোইগী থুংঙাইবগী ঈথক্কা অরাবগী ঈহন ওইনা য়াথলগী ঈপাক্তা তিল্লক্লে। আশা! ওসিদি কদাইদা! নীংবা কায়রবগী য়াখলনা মিস অনা লোয়রক্লে। "মাবু থুপী অমা চেল্লে, লুহোংহৌগদৌরে হায়বা।" হায়না কুমাররজিৎনা অমুক্ত লাক্লুনা তমলম্বা য়াফমহুবু মশা মথন্তা হন্ন হন্ন শোঙ্গরহুনা কমুংদা হিপ মিস কায়না মৈচাক খাঙলি। অদুগা মহাক্না হন্দক থোকলমদাই মতমমন্দা অমুক উনবদা হায়রম্বা—"নং-ঐ চৎনবা হায়নখিবা মতমহুসু কুই-শিল্লক্লে। ঐ যুমদা অমুক্তা থোকলুখিগে। কুইনদি ·" য়াহৈশিংহু নীংশিংলুরগা শাউনীংলকই। অমুকসু য়ুম শেমজিল্লমউ হায়না মহাক্না পীখিবা শেল লুপা লিশিং তরা—। থুপা হায়বা জাৎশে-কয়াদা তাৎ হৈরিবা! করে, থাজবা ঐগী ইরাদনি। মহাক্না ঐগী থম্মোইবু তাক্তা খুত্তুম চনশিনবীরমহুনা অমুক য়ারবসু ঐগী হৃকচাংবুসি খুত্তুম চনবা ওমখিদেদনা।

শোক্লবা থম্মোইগী চৈনা খাঙবদা য়ারবা মিস নোংমা নোংমগী ফিভম শোকচিনবা হেল্লক্লে। মাগীদি থম্মোইগী অঙ্গংবা ফংনবা শিথিবা পাম্মরনি। হিংবা হায়রসিনা থম্মোইগী চৈনা খাঙরতনি, থুংঙাইনবা লমীদি নক্লে থল্লদা মিসু তাইবংপানবু য়িদাই পীনীংলে। জমুনানদি "মহাক্না অহুম্না তৌগ্রগা নহাক করিগী য়াক্লনেগে, মঙোন্দগী হেনবা

এস, ডি, সি, বিরমনিগী লোয়নবী ওইবা ফংগদৌরিবসিদি। হৌজিক্তি পুকচেল লেপ্তবা মীমান্নদবত্থগী রাখল থন্নবা মতম লোইখ্রে।" হায়ত্থনা অযুক অমা হন্দক কোইথোরকপদা মাগী নীংবা কায়বা মতৌত্থ য়েং-লগা ঙাঙলম্মী।

* * * *

তুমিদাংবাইরমগী মতমনি। মিস মহৌশাগুম ফমুংদা মথন্তা হিপতুনা লৈরি। মমা মহাকপু থেম্বা চঙলকই। ঙসিদি মচানুপীগী শোক-চিল্লবা মশাত্থ উবদা সনারৈ মচানুপীনা হিপলিবা ফমুংত্থদা লুখুম ওই-রপ্পা ফম্লগা কপনীং কপনীং হায়রকই—

"সরোজা! ইমাগী ইবেম্মা! নংমা তৌরি মতৌসিবু করিনো? নংনা অসুন্না অস্তুম লৈরগা নপাবুংগা ঐগদি করি ওইনি।"

মিস মমাগী মিৎয়েংদা মায়থোং পুঙমত্রত্থনা মশা নাকল অমদা চেপথ্রে। হন্দক্তি মমা মাগী লেংজুমদা মখুৎ নাম্মা থম্লগা মখোল নিক্না মথরাই শোক্লা হায়রকই—

"নমা ঐশে নথোয়গী আশাদা হিংলিবনি। মমা ওইবীশিংদি মচাগীদমক্তা মথন্তা শিজবসু ঙম্বনি, ঙাওত্থনসু চৎনবনি। অদুবু মচা ওইবা নথোয়নদি মমা-মচাগী লৈনরিবা মরীবু করিসু খনবীদে, মমা ওইবা ঐখোয়তনা খঞ্জবনি……।" সনারৈ মখা তাবদি মহাকসু পীরাংনা মিংলু অনী শীন খোঞ্জেল থোক্লা কপলক্লে।

মিস মমাগী নিংঙমদ রাহৈশিং অমদি মখোল থোক্লা মথরাই লুংঙাইতনা কপ্পা খোঞ্জেল তারগা লুংঙাইরক্লে। মহাক্লা খল্লিবা, তৌরিবশিংশে লাল্লত্রা? মচা ওইবশিংনা মমাগী খোমলাং লমন শিংকম থোক্তত্রা? মিস মিৎকুপ খরদা রাহংশিংসিগী পাউথুম ফংগ্রে। লুং-শিবা মহাকসু মিরাইবী হুন্দোকপীরম্বা নাইতোম তারবা পুন্সি অরেম্বদা মাঙহল্লরোই, পলেমগী মনীং থুংহন পলেম মমাবু মোমোন মোকহল্লগ নীংলক্লে। মশা মমারোমদা চেপশিল্লক, মিস পীল্লাংলক্লা মায়থোং মোমোন, খোঞ্জেল নিক-নিক লাওনা ঙাঙ মরালগীদমক মমাদা চঙ-জরকই—

"ইমা……, নচা লাঙ্করে। শংসারসিদা মমাগী অরাবা পীবা ঐগুম্বা মচাশিংদো মমাগী মুংশিববু মিন্নাইবনি। ইমা, নংবু অমুক হন্না কপ-হ-ল্ল-রোই……।"

সনারৈ কপ্পা তোক্কুনা মোমোন নোকথোরক্লে। মচানুপীগী বা তাবদা ওমথৈ নাইদনা মথম্মোই পেনখ্রে।

—ইমাগী সনাহনবী! ইমা পেল্লে…। ইচাগী মুংশিরবা বাহৈদা হৌজিক্কি ইমা পেল্লে…।

মহাক মচানুপীগী থজাই অনীদা তৈরিবা পীরিকশিংবু মশাগী ইন্নফি ফিজিনা তৈথোকপীবা হৌরক্লে। মিস মথুৎ য়েৎনা মমাগী ইন্নফি মচিন্থু কাহুনা মমায়দা থুমজিল্লগা 'হিক-হিক' লাওনা থদাং চিং মপুক্লিং মুংশিনা কপ্পকই। মমানা মচা নীঙোলবু মথাদা চেক্তেং চেংনা কোনশিনবীখ্রে।

—(0)—

৩৩

মতম অমদা মুংশি মঙলানতনা পুন্সিগী শংসার ওই হিংজরম্বী মিস, চৎথ্রে পোইমুগী মঙানি পানবা মুমিৎকী অহিংদা লমলানবা মাগী মশাইকোন্দা অনৌবা আশাগী মঙলান কয়াগী অমুক··· । ঙক্ত্রা পুন্সি ! করিগীনো হিংলিবা ? পুন্সিবু আশানা লক্কবী শান্নরি । নোকপু নোকহনবনে, কপপু কপহনবনে, পুন্সিবু ঙাইহাক্তা লৈতাহন্দে । মমৈদা লক্কবা মখৈ লক্কবীরবা তুং, পুন্সিবু অরোইবা পম্থুংকমদা নীংবা কায়না হেক হেক লংশেকপীরমই ।

পোইমুদগী রাকচিং, রাকচিংদগী ফাইরেন্থা লাক্লে । য়েংঙনে উ-পাল-রাপালশিংদা । অঙৈংবা উনখা উল্লেন অমদি মুংশিংনা উনা-রানা য়ৈথৎ-ছুমদৎপীরবা উপাল-রাপালশিংদা য়েন্নীং মমী তমলক্লে । পোৎ পুম্নমক ঈনৌ নৌরক্লে অরিববু লংশেরুছুনা । অতুগা লৈচিল্লক্তা মৈশা য়াওদনা নিতিগী ঙাল্লম্বা মুমিৎনা অয়ুক্কী মতমদা তশেং তশেং শংবানবা অতিয়াদা ঙাঙংনবা সনা অহিংবা মচুগী-মশেক মঙাল-শিংগা কোম্নরা থোকপা হৌরক্লে । অসিগুম্বা মতমসিদা বসন্তা ঋতুগী রাখল ঈছলগা লোয়ননা ঙাইরিবা পম্থুংতুগী মুংঙাই-হরাওবনা থম্মোই থন, মায়থোং মকা লাম, মুমিদাংরাইরমগী মতমদা প্রিতম মাগী কলা শঙদা অমুক থুংলরে । মতম কুইনা হাংবীরুদ্রবা থোঙ হাং, নঙ্গলদা পোরিবা বেগতুগা মহাক মাগী কলা শঙনুংদা চঙলক্লে । নঙ্গলদা পোরিবা বেগতু থাদুনা তেবলদা থম্লে । লমশাং বস তোংলকপগী উফুল-রাইফুল পকশিল্লবা ফি-রোল অমম্থং থোঙ্গপ ফিয়ান তাপ্লা

য়াল্লিবা ঈক্ক খুদৈনা ফৎ ফৎ কচ্ছোক্লে। ফক্লাং উখোঙদা থেৎলিবা শকয়েং মিংশেলদা মায় য়েং মশম-মনা ছাত্তোক্লে। শম ছাৎপা লোইরবদা হুমিদাং শীজিন্নবা ঈশিং পুবীরক্লবা মনীংগী পানিবালা কালিরামগী ময়ুমদা গাড়ী মচা তোংহুনা চৎ নিংশিংলুরে। কালিরামদো মহাক্না মাগী শঙদা হল্লক্লগা ঙাইহাক পোথারিঙৈদা ঈশিং পুরক্লে। মহাক্না পুরকপা ঈশিংহু চাগী বালটিন অমদা খল্লা হৈহুনা মমায়-মমিং তারে। মতমসে মম্বা নক্লি, য়াচঙ্দ্রিঙৈ তিকেনগী মনাক্তা য়োৌরুখিগে খল্লক্লে। মচলনা মবুংগীদমক ব্রাজবা মবুংগী মমান্নবগীনি হায়হুনা খুদোল তম্নবা লোল্লকপা শামতুগী জরশি ফুলতহুসু পীরুবা ওইনা কোইথোকলুগে লেপ্লে। মিসনসু মহাক লাক্লে খঙনবা, করিগুম্বা মখোয়গী থোঙ্গাল ময়াগী তোতি ঈশিং তাফমদা ঈশিং য়ারম্নবদি।

* হৌজিক ফাওবদি প্রিতম য়ুম পান্দ্রি। কুমারজিৎনা মিসতা 'মহাক হুপী চেপ্লে, লুহোংহৌগদোরে' হায়না পাও তমলখিবহু মহাক্না লান্না তমশিনখিবনি। মহাক্না করিগীদমক মিসতা পাও লান্না তম-খিবা? মসিগীসু মরম লৈ। অহুবু মহু হৌজিক হায়দোকত্রবসু তুংদা মীশক অমনা মিসতা ফোঙদোরক্লগনি। কুইররোই। ব্রাফম অমনা, প্রিতমনা করিগী অনৌবা চহি হৌবগী মতম লানখ্রবা মতুং ফাইরেম্বা চঙলকপা মতমদা লাক্লিবা? মসিদি থোইদোক্না চিংননিংঙাই, ঙককম লৈতে। প্রিতমখোয়গী য়ুমহু ফিভম কয়া তাদ্রবা অমনবা য়ুম ওইবদগী মহাক লুহোংবা নংনবা শীদোক্লগা য়ুমফমহুদা নৌনা অমুক য়ুম শারম্লে। মিসনসু থোইদোকপা চিঠি ইরকপা লৈতবনা সোমদা হুংশা থিনিং-ঙাই করিসু লৈরম্লোই, মিসকী থাজ-য়োঙ্গবগী অরেপ্পা মতম লেপ্পখ্রবসু নত্তে খন য়ুমগী লৈতেং শেম্বদা মাগী অপাম-পামদা কোঙ্দোক্লুনা তাথোক-তাশিন তৌমিন্নরক্লে।

প্রিতম মরুপ উনবা চৎনীংবনা পুক্লিং খোইরেল মশা পাল্লে। মমায়-মমিং তাবা লোইরগা মিংশেল কাবক-শাবক য়েং, মশম-মনা শমজেৎ য়াওদনা মখুৎনা শেমজিল্লগা চৎননবা ষ্টুডিওদগী মপান থোরক্লে। থোঙ বাইখু শো লোনশিল্লগা ঙসাই কালিরামগী য়ুমদা চৎলুবগী ষ্টুডিও

মমাঙদা থমলিবা মাগী য়ামাহাত্থু তোংত্থুনা তিকেনহোয়গী য়ুম তম্মা গাড়ী থোরক্লে। তিকেনহোয়গী থোঙাল য়োরমদাইদা লম্বীদা মহাক্কা মায় ওকবী মীয়ায় ওইরবগী মুপী অমনা মঙোন্দা মিৎয়েং থাম্না য়েংলগা থোওইদবা তুরুক্কবগী মওংদা মতিল্ল শিংহোই। মহাক্কু হৌখিবা বর যাত্রা মুমিত্তা কালি মন্দিরদা অহানবা ওইনা উখিবা মিসকী মমাত্থু ওইরমগদ্রা চিংনরকই। চিংন চিংন গাড়ী থৌরকপনা তিকেনহোয়গী থোঙাল য়োরক্লে। মখোয়গী থোঙালদগী অনিসুবদা উরিবা মমাঙগী থোঙালত্থু মিসখোয়গীনি। মিসহোয়গী থোঙালত্থু উবদা মথম্মোইদা থুক লাওবা অমা ফাওরকই। মুংশিবা হায়বশে কয়াদা ঙকপ্রবনো! মুংশিবা মাগী পোৎশক অমতং উবদা থম্মোইশে হেক্ত মুংওল্লি। মিস-হোয়গী থোঙালময়াগী তোতি মখোঙত্থুদা ঈশিং য়াবগী ফমলিবা নৈশাবী অত্থুম মরিনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা চিবোন চিবোন মখোয় মশেল ৱারী শানরগা হোনা নোকলকই। মহাক ঙসিগী মতৌশিংশে মপুক্কিংদা ইচিংদা চিংনরকই।

প্রিতম তিকেনহোয়গী শুমাঙদা গাড়ী খাম্লত্থুনা য়ুমলোমদা মায় ওনশিন মরুপপু কৌই—

"তিকেন, তিকেন

মচলমুপী নৈশাবী পুংকক ফারবীত্থু থোবকই। মহাকপু উবদা হরাওনা কৌ হংলকই,

—তাচৌ, হৌজিক থুংলব্রা?

—উম, নখোয় তাচৌদি····· ?

—পাবগী হিদাক নৈবা চংখিবনি; হল্লক্কনি।

—বাজিবু নাবা ফত্রিব্রনে?

—তাচৌ, ঐখোয় পাবদি য়াম্না কম্মা নাক্করে। তাচৌনা য়ুমদা নৈরিবৈদা ঐখোয় তাচৌগা ড্রিবুগড়গী লায়য়েঙ শঙদা থা অমা হেন্ন

অমুম্না ৱারী শানরিবৈদা তিকেন মখুই নাম্মনা হিদাক চেথাও অমা য়াল্লত্থুনা শুমাঙলোমদা একাগাড়ী থৌজিল্লক্লে। মরুপকী শক উবদা মহাক হরাওনা কৌরকই—

"প্রিতম। নহাক লাক্লেদনা……।"

"উম্। খুংলবগা নহাক উনবীংবনা নখোয়দা ছাল্লা লাক্লবনি।" মরুপকী শক উরবদা মাগী মহৌশাগী হৈনজবী মোমোন মিনোক্কু নোক্লকই। অদুবু তিকেনদি লৈচিল্লক্ত থোকপা খুমিংকুম মায়থোং লাংশিল্লি।

প্রিতম মাগী গাড়ী মনীংদা য়াল্লকপা ফি হাপ্পা চেখাওদু গাড়ী-দগী লোৌথোকপা হোৎননা মরুপ্তা হায়রকই,

—ঐস্থু বাজি উনগে। কদোমদা হিপলি?

—"চণ্ডমিল্লরসি। সনধ্যা, একাগাড়ীশে ইমুংদা খরা ইনশিল্লু।" হায়দুনা মরুপকী পাউথুম পীরগা মচলন্থুপীদা থৌদারম্মী।

মবানি তিকেনগী মপানা হিপলিবা কা অদোমদা চণ্ডমিল্লরক্লে। অহলদু ঙরাং অহিং তূমদবগী নুংঙাইনা তূমলমলে।

—"পাবা তূমখ্রে, হৌদোকপীরগুমসি। ঐগী কাদা ফমলুরসি।" হায়দুনা তিকেন হিদাক চেখাওদু হিদাক থমনরিবা সাইড তেবল মচা-দুগী মথক্তা থনমলগা মাগী কাদা মরুপকা চণ্ডমিল্লরক্লে।

মখোয় অনী চৌক্রি অমমমদা ফম্মিম্লৈ।

প্রিতম মহাক্লা পুরুকপা ফুরিৎ জরশি য়াওবা চেখাওদু মরুপ্তা খুৎশিল্লরকই,

—শে, মসি লৌশিল্লু। ইচল তম্ফানা নহাক্লা ঐগী বাবীরিবদু তাবদা মবুংগী য়াইফনবা থনবীরিবা মবুংগীদমক তমলকপা অনৌবা চহিগী খুদোলনি। করিস্থু নত্রে, মাগী মখুৎমক্লা লোঞ্জবা শামদুগী জরশিনি। ঐনা শাকপা থিন্দনা নিংথমথাদি লাম্থোকত্রে।

—"প্রিতম· ·" হায়না শোস্থাংলনা কৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা অবাবগী শকলোন পুরবা মায়থোংদুনা চিংনা মাবু য়েং, মরুপ্না চেখাওদু লৌশিল্লি।

মরুপকী অবা শকলোন পুরবা মায়থোংদু উবদা প্রিতমস্থু নুং-ঙাইত্রে। মরুপকী অবাবদু মপুক্লিং ফাথমবা মহাক্লা হায়রকই,

—"নহাক বাজিনা নাচুনা লৈবগিদা বাখল ঋাম্না হুৎজাইত্রমালে। নত্তে শেল থুমগী ভার উম্নমক মহাক্না পুরগ্রা ?" ফত্রে, হৌজিক্তি বাজি খরা ফরে হাযহুনা "লায়যেঙশংঙতুদগী থুমদা হল্লক্রবা নত্রা ? হৌজিক হৌজিকী চংমনবা শেল লৈত্রগা লুপা ৫০০ সু ঐ থম মলগে · · ·।" হায়তুনা প্রিতম মাগী কোটকী ফুরিংথাওদগী মনি বেগ লৌথোক্লুনা ১০০ চংপী নোট অহুনবা মঙা লৌথোক্লগা মরুপ্তা লানশিল্লকই।

তিকেন মরুপনা পীবা শেলশিংছু লৌশিনখ্রে, অদুবু মচিন্দগী ৱাহৈ অমা ফাওবা ঙাবদি ফংদ্রে। মাগী মতৌসিদা চিত্রকার মরুপ-কীদমক ৱারক্লে। মহাক মরুপকী শোন্থরবা পুক্লিংছু থৌগৎলকই,

—করিনো! নহাক্না তৌরিসিবু। অৱাবগী চৈথেং খরা ফংবদা অদুক শুকথরিদুবো। মুপা মচা মান্দবা তৌরন্নুশে। অৱা-অনংনা মীওইবগী পুন্সিবু মায়থিবা পীহনবদি ঐ পামদে; মতুগী মরুমদা নোংমা মায়পাকপগী ৱাখলনা থৌনা ফনা, ঈচঙ-থৌনা লৈনা লেপ্পহুনি ঐনা পামজবদি, মরুপ।

ঙসাইমথৈ লুরুক্না হায়ঙম-ফোঙঙমদা লৈরম্বা তিকেন মকোক হ্নাইগৎলত্নুনা মরুপ্তা তপ্না হাযরকই,

—ঐ পুকচেল পীকথদনা অৱা-অনা পুম্নমক্কা শাগোম্ননা হিংলি-বনি, প্রিতম । অদুবু ঐহাক নহাক্কী মিস লুহোংদ্রে হাঁযবসি নঙোন্দা · · ।

মহাক্কী ৱা লোইফাত্রিঙৈ প্রিতমগী মায়থোং অকনবা নোঙ চুবম-দাইদা খঙহৌদনা মালেম পৃথিবীনা মমশিনবগুম মমশিনখ্রে। থোক্লেল-হুনা নোঙথৌংনা মালেম নিকপগুম মশা নিক্না মরুপনা হায়রকই,

—মিসপু লুহোংব্রবা— ?

—উঁম, ঐনা ড্রিকুগাড়ীগী হোসপিটালদা লৈরিত্তেদা····।

প্রিতম ৱা মথা অমুক তারক্তে। মুস্থংনরবা ৱাখলনা ৱা [illegible] লৈয়েং ফাজিনখ্রে। থম্মোইদা মতৗক [illegible] তেল ফমানা থুমনা লেংবগুম তৈনা ফাওরক্লে। থম্মোইদগী [illegible] ঈথৌনা [illegible] [illegible]

পী ওইনা থুমলক্ত, পীরাং মরীকশিং ওইনা পাঙ্কক, থজাইদা মরী মরী চেন্থনবা লাক্লরকই।

তিকেন তমদবদি য়াদবনিনা থোকখিবা থোঁদোক্কী বারী মরুপকী মফমদা অখাকপা লৈত তপ্প তপ্প লীচুনা তাহল্লক্লে,

—মিস, অস্থক থুনদি লুহোংলমলোইদবনি; করিগুম্বা নহাক্কী অকোনবগী চিঠিচু মমানা থেংনরমক্রবদি……। অচুদগী চিঠিচু হাক-তক্তগী মিসকী মপানা ঐবুস্থ পীবন-পাবম্ন—।

—"ঐগী মরমগীদমক মরুপস্থ ঈকাইবা, চোপ্পা নংলবা……। নহাক্কী লমনদি ঐনা শিংবা ঙমলরোই……।" মহাক মরুপকী তৌবীমল খঙবা উৎলকই। অচুগা মিৎস্না অনীদা ঈহৌরিবা পীবু মশাদা লিংলিবা কোটকী ফুরিংখাওদগী রুমাল লৌথোক্লুনা নপথোকই।

অমরোমদা মরুপকীদমক থম্মোই কায়রবা তিকেন্নদি মরুপকী মতেং চিরবা মতমচুদা পাংবা ঙমহৌদবগী পেঞ্জদবা ফোঙদোরকই,

—নত্তে, নত্তে, ঐদি নহাক্কী মরুপনি হায়বদা মতিক চাদ্রে। মিসকী লুহোংবা মমাঙদা ঐনা নঙোন্দা পাও পীবা ঙমখিদে……।

—"মহাক্কী লুহোংবগী পাও! পাও অচু তারগা ঐনা করি তৌরমগনি—? মসিমক ফরবনি।" হায়রগা প্রিতম অরাববু মোমোন মিনোক্না লোৎলচুনা থোনা ফনা মরুপ্তা ফোঙদোরকই— তিকেন, মসিনা পুন্সিগী ইথৌ লোইশিন্নবা লম্বী অমদি ওইহৌরগনি……। ঐগী পুন্সি পোকপগী মহয় য়াল্লগনি——।

অচুবু মরুপকী থম্মোইদা অরাবা ফুমজিন্দুনা থমলগা, মায়থোংদনা নোক্লিবচু য়েং তিকেন্দি মিংকী পী ঈহৌরক্লে। মিত্তগী পীরিক থরস্থ লৈমাইদা তাথ্রে। মহাক মরুপকী মায়থোং অমুক হন্ন য়েংদনা মকোক নোল্লগা তুমিন লৈথ্রে।

প্রিতম মিংকুপ থরগী মতুংদা চৎননবা হৌগৎলক্লে।

—ঐ চৎলগে, মরুপ। হয়েং অয়ুক্না মুংথিল্লা অমা বাজ্জি উনবা লাক্কে——।

মখী তমনাক্ক য়েখীং—১২৮

তিকেন মরুপপু অমুক থামগ্রে ; শুমাঙ ফাওবা য়া মচেৎ অমা ভাঙদনা তুমিন থিন্দোরক্লে।

অমমবদা মহাক্কী অবা শককমতু কনামত্তা উহন্দনা লোৎশিন, প্রিতম মাগী কলা শঙলোমদা গাড়ী থোক্লে।

—(0)—

# ৩৪

শারবা লৈঙোইগী পাক চাওরবা লম্খাং মরুভুমিগী মধ্যংদস্থ মরু-দ্যান হায়বা ঈশিং ফংবা, পাম্বী, নাপী-শিংবী হৌবা মীওইবনা খুদাবা মফম লৈরি। অদুবু শারবা লৈঙোই লম্খাং ঈশিংশু ফংদ্রবা, পাম্বী অমত্তসু হৌদ্রবা মফমদুদা কনাগুম্বা অমবু লৈদুনা পুন্সি লেপ্পু হায়রবদি মহাক য়ারক্কদ্রা ? অমুক্তা থম্বীয়ু।

প্রিতম মিসকী কায়না মৈশা লাংলবদা জিরিবামশে মঙোন্দদি অশাবা মরুভুমিগী লৈঙোই লম্খাংগুমপ্রে। মতম অমদা পুক্নিং মুংওল-লম্বা জিরি ঙসিদি কায়না মৈচুবী লম ওনপ্রে। লমসিগী শিংলিবা মুংশিংনা মশাবু ঈংহনবগী মতুত্তা কায়না মৈশাবু পুদুনা শিংলকপগুম থোকপ্রে। মসিনা মফম অসিদা লৈরবদি মপুক্নিং শান্তি লৈররোই নীং জিরিদা কুইনা পম্বনীংদ্রে। থুংলবা মতুং নিনিস্নুবগী অয়ুক্তা মরুপকী য়ুমদা মিসতা পীনবা খুদোলপোৎশিং অমসুং মাগী অরোইবা চিঠি শীন্নরমগে লাক্লে। অদুগা মথং মুমিংকী অয়ুক্তদি ইম্ফালদা থোক্লগনি।

মখোয় অনী তিকেনগী কাদা ফম্মিল্লা য়ারী শানরি। প্রিতমনা তিকেনগী মপাগী হকচাংগী ফিভম হংই,

—বাজিবু মশা খন্না মুংঙাইরব্রা ?

—উম, হায়নদগী য়ায়া ফরে। খোঙনা ভাহৌ ভাহৌ মচিন ময়া শেংবা লোইরগা লমজাওরোম্দা থোকথিবনি। লেঙ-ওৎপদনা

**মমী ভমলমা ম্নেমীং—১৩০**

মশিঙ্গাং ওইরকপা অহলনিনা ফমুংদা কুনবা কাইশে মশা থন্না বন-খৎলপদা পাম্বা নত্তে।

—ফরে, বাজিনা অমুক কল্লকপশে।

তিকেন মরুপকী খুৎনা পায়রিবা মহাক্না লাকপদা লোয়নরকপা অচৌবা ময়োম অমা য়াওরিবা চেখাওত্নু য়েংলগা হংলকই,

—মরুপ্না পুবীরক্লিবত্নবু · ?

—"ও, মসিবা মহাক্কীনি···। খুদোলপোৎশিংশে মাগীদমক আশা চাওনা পুবকপনি, ইমুংগী মীওই কয়ানা লাংলকপনি——মখোয়গী মী হায়রদো ওইরগনি আশাদা—সন্নাগী মমল য়াম্লবা লৈতেংশিংশু য়াওরি—শেলবুদি লুপা লিশিং তরা অমস্তু মহাক্না যুম শেমজিন্নমউ হায়না ঐঙোন্দা পীরকখি। খঙদ্রে, ঐনা লাকপদা মহাক য়াওরক্কনি হন্নাওহৌনরিবা ময়ামদো—।" প্রিতম মায় লুকথরগা খঙহৌদনা হৌরকপা মঙাও থিরবা রাখলগী নোঙলৈনা পুক্নিংদগী তামখিবা ঙাই তুমিন লৈথ্রে।

তিকেনদি রাফমসিদা করিস্তু হায়বা ঙমদ্রে। মরুপকী অরাবদা শরুক য়ারত্নুনা তুমিন লৈথ্রে।

ফনা কুইনা মতম হৌথ্রবা তুংদা প্রিতমনা মরুপ্না মাগী অনীংবত্নু ফোঙদোরকই,

—মরুপ, পোৎশিং অশে নহাক্না উপাইশমা তৌবীত্নুনা ঐঙোন্দা য়োহনবীয়ু। ঐ হয়েং অমুক ইম্ফাল থোক্লগে—।

—নহাকপো! অস্তুক থুনা অমুক—।

—উম, থোক্লগে। ঐ জিরিদ লৈবা ঙম্মরোই—। হোরেল স্তুমিদাংদো ঐগী শঙদা চাক চরা অমতং চামিন্নসি। ঐ চৎলগে—অতৈ কনাস্তু উনরম্মরোই—।

অঙাওবা নোঙলৈনা খঙহৌদনা হমথিবা অকংবা উনাওম মহাক অপুনবা রাখলনা চিং চৎথ্রে। তিকেন্দি মহাক্কী অরাকশিংত্নুনা থমাইবীরম্মে।

—(0)—

৩৫

য়েন্নীংথা! য়েন্নীংথা! মপুং ফারেদনা নংগী লৈতেং — ? করিস্থু রাশ্রেকো? হৈরাং-লৈরাং, উ-ৱা গুম্নমক অশং-অমান ফিজোল থোন-বিরে। চীং-মান, লম্মাং-তুম্মাংস্থু পূমশং শংলে। হৈরাং-লৈরাং পাম্বী-শিংদা মচু মচুগী নিংথিরবা শীঙেল লৈরাং চরোং চরোং শাংলে। খোইগী মখল কয়ানা মশা মশানা খোইদাজবা শীঙেল-লৈরাং কয়াগী লৈকাদা লৈহীবু পেন্ন চুপচবা ফংজরে। মমী তমলে মীওইবগী পুক্নিং-দস্থ অনৌবা আশাগী য়েন্নীং। অদুবু য়েংউনে, য়েন্নীং হুনদবা অকংবা পামেলসিদা। মশা-মাবং পূমকং বং মহাক্তি লেপ্লি অশংবা য়েন্নীং হুন্নবা মপাংলক্তা —। ফরে, মহাক্তি কংল' পামেলনি। অদুবু কবিনো পামেল সিমদি। য়েন্নীং মমীদি তমলম্নগা কংলিবসিবো——? হে, য়েন্নীংথা। নহাক থৌজ্জাল হৈত্ৰী, মীচং-মীখায় নাইৱী ঋতুনি। মশা ফবা পামেলতগীরা য়েন্নীংথা — ? 'সিঙমদনা মবাইবক ফবা থরতগীরা য়েন্নীংথাগী নুংঙাই ঈহুল — ? ফরে, অদুদি য়েন্নীংথা লাইরেম্বী নহাক তাৱোচকা নহাক্কী হৃরাও-নুংঙাইৱগী কোকিল, খোইনিং চেন্নাগী শৈশকশিংলক্তা পিথাদোই মাগী কান্ননা-স্থরগী অহিক্রবা ঈশৈ—।

অয়ুক্কী পুং ১০ থরা হেন্নকপা মতমনি। তিকেন মরুপ্পা শীন্নরম্বা থন্নক পাংথোকপগীদমক জিরিবাম সেকেণ্ডরি স্কুলদগী মখা পাংন্না খজিকুং থন্নাকপা লম্বীগী মন্নাঙ থুংবা শরক্তা থোঙ লোল্লুরা পান দুকান অমগী মথাদা ফিলপু হাইরি। মিসখোৎগী মুলম্থ সেকেণ্ডরী স্কুল অসিগী হেক অরাংদনি। মহাক চিন্নকান্না শীরম্বা খুন্দোলপোৎশিংদুস্থ লোয়নরি।

মিনিট ২/৩ লোম ঙাইরবা মতুংদা মিস মাগী ঈ মচুগী কিনেতিক হোওৱাতুনা তোংতুনা অঙাংবা লৈ মচুগী শাড়ী যুল অমা শেৎ, শাড়ী মচুমক্কী নঙ্গল কোখোকপী অপাবা ফুরিৎ মকক অমা লিং নিংথিনা কেরতুনা স্কুল তম্না গাড়ী থৌরকই। মহাক লাম্লিঙৈদগী লম্বী মপানগী পান তুকান অমগী ময়াদা লেপ্লিবা তিকেনবু উরে। মিস মহাকপু উবদা মপুক্লিং মুংশিরকই। মপাগা চৈ-থাং ঙাওনখিবা নুমিৎতুদগী অস্থক শাংলবা মতমসে মহাকপু উরকত্রবনি।

মিস মহাক্কী গাড়ীগী খোঙজেলবু রাখলনা ফাজিন্দুনা তপথহল্লম্মগা মাগী রাখলদি মাঙগী পূন্সিগী তাঙ্ককলোমদা য়াংনা চেনশিনৱ্রে। নুমিদাংৱাইরমতুদা মপাগা তিকেনগা ঙাওনখিবা মৈগুম শারবা অশাওবগী রাহৈশিং, মহাক্না হায়জতুনা তিকেনবু ময়ুমদা হলহনখিবা, অতুদগী মপানা মাগী খজাইদা খুবাক্না থাখিবা, মমানা মহাক অমদি প্রিতমবু তুন্দুনা ঙাওখিবা পুন্নমকশিংদো মমিত্ত শং-শং উ নিংশিংলকই।

তিকেন্না গাড়ী থাম্বা খুৎ খৎলকপদগী মিস মাগী মনাক্তা গাড়ী থামলে। খুদক্তা খুদোলপোৎ ময়াম য়াওবা চেথাওতু মঙোন্দা লান-শিল্লকতুনা তিকেন্না হায়রকই,

—শে, খুদোলপোৎশিংশে ইচেগীনি। প্রিতমনা ঐঙোন্দা পীবীযু শীন্নরম্বনি। চিঠি অমসু য়াওরমগনি।

চেথাওতু লৌদনা মিস তিকেন্দা শাওনা হায়রকই, — "নমথাক চাওবতুনা তৌরিবসি করিনো? মশানা খোইদাঙ্গবী নুপী লুহোংদনা লৌরমক্তদা — ।"

—"করি হায়বা! মহাকপু লুহোংলে কনানা হায়ৱিবা, ইচে— ?" মিসকী রাকমসিদা তিকেন্না ঙক্না হংলকই।

—হোংলেদাইনে, নুপী অমা চেন্দুনা——।

—"রাকমতু অয়ানবনি, ইচে; মহাক য়ুম পান্ত্রি। ইচেগী কায়না মৈচাক নুমিৎ তুমনি মাগী ষ্টুডিওদা বানা থাঙলম্মবা মতুংদা জিরিদা লৈবা ঙম্মরোই হায়তুনা ঙসি অয়ুক্তা ইম্ফাল থোকখ্রি। মহাক্না জিরিদা থুংলবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমতুদা ঐখোয়দা লাকখি। অতুদু ইচে

লুহোংগে হায়রা ঐগী চীনগী তারগা মহাক্না, কয়াদা বাখিবা। ইহৌ-রকপা পীনা মিংঙ্গা অনীমক চোন ঐগী য়ুমদগী মহাকী ইুকিওদা-বাখলনা ফুংনা হনখিরা। ইচে, নহাক্না পুম্মকপে উহৌরম্লবদি প্রিতমনা নহাকপু কয়ামুক নুংশিজবা, খঙবা হায়বদো খঙগদবনি।" তিকেন্না মপুক্লিং নুংশিনা পাওদয়কই।

মিস তিকেন্না চিত্রকারগী বা পাওদম্বা লোইফাজ্রিঙৈদা মচিন্দা পেন্দনা— "মাবু লুহোংদবা। কুমারজিংনা ঐঙোন্দা মীনম্লবা ..........." হায়না শোল্লমগা মপুক্লিং নুংশিনা লম্বী মপান্দুদা হিক হিক কপথোরক্লে। লম্বীদা গাড়ীমচা, সাইকল তোংহুনা অমদি মখোঙনা চৎলিবা মীওই খরনা মহাক্না কপত্তু উরগা ঙক্না মুনা মুনা য়েংলমই। তিকেন অম্মুম নৈরবদি লম্বী চৎলিবশিংনা লাম্না লৌম্লবা তারে মিপাইরভুনা— "ইচে, মসি পায়শিনবীহৌরো" হায়ভুনা মিসকী খুত্তা চেখাওভু পীশিল্লমগা খোঙলৈ থুনা মফমভুদগী হাইদোরক্লে।

মিস মিংলু অনীদা শিল্লিবা পীবু মখুৎ ওইনা হাইফেৎ লাম্হোক-চরগা গাড়ী মমাঙ বাস্কেত্তা চেখাওভু হাপচিল্লে। ওসিদি কুল চঙবগী মতুং য়ুমদা হাইজল্লীংলে। য়ুমদা কুমারজিংপু অঙাং অমা থাজুন কৌহন বারী শানগে, মরালগী মচীন পেন্না চৈরমগে নীংলে।

মিস ময়ুম পাংনা গাড়ী থোরক্লে। অম্মুম থোরকপনা প্রিতমগী শঙ মপা য়োরক্লে। থৌরাংলবা মিংয়েংনা ভাইওমদনা, গাড়ীগী খোঙজেল হুম্বহল্লগা, মাগী ইুডিওদা মিংকম থমলুই। অজুবু খোঙম্নি লোল্লম্লে! অত্তুপীগু মথক্তা প্রিতমগী খুৎনা ফক্লাংদা য়েকখিবা লৈ চরোং অমদি মিস হায়না থাখিবা বাইহুু অমত্তা মশক উবা ফংদ্রে। মহাক্না হায়খিবগুম য়ুমবুনা ফকলাং নৌনা সুম্হ হাইজিনদ্রে। "ও। নুংশি খুদম মাঙশিল্লকপোই কায়নরবদি, শিগ্রবা মীগী মমি লৈহৌদ-বগুম মালেমসিদা! হে, লাইবক! নহাকসে ওস্তোক্লা থিদা! নুংশিবা মহাক্না য়েকপা লাই, মহাক্না শকপা ঈশৈ অমত্তু উ-তাররোই। কায়নক্লে হায়ভুনবু থম্মোইদা অম্বুক শাখিবা চৈনা!" মিস মিংঙ্গা অনীমক পীনা থুক্কখিভুনা লম্বীদা চৎলিবা, গাড়ী থৈনক্লিরা- মীশক-মীশা

নিংথিনা খঙল্লে। নীংবা কায়রবা থম্মোইগী ঈচেল নাইনা মিংলুদগী শিন্থরক্লিবা পীরাংমগা থজাই চাইরুংদগী হেন্দোক্লুনা থোরি ফাওবা য়েনা চোংলক্লে। উহৌবা কমায়া করিবু খল্লমগনি? মিসতিমসিগী দমক করিস্থ নাচুংলুল্লে।

লেপ্তনা গাড়ী থোরকপনা ময়ুমগী থোঙাল য়েরক্লে। মম্মা শুমাঙ মতোন্দা কি থরা শূ-চামলিত্রা করিনো তৌবা উই। মিস শুমাঙ ফাওবা য়েনা গাড়ী থোজিল্লগা গাড়ী থামই।

সনারৈ মচানুপীনা লাক্লিবা মতৌসিদা মিহুন শুখিল্লে। মশা পাখংখিবনা চেঙ থৈবগুম নিক, মচানুপীগী মায়থোংদা মিপাইনা য়েং-লহনা হংলকই,

—ইমাগী ইবেম্মা, নহাক্না লাক্লিবা মতৌসিবু করিনো? ওরাং ওহানতা চংখিবা নহাক্কি। হায়য়ু, নহাক্না করি কায়রু লালুবগী ইচাবু পীরাং ঈচেনবমথে মথোয়না থারক্লিবা?

মিস মমাগী রাহংগী পাউথুম পীদনা মমাদা হায়রকই,

—ইমা, জমুনাগী মৌপাবা কুমারজিৎতো, অতাং কনা লৈ, অমুক্তা কৌহনবীরকচো। মহাক্না ঐঙোন্দা চাওরবা নমথাক অমা তৌরে।

হৌজিক্তি মচানুপীদগী পাউথুম ফংল্রবস্থ সনারৈ ইরাই লাইনা ভাব তারে। হায়না পাখংলমহু মপুক্কিং নে তারে। মহাক মচানুপীগী পীরাং ঈচেনর মায়থোংবু য়েংলগা হৌথি রাবু হায়দোক্লবস্থ য়ারে নীংলন্থনা কাংথোরকই,

—"সরোজা, মহুগী দমক্তা নহাক্না পীরাং ঈচেনবমথে লাক্লিবনিনে। মহুগীদমক কুমারজিৎপু কৌরুল্রবস্থ ইমা হায়রগে।" সনারৈ স্বর চনীং তানা হোন্থরগা রা মথা তারকই— "উম, জমুনাগা নহাক্না কুমারজিৎপু ইফালদা অমহুগী মনাক্তা থানবা থোরাং শীন্নবা নত্রসো— । ইমানু নখোয়গী অত্রোনবা রাত্রীদো অয়াম্বনা হুমিংতুদ্রা তাহৌথি। মথাদি ইফাল চংলদবা কুমারজিৎপু ঐনা মহাক্না চংল্লদবা অয়ুক্তুদা গাড়ী থাকমদা লোম্ন লুপা লিশিং অনী পীজহুনা মটৌ কৈনখি— ।"

মিস মমাগী রাহৈশিংহু ভারগা মমাবু রায়োরকই,

—ইমা। নচাগী পুন্সিনা পুন্সি চুক্কা লীরাং কংদনা লেনবগীদমক অমুক চাওবা-শক্রো······।

বাঁয়োবমা ক্লবা মচানুপীগী খম্মোইবু ফানবা মমাগী ওস্পিনু হায়রকই,

—ইমাগী ইবেমা, নহাক্কদি নমীং থুবনবা হোৎনবদা ঐখোয়বু মীমাও ফমইনগে হোৎনরকপা, ইমানা ইমেথাক মীয়াম মাঙ ঙকাই-শক্লোই হাংমীংদবদগী······।

মিস মমাগী অর্থ চেন্নবা, মরো থাংলবা বাবু তারগা খম্মোইগী বারো কিশি থোক মমাবু কোন্দুনা মপুক তেনো কপলক্রে।

—ইমা, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী ওসিফাওবদা নয়াথং ইঙ্গরকপী নচানি। নচানা ইমাগী অনীংবস্ত ঐগী পুন্সিনা লৌরিবথে থুংহল্লগে। অস্তবু মফম অসিদা নচাগী কুইনা নীংতম্বা ফংলকত্রবা, লাক্লা-ফানা অমুক য়াত্রবা বাখলশে ওাইহাক্তং মনীং তমহঙ্গগে;' ইমানা মসিতদি মচাদা অয়াবা পীনবীয়ু।

সনারৈ মচানুপীগী মিংকী পীবু মথুংমক্কা তৈথোকপীরগুনা হরাও হরাও হায়রকই,

—তমজো, তমজো, ইমাগী সনাহনবী··· ।

মিস মমাগী মনাক্তগী লাপথোকক্রে। গাড়ী মনাক্তা চঙশিন-খিত্নুনা গাড়ী মমাক্তগী বাক্সেগী ওসাইগী চেয়োমদো লোথোকক্রে। মমাদা করিমত্তো হায়রমদনা মাগী মচোশাগী কাক্তদা খোওলৈ। থুনা খোঙ থাংজিনক্রে। চঙখিবগা মিংকুপ ফাদনা খোঙ লোনশিনক্রে। পুনা পানশিনক্রে। হাংদোকস্বা খোঙনাউস্ত পুনা পানশিন জোমশিনক্রে।

সনারৈ যুমরয়াদা চঙশিল্লকুনা মপান্দা মচানুপীনা তৌরিবা মতৌম্ভ য়েংলি। মতমশে, যুমদা লৈজা ইমুংগী মীম্ব মথস্কলি। অতৈ অতৈদি মত্থো চৎলম্রি।

কা মস্কংদনি। ইলেকত্রিক বলবকী স্যুইচ নমক্কুনা মৈ ঙালহন্রে। মিস চৌরিদা ফমক্কুনা তেবলদা চেপাওদগী লিংথিরবা চেয়োমত্ত লো-থোক্কুনা স্টিচ পিক ফারিবা মাফম্ভু থুংনা লোগাইরে। লেপ্পাইবা হেক লোইবগা মমুংজগী পোন্তশিনচ্ছ মথং মথং চলোথোক্কে। নিংথিরবা

গার্ডেনগী শাড়ী ফুল অমা, ব্লাউজ অমা,, অতিয়াগী পোলিস্তরগী অনানবা ফুরিং ফি অমা, অদুগা চাগী নিংথিরবা উপু মচা অমখক্তক য়াওরমি। উপু মচাদুগী মসুংদুদা কবি অমুক য়াওরিবগে 'লাংতকনা হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা সনাগী খাউনম লিক অমা, খুদোপ অমা অমদি নাফিলশিং য়াওরম্মী। অদুবু চিঠিদি থেংনদ্রে। মক্কদুমিগী ,শৌগংলরা, মৈশা লাংলবা খোঙচত্তা মশা চোকথরবা যাত্রিকনা মাঙদা তারিবা মণি-মুক্তাবু মিহোবা তৌদনা ঈশিং খোংতবু হাম্না ফংলবা থিরগুম মাস্থ থিরকপনি মহাক্কী চিঠিদো।, থেংনরক্ত্রবদা মুংশা থিজনা লাইবক্তা ছুমাং ঈরিক কাবমথৈ ফিশিংদো কন-কন্দুনা অমুক য়েংলকই। ,ইরোই লোইবদা শাড়ী ফিজু কল্লুবদা নৈমাইদা থাতক তৌবা চেথুপ মচা অমা তারকই। মতু উবদা মিস মোমোন নোক্লক্লে। তাপ খুনগৎতুনা চিঠিদু পানবা তেবলদা খুৎনা চেথুপ হাংদোক্লবা হোৎনরকই। অদুবু মাগী খুৎতু নিকমনথিবনা খুৎশাশিংনা চিঠিদু হাংদোক্লবা হোৎনবদা মঙমবু শান্দরে। য়াম্না বান্না চিঠিদু কাক্তোক্লবা মতুংদা পানবা হৌরকই।

মিস,

ঐ জিরি থাদোক্লুনা চৎপা তারে। লৈকোলসিগী নিংথিববী লৈরাং ওইবী নহাক্না লৈকোলসিদা মকা লামনা শাৎহৌনবা। মসি-গীদমকতু ঈশ্বরগী মফমদা পুকচেল শেংনা পার্থনা তৌজরি।

' ঙসিদি ঐগী থম্মোইনা লোৎহৌরে মিস নহাক্কী মুংশি খুদোল—চৈন্না। হন্দক মপোকসিদদি কাউরা ঙমলবোই নহাক্কী মুংশি মাখথোং, মাঙাং, মিনোক কয়া..... অদুগা নং ঐগী থৌদোক কয়ামতু নহাক্কী মুংশি ঈচেলনা নাথৈদুনা চেহ্যসু..... । মিস, ঙসিদি ইবানি থম্মোই থম্মোইদা কাং-খোং চাইনবগুম তৌরে, বমনা মাঙহন-তাকহন-গবা 'মালেমগুমদ্রে। মসি থঙলবসু উপাই, ফিভম অদুদি অমুক হল্লকউ য়াররোইদবা মফম অমদা লৈহৌরে। মতম অমদা নংনা শীরিবু খঙ্গন চাওই হায়খি। চুমই, ঐসে য়াম্না খঙ্গল্লি; 'নহাকপু মিৎয়েংগী বাংমদা মিৎকুপ অমা ফাওবা ঙমনীদে। অদুগা ঐগী পুক্লিগীদমক নহাক্কতু

য়াম্না 'রাবীরন্মী। 'মহুগী' অর্থদু ঐ খঙই। অদুবু ঙসিদি অর্থদো করিমত্তা খোকত্রে। ঙসিদি খল্লি ঐ নহাক্কী মাঙলা শক অমুক উৎলরোইসিরা।

মিস, মতমতুদদি নংগী নকমদা ঐগী হক লৈতে খঙনা খঙনা শাওবদু, চৈবদু ঙমলম্মী। নহাক্কী মকমকনা ঐগী মাঙলা হেক লৈরবদা আশা কয়াগা লোয়নন্না ফজবগী ককমকা, হিংবগী চঙথোনরদু ময়সিমকনি খনখি। অদুবু ঙসিদি কনানীংবনা মাঙওইনরক্লে। মিস, মপোকলিমদি অম্মুয়া অমুম লোইরসনু খল্লি। ঐদু পোকলকই হিংনবগীদমক সংশারসিদা। অদুবু হিংবা হায়বসিবু করিনো ? ঙসিদগী চহি ২০/৩০/১০০ সু হায়রো ঐ হিংলগা করি তৌরদগে ? চৈনা খাওনবা হিংবা তাত্রা ? করিগুম্বা ঐনা শিরবা লাইরেবাক হায়বদুদা ঐঙোন্দা হংবা তারবা ঐনা উরকপা খ্বাইদগী নুংশিবা অমা, খ্বাইদগী ফজবা অমা, খ্বাইদগী অৱা-নুংঙাই ঈনোং হাপ্পীবা অমা পুন্নমকশে নহাক্কা ওই হায়দুনা ঐ করিমত্তা চিংনবা লৈতনা খুমগনি।

মিস, ঐ পূন্সিগী অরোইবা ওইনা নংগী কাউঙমত্র' নিংথিবী চেংলৌ শক্তমদো অমুক্তং য়েংনীংবনি। অদুবু ঐ য়েংলরোই, চৎলগে ইরমদা নহাক্কা উনদনবা পূন্সিগী অমুক ! মীগী ওইথ্রবী নংগী শক্তম উরুরগা থম্মোইগী অশোকপা মকম লায়জৌবা হেন্নবনি। সরোজা, নং ঐ ঙসিদি য়াম্না লাপনরেকো ! নংগী মংফমনা কদাইদা ? ঐগীনা কদাইদা ? হয়েং শির' তুং ·· ··। পূন্সিশে নাইতোম তাবগী অৱাবনা চাকথেক্লে ! তাঙোই তারে থম্মোই ! অদুগনে মিস, কায়না মৈচাক হায়বশে নাইতোম তানা লেলহৌরিবা প্রেমিক্তুদা শরুক অয়াম্বাথুংনমাক্লে।

মিস, লৈশক হেনবা, লৈনম চাওবা লৈগী লৈনমদি পাংতোই তোইনা মনম নমলুবা য়াদে ; থম্মোই শোককই হায়কসি অচুম্বনিকো। ডাক্টরনা থম্মোই লায়নানা নারবা অনাবশিংনা মনম নুংশিবা লৈগী লৈনম নমদনবা পাউতাক পী। অদুম্না অনা লায়রেংশঙ খুদিংমকী কম্পাউণ্ডরদা লৈনম চাওবা লৈ-শু অমত্তদু য়ালিবু থাহুন্দে। অদুবু লৈকোলগী লৈরাংশিংদগীসু হেন্না লৈশক ফজবী, লৈনম চাওবীনি মিস

মখী তমনরা য়েরাং—১৩১

মিস, পেন্না লৈশাং তমহৌরোকো ঐগী হুংশিগী শেংজ' লমদম, ঝিরি কৌবা তম্পাক মচাগী লৈকোলহুংদা, ঝিরি চম্ন নিংথিবী মিস······।

বাই. বাই. ঝিরি······,
বাই, বাই, মিস······।

—নহাক্কী—
য়েলহৌঙৈগী চান্নবা
লৌক্রাকপম প্রিতম (চিত্রকার)

মিস চিঠি পাবা হৌরকপদগী লোইবা ফাওবা মিৎকী পী তৈথোক তৈথোক্লুনা পাররুবনি, অন্থবু কায়না ঈহৌনা থম্মোইদা লেপ্তুনা অসুম মৌখৎলরুবদা খঙহৌদনা থম্মোইগী খাঙভম্বগী পল নমখাইখিহুনা ঈরাও-খোল তাররক্লে—

"ও:! ঐবু লমলানবী······, ঐবু মীচেন··।"

মহাক তেবল থক্তা লৈরিবা ফি-রোলশিংহু মখুং অনীনা খোম-জিল্লগা তেবলদা মমায় উপশিন্দুনা 'হিক-হিক' খোন থোক্লা হৌনা কপলক্লে।

—(0)—

(লোইরবা)

